


# ৱা-খরুদং

রামায়ণ কাণ্ড তরেৎকী শমুকপা ৱারি অমা খংনিংবদা থোৱদাং য়াজ-ৱনংফুনা "অশম্বা রামায়ণ" অসি ইজৱনি, লাইরিক অসিনা রামায়ণ ৱারিগী মতাং অত্তু করম্বা কাণ্ডশীনো খংনিংবদা সূচী অমসু ওইগনি, অত্তুগী উত্তররামচরিত মহাকাব্যদা কবি ভবভূতিগী কল্পনা ধারাগী ঈহৌরককম অত্ত উত্তরকাণ্ড পাবদা মুল্লা খংবা ঙমগনি। লাইরিক অসি নম্বদা মণিপুরীয় শিক্ষা বিভাগ কর্ত্তৃপক্ষনা মতেং পাংবিবগীদমক কর্ত্তৃপক্ষবু হন্না হন্না ধন্যবাদ তৌজরি। ইতি—

বিনীত :—

শ্রীগোকুল শাস্ত্রী।



| বিষয় | পৃষ্ঠা |
| --- | --- |

সপ্তর্ষি-রামায়ণ ( কাণ্ড তরেৎকী অশম্বা সংস্কৃত শ্লোক তরেৎ )

# সপ্তর্ষি-রামায়ণ

## ( কাণ্ড ভেদেকী অশম্বা শ্লোক ভেদেৎ )

### ( কশ্যপঃ )

জাত. শ্রীরঘুনায়কো দশরথান্মুন্যাশ্রয়াৎ তাড়কাং
হত্বা রক্ষিতকৌশিকক্রতুবরঃ কৃত্বাপ্যহল্যাং শুভাম্।
ভঙ্‌ক্ত্বা রুদ্রশরাসনং জনকজাং পাণৌ গৃহীত্বা ততো
জিত্বা বর্ত্মনি ভার্গবং পুনরগাৎ সীতাসমেতঃ পুরীম্ ॥১॥

### ( অত্রিঃ )

দাস্যা মন্থরয়া দয়ারহিতয়া দুর্ভেদিতা কৈকয়ী
শ্রীরামপ্রথমাভিষেকসময়ে মাতাপ্যযাচৎ বরৌ।
ভর্ত্তারং ভরতঃ প্রশাস্তু ধরণীং রামো বনং গচ্ছতা-
দিত্যাকর্ণ্য সচোত্তরং নহি দদৌ দুঃখেন মূর্চ্ছাং গতঃ ॥২॥

### ( ভরদ্বাজঃ )

শ্রীরামঃ পিতৃশাসনাদ্ বনমগাৎ সৌমিত্রি-সীতান্বিতো
গঙ্গাং প্রাপ্য জটাং নিবধ্য সগুহঃ সচ্চিত্রকূটে বসন্।
কৃত্বা তত্র পিতৃক্রিয়াং সভরতো দত্বাভয়ং দণ্ডকে
প্রাপ্যাগস্ত্যমুনীশ্বরং তদুদিতং ধৃত্বা ধনুশ্চাক্ষয়ম্ ॥৩॥

### ( বিশ্বামিত্রঃ )

গত্বা পঞ্চবটীমগস্ত্যবচনাদ্দত্বাভয়ং মৌনিনাং
ছিত্বা শূর্পণখাস্যকর্ণযুগলং ত্রাতুং সমস্তান্ মুনীন্।
হত্বা তং চ খরং সুবর্ণহরিণং ভিত্বা তথা বালিনং
তারারত্নমবৈরিরাজ্যমকরোৎ সর্ব্বং চ সুগ্রীবসাৎ ॥৪॥

### ( গৌতমঃ )

দূতো দাশরথেঃ সলীলমুদধিং তীর্ত্বা হনূমান্ মহান্
দৃষ্ট্বাশোকবনে স্থিতাং জনকজাং দত্বাঙ্গুলেমুদ্রিকাং।
অক্ষাদীনসুরান্ নিহত্য মহতীং লঙ্কাং চ দগ্ধ্বা পুনঃ
শ্রীরামং চ সমেত্য দেব জননী দৃষ্টাময়েত্যব্রবীৎ ॥৫॥

( জমদগ্নিঃ )

রামো বদ্ধপয়োনিধিঃ কপিবরৈর্বীরৈর্নলাদ্যৈর্বৃতো
লঙ্কাং প্রাপ্য সকুম্ভকর্ণতনুজং হত্বা রণে রাবণং ।
তস্যাং ন্যস্য বিভীষণং সীতাপতিঃ পুষ্পকা- সমন্বিতো
রূঢ়ঃ সন্ পুরমাগতঃ সভরতঃ সিংহাসনস্থো বভৌ ॥৬॥

( বশিষ্ঠঃ )

শ্রীরামো হয়মেধমুখ্যমখকৃৎ সম্যক্ প্রজাঃ পালয়ন্
কৃত্বা রাজ্যমথানুজৈশ্চ সুচিরং ভুবি স্বধর্মান্বিতৌ ।
পুত্রৌ ভ্রাতৃসমন্বিতৌ কুশলবৌ সংস্থাপ্য ভূমণ্ডলে
সোঽযোধ্যাপুরবাসিভিশ্চ সরযূ স্নাতঃ প্রপেদে দিবং ॥৭॥

( ঋষয়ঃ )

শ্রীরামস্য কথাসুধাতিমধুরান্ শ্লোকানিমানুত্তমান্
যে শৃণ্বন্তি পঠন্তি চ প্রতিদিনং তেঽঘৌঘবিধ্বংসিনঃ ।
শ্রীমন্তো বহুপুত্রপৌত্রসহিতা ভুক্তেহ ভোগাংশ্চিরং
ভোগান্তে তু সদার্চিতং সুরগণৈর্বিষ্ণোর্লভন্তে পদম্ ॥৮॥

শ্লোক তরেৎকী রামায়ণ অসি কুমিৎ খুদিংগী খিজরবা, তাংজবা,
মীহু মাপা-মশুগা লোইননা হুংজাই য়াইফবা ফংজি, মমৈদা ঈশ্বরগী খুয়া
কঙলি ।

শৃঙ্গারং ক্ষিতিনন্দিনীবিহরণে বীরং ধনুর্ভঞ্জনে,
কারুণ্যাবলিভোজনেঽদ্ভুতরসং সিন্ধৌ গিরিস্থাপনে ।
হাস্যং শূর্পণখামুখে ভয়মঘে বীভৎসমন্যামুখে
রৌদ্রং রাবণমর্দ্দনে মুনিজনে শান্তং বপুঃ পাতু ব ॥

# অশঙ্বা রামায়ণ

—{( * )}—

## বালকাণ্ড

কোশল কৌবা য়াম্না চাওখৎলবা লৈপাক্কা মনু মশামক্কা শেম্লবা অযোধ্যা কৌবা সহর অমা লৈরম্মি। অযোধ্যা লৈপাক অসুদা ধর্ম্মদা পুক্নিং চংলবা ইন্দ্রি খুত্তম চম্লবা কুবেরগা পাংথক্লবা দশরথ কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মি। দশরথ নিংথৌগী কৌসল্যা কৌবী, কৈকেয়ী কৌবী, সুমিত্রা কৌবী মতালোই অহুম লৈরম্মি। দশরথ নিংথৌসি মচা পোক্কদ্রবা মচাগী নরমদা পুক্নিং রানা লৈখিরম্মি। মানা মচা পোক্নবা শাগেগী পুরোহিত বসিষ্ঠ মুনিগা লোইনদুনা ঋষ্যশৃঙ্গ মুনিবু যজ্ঞ তৌহনখি। যজ্ঞ অসুদা মৈচুংদগী নিপা অমা সঙ্গোম ক্ষীরনা পিকথল্লবা পাত্র অমা মখুৎ অনিনা পাইদুনা চোংথোক্লক্লগা দশরথ নিংথৌদা হাইখিরম্মি— "নিংথৌ অথোইবা। লাইনা শেম্লবা নচাধারা পিগদবা সঙ্গোমক্ষের পাত্র অসি লৌসে, নংগী রাণীশিংদা পাত্রসি পিয়ু, রাণীশিং অসুদা নচাধারা শোইদনা ফংগনি" দশরথ নিংথৌ ফগনি হাইদুনা সঙ্গোমগী পাত্র অসু মখুৎমক্না লৌথরে। নিপা অসুবু খুরুমজুনা য়াম্না হরাওনা পুজা তৌখি। মতাম্না ইরং-লংলবা নিপা অসু খুদক অসুমক্তদা মাংখোকখরে। দশরথ নিংথৌ য়াম হরাওনা লৈমাকোল চংলক্লুনা কৌসল্যা মহারাণীদা সঙ্গোমক্ষীর অসু তংখাই অমা ইহান হানবদা পিথরে। লৈহৌবা তংখাই অমত্তুগী তংখাই অমা সুমিত্রাদা পিথরে। লৈহৌবা

তংখাইদুগী তংখাই অমা কৈকেয়ী কোবী মতালোইদা পিরম্লগা লেমহৌবা শত্রুক অত্ অমুক্তা হয়া মতালোই সুমিত্রা দেবীদা পিরবি।

নিংথৌগী মতালোই অহুম অদু নিংথৌনা পিরম্বা সঙ্গোমক্তের অদু চাবা খুদক অদুমক্তদা গর্ভ পুখরে। গর্ভগী থা তরানিথোই শুবদা সজীবু মাপল্লিপানবদা পুনর্ব্বসুনক্ষত্রদা রবি ভৌমা, গুরু, শুক্র গ্রহ মঙা অসিনা উচ্চস্থান্দা লৈবা মতমদা কৌসল্যা মহারাণীনা শ্রীরামচন্দ্র পোকখি। কৈকেয়ী দেবীনা রাশক চেৎলবা ভরত পোকখি, সুমিত্রা দেবীনা লক্ষ্মণ শত্রুঘ্ন পোকখি।

দশরথ নিংথৌগী মচা মরি অসি অঙাংগী মতম হেক লাংহোক্রকপদা অঙ্গ অপুম্বগা কোম্নরবা বেদ শাস্ত্র অপুম্বদা লাম্বা লৈতনা হৈশিংবা ওইখরে। মহৈ মহৈ নুংশিনরবা মচিন মনাও মরি অসিগী মনুংদা লক্ষ্মণনা শ্রীরামচন্দ্রদা, শত্রুঘ্ননা ভরতদা তোপ্তকপা নুংশিবা প্রেম পোক-খিরম্মি। দশরথনিংথৌ মচা মরিনা মরম ওইদুনা থোইদোক হেন্দোক্লা অপেনবা ওইখিরম্মি। নুংহোংরাবগী চহিদা খোংদারক্লবা মচাশিংগী মতিক চাবা কন্যা থিবগী মরম দশরথনা খল্লিঙৈদা বিশ্বামিত্র মুনি অযোধ্যাদা লেংলকখিরম্মি। লেংলক্লবা মহামুনি অদু ওক্লুদুনা অতিথি লেংলকপগী হৌনবা পুজা পথাপ কাইদনা দশরথনা অতিথি পুজা কংখিরম্মি। বিশ্বামিত্রমুনি পুজানা পেল্লদুনা কোম্নুং মনুংদা লঙ্গৈগী লৈপাক্কী পরি-বারগী মরুপকী মরমদা নিংথৌ মাগী মঙ্গল হংখিরম্মি।

অদুগী তুংদা দশরথ নিংথৌ মপুক্লিং য়াম্না নুংঙাইনা বিশ্বামিত্র মুনিদা হঙ্গংখি— ভগবন্! ঙসি মহামুনিনা ইকাদা লেংবিরকপসি মচা পোক্লম-দবা মীনা খংহৌদনা মচা ফংজবগুম্বনি। করি করম্বা সেবানা মুনিবু ঐনা পেলহনবা ঙমজগনি? । দশরথগী রা তাবদা মতিক মগুণ লৈরবা বিশ্বামিত্রনা খুমখিরম্মি— মহারাজ। বশিষ্ঠ মুনিগী শিষ্যদা করি অমুক

ৱাংকনি। ঐনা নকাদা লাকপগী মরম মহারাজ তাবিসি— সিদ্ধি পাংথোক্কবগীদমক্তা তপস্যা তৌরিবা ঐগী কাদা সুবাহু মারীচ হিংচাব অনিনা অকনবা য়ৈথাই থিঙ্গাইবা ওইরে। তপস্যাগী মরক্তা শাওহৈ-দবনা শাপনা মখোই অনিবু য়ৈথাই থিঙ্গাইবদগী থাম্বা ঙমদ্রে। মখোই অনি মাংহন্নবগীদমক নজাইবুঙেঙা রামবু ঐঙোন্দা মতম খর পিনবিয়ু। দশরথ নিংথৌ বিশ্বামিত্রগী ৱাফম তাবদা ৱাংলেম পুঙ্গোই খরদং জ্ঞান তাখিদরে। মতম খরগী তুংদা জ্ঞান লাক্লুনা বিশ্বামিত্রদা অসুম্না হঙ্গৎ-খিরম্মি— চহি তরাতরুক্ত মঙাইরিবা, লৈয়োলগুম্লিবা রামনা মতৌ করম্না হিংচাবগা লানবা পাঙ্গুনা লাম্থেংনবা ঙমগদগে? ঐ ইশামক লিক্লুং পাইদুনা মুনিগী তপস্যা ঙাকচগে। ইথৱাই লৈরিবা মথৈ হিং-চাবগা লাম্থেংনজগে। মরমসিনা থৌজানবিদুনা রামতদি পুবিগনু। মচা কাইনগনি খল্লবদা ৱারবা দশরথ নিংথৌগী ৱাহু তাবদা বিশ্বামিত্র মুনি থম্মোই খাম্বী হৌদুনা দশরথদা হাইখিরম্মি— মহারাজ। অহানবদা "এনিংবা অপাম্বা পুংহনগনি" হাইনা ৱাশকপিব্রগা হৌজিক ৱাশক কাইহল্লগে নিংলব্রা? ইক্ষ্বাকু শাগৈদা পোকপা মহারাজনা হৌজিক-সিদা অসুম্না তৌরিবা অসি করিনো? ফরে মহারাজনা ঙম্বনিনা অঙম্বদু তৌবিরো ঐ চঞ্জরগে, ৱাশক কাইহনবা মহারাজ মতম কুইনা মুংঙাইবিয়ু।

বিশ্বামিত্র মুনিনা শাওরকপদা পৃথিবী কিবনা থক থক নিকখরে। লাই ফাওবা হাইফম খংদনা কিখরে। মতম অসিদা বশিষ্ঠ মুনিনা দশরথদা হাইখি— মহারাজ। মগুণ চেল্লবা নচা রামগী মপাঙ্গল ঐ মুম্না খংঙি; ইক্ষ্বাকু শাগৈদা পোক্কবা ধর্ম্ম চেল্লবা মহারাজনা অরেম্বদা চিংনদুনা ধর্ম্ম ঙাক্কবা চুমদে। বিশ্বামিত্রনা ঙাকশেল্লিবৈদা রামভদ্রনা কনাইদগী কিফম লৈগনি?। অসুম্না বসিষ্ঠ মুনিনা পাওতাক পিরবদা দশরথ নিংথৌ মপুক্লিং মুংঙাইদুনা রামবু কৌখরে। মঙ্গল আশীর্ব্বাদ

পিছুনা লক্ষ্মণগা লোইনা রামবু বিশ্বামিত্রদা পিখরে। রামবু ফংলবদা বিশ্বামিত্র চৎপগী বিদায় লৌখরে। দশরথ হরাওনা চৎপগী বিদায় পিথরে। রামভদ্রনা বিশ্বামিত্রগী তুংইন্দুনা চৎলকপদা অতিয়াদগী নৈগী নোং চুথখরে। বিশ্বামিত্র মুনি রাম লক্ষ্মণগা লোইননা সরযূ লাম্বোক্লগা খা থংবা মপান ফংখরে। অদুগীতুংদা রাম। হাইনা থোংনা মেংনা কৌরগা ওসিদি ঐগী ওন্দগী "বলা" কৌবা "অতিবলা" কৌবা বিদ্যা অনিসি নচিন-ননাও ফংজরো হাইদুনা রামদা তাকপিখরে। শ্রীরামচন্দ্র মপুক্লিং খোইদানা মুনিগী মফমদগী বিদ্যা অনি অদু মনাওগা লোইননা তমখরে।

লম্বী ময়াইদা অকি ফংলবা বন অমা উবদা বন অসি অসুক অকি ফংনা তমথিরিবসি করিননো? অসুম্না রামনা বিশ্বামিত্রদা হংখিরম্মি। বিশ্বামিত্রনা খুমখি—বৎস। তমখিরবা বন অসিগী রাখোং হাইগে তাও—মমাংগৈদা মফমসিদা "মলদ-করুষ" কৌবা য়াম্না চাওথংলবা লৈপাক অনি ওইরম্মি। সুন্দর হিংচাবগী তালোই মারীচগী মমা তারকা হিংচাবীদু শামু লিশিং অমগী মপাঙ্গল কনবনা লৈপাক অনি সি তুম্না মাংহনখিদুনা বন ওইখিবনি। হিংচাবী মানা লম্বী চংপা মী হাৎ হাৎতুনা মফমসিদগী য়ুথক মথাই অমা থাপ্নদা লৈ। মাবু হাৎতুনা লৈপাক অনিসি য়েক্লবা তিংখং লৈতনবা নংনা তৌগদবনি।

বিশ্বামিত্র মুনিগী য়াথং রামচন্দ্র নকোক খোংনা লৌতুনা "গুরুদেব! য়াথং কাইদনা তৌজগনি হাইনা বাশক্লুনা অকি ফংলবা লিরি খোঞ্জেল থোকহনখরে। লিরি খোঞ্জেল তাবদা খাঙ্গমদ্রবী হিংচাবী তারকা রামগী মথক্তা মুংগী নোং চুথহন্দুনা চেনশল্লকখরে। মাইয়োক তম্নকপী হিংচাবীদু রামনা মথবাক্তা তেন থাখরে। হিংচাবীদু তেনগী চৈনা ফংবদা নৈমাইথক্তা লোংনা হাইথখরে, য়াইবী থরাই থাখরে। তারকা হিংচাবী

হাংপদা বিশ্বামিত্র পেনখরে। মুনিগী য়াথংনা রাম লক্ষ্মণ অনি মফমতুদা অহিং অদু নুংঙাইনা লৈখরে। মুনিনা পিবা মন্ত্রনা মতিক মগুণ হেঙ্গংনবা রাম লক্ষ্মণ অনি অদু মুনিগী মতুং ইন্না ইন্না আশ্রম লমদম য়ৌখরে। মহামুনি বিশ্বামিত্রগী নুংঙাই-নুংঙাইবা ৱারি তা-তাদুনা লাকপদুনা নিংথৌ মচা অনি অদু লম্বী লিশাং লাকপগী অৱাবা মশাদা ফাওখিদরে।

আশ্রম য়ৌরবদা বিশ্বামিত্র মুনি ইন্দ্রি লাকশিন্দুনা তপস্যা হৌগৎখরে। রাম লক্ষ্মণ অনি তুম্বা হিপ্পা থাদোক্তুনা মিশেল খাংদুনা তপবন অদু ঙাক-শেনখরে। তপস্যাগী মুমিৎ তরুক্নি গুরকপদা সুবাহু মারীচ অনি মনাই-মশনগা লোইননা যজ্ঞ শালাদা লাক্তুনা ঈগী নোং চুথহনখরে। মতম অদুমক্তদা শ্রীরামচন্দ্রনা মারীচগী মথবাক্তা তেন্না থাদুনা য়ুথক চাম থাপ্পা সমুদ্র য়ৌনা তকখোকখরে। সুবাহুবুনা আগ্নেয় অস্ত্রনা মথৱাই লৌখরে। মনাই মশন অপুম্বা বায়ব্য অস্ত্রনা থাপ্পা হুনদুনা পুথোকখরে। শ্রীরামচন্দ্রগী অঙক ফংলবা থৌওং উবদা তপোবন্দা লৈবা অপুম্বা ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইদুনা শ্রীরামচন্দ্রবু মখল মখল ওইনা থাগৎ-পুনখৎখরে।

যজ্ঞ লোইরবা তুংদা মপুক্রিং পেন্নবা বিশ্বামিত্রনা শ্রীরামদা অসুম্না তাকপিখরে। মীরক্তগী অথোইবা! রাম! হৌজিক অসি মিথিলা লৈপাক্তা জনক মহারাজগী শেংলবা যজ্ঞ অমা হৌগৎলি। যজ্ঞ অদু তানা ঐখোই অপুম্বা চৎকনি! নংসু ঐখোইগা লোইননা মিথিলা লৈপাক চৎলুসি। মফমদুদা চাংদম নিঙঙাই লৈতনা মগুণ চেন্নবা মহা-দেবগী লিরুং উবা ফংগনি। মুনিগী য়াথং ফংবদা ফগনি হাইদুনা রাম লক্ষ্মণ অনি মুনিগী তুং-ইন্দুনা মিথিলা লৈপাক তানা চৎখরে। মিথিলা লৈপাকী বন য়ৌরকপদা বিশ্বামিত্রগী ৱারিদগী শ্রীরামচন্দ্র গৌতম মুনিগী আশ্রমদা চংদুনা গৌতমগী শাপনা নুং ওইরবী মাগী ধর্মপত্নী অহল্যা

দেবীবু শাপগী ফুমখৈ ফংহন্দুনা থৌজানবিখরে। গৌতমমুনিনা মাগী ধর্ম্মপত্নী অহল্যাগা লোইননা পুজা কৎখরে। কৎলিবা পুজা শ্রীরাম হরাওনা লৌখরে।

জনক নিংথৌদ্র বিশ্বামিত্র লেংলকপগী পাও ফংবদা মাগী পুরোহিত শতানন্দনা মাং থাক্রনা ওক্লখরে। নিংথৌ মুনি অনি মহৈ মহৈ মঙ্গলগী ৱাফম হংনখরে। জনক নিংথৌনা রাম-লক্ষ্মণদ্র উবদা হরাওবগা লোইননা পাঙ্গলদা লাইগুম্লবা অঙাং অনি অসি কনানো ? হাইনা বিশ্বামিত্রদা পরিচয় হংখরে। বিশ্বামিত্রমু শ্রীরামচন্দ্রগী ৱারি-ৱাখোং অপুম্বা চিংথদনা লিখরে। রাম লক্ষ্মণ অনিনা মহাদেব লিরুং য়েংনিংবা অদুমু হাইখরে।

জনক নিংথৌনা বিশ্বামিত্রদা অম্মম্বা হঙ্গংখিরম্মি, লিরুং অসি দেবরাত নিংথৌগী শুৎতা হাপ্লম্বনি। মাবু লিরি খোংজী হাপ্পা লাই-হিংচাবা গন্ধর্ব্ব অসিপুম্বা ঙমখিদ্রবনি। মী অদুনা লিরী খোংজী হাপ্পা অসিদা মপাম্বোম পাঙ্গল উৎপা ঙম্লবা মী অদুদা ইমোম সীতা কৎকনি হাইনা ঐনা ৱাশকচরে। নিংথৌ-নিংথৌরেন অপুম্বা ঐগী ৱাশক অসিদা সীতা লৌগনি হাইদুনা লাকখিরাম্মি। অদুবু লিরুংফাও থাঙ্গংপা ঙমদনা নিংবা কাই কাইদ্রনা হন্দ্রবনি। রামনা লিরুং অসি লিরিখোঞ্জী হাপ্লবদি ইমোম সীতা মঙোন্দা শোইদনা কৎচগনি। জনক নিংথৌগী ৱাসি তাবদা বিশ্বামিত্র মুনিনা রামবু লিরুং উংল্লু হাইনা জনকতা হাইখরে। বিশ্বামিত্র য়াথং ফংবদা জনকনিংথৌ লিরুং পুখোক্লবা পাত্রমন্ত্রিশিংদা য়াথং থাখরে।

জনক য়াথং ফংবদা মীয়াম চংদুনা য়াম ৱানা পুথোক্লবা লিরুং অদু বিশ্বামিত্র মুনিনা রামবু য়েংহনখরে। বিশ্বামিত্র য়াথং ফংবদা শ্রীরামচন্দ্র নোল্লুক্লা লিরুং লৌখৎতুনা লিরিখোঞ্জী হাপচরগে হাইনা হাইরম্লগা য়েংলিবা মীয়াম মমাংদা ইরাই লাইনা লিরুং ত্তাপ থাঙ্গৎতুনা মুক্ত না খোঞ্জী

হাপ্পদা ময়াইদা থেগাক তেকখরে। লিরুং তেকপগী মখোল নোংখাক-লকপগী মখোলগা পাংখকখরে। মখোলডুনা তিল্লিবা মীয়ামপুম্বা ঙরুখরে। মতমডুদা বিশ্বামিত্র-জনক-রামলক্ষ্মণ ঙমখিদে। তিল্লিবা মী ময়াম্বা লিরুং থাঙ্গৎতুনা খোঞ্জী হাপ্পা য়ানরবদা জনকনিংথৌ হরাও-তুম্জুংনা রাফম অসি বিশ্বামিত্রদা হঙ্গংখরে।—ভগবন্! মপাঙ্গল উৎলবা দশরথ নিংথৌ মপারী রামদা পাঙ্গম্না মমল ওইরবী ইমোম সীতা কৎতুনা ঐ রাশক কাইদবা পামজরে। থিন্দনা মুনি য়াথংনা পাওপুবা মী অযোধ্যা তানা থাবিরো। মতিক মগুণ চাওরবা দশরথ নিংথৌবু শাগৈ নাতৈ কোম্নলা রাজপুরোহিয়াওনা কৌহনবিরুরো: মুনিগী য়াথং ফংতুনা জনকনা থোদাডুনা দূত কয়া অযোধ্যা তানা থাখরে। দশরথ নিংথৌদা খোইদাবা পাও হঙ্গৎলখরে।

বিশ্বামিত্রগী থৌজালগী মহৈ মঙ্গল পাও অড়ু থাগৎপুনখৎলগা দশরথ নিংথৌনা মন্ত্রি মগুল কৌখরে, মখল মথা বা তানখরে। রারেপ তাড়ুনা থিন্দনা খোংমী শগোল শামু রথ-দোলাই লোইনা দশরথ নিংথৌ মিথিলা কোম্নং তানা খোংশানখরে। দশরথ লেংলক্লে তাবদা জনক নিংথৌ পুজা অর্চ্চা ভোতুনা ওকখরে, ঙমখৈ লৈতনা হরাওখরে। উর্ম্মিলাবুসু লক্ষ্মণদা কৎচরগনি হাইনা জনক নিংথৌ রাশকখরে। অড়ুগী তুংদা দূত থাডুনা মনাওনিপা কুশধ্বজবু মাগী কোম্নুংদা পুরকহনখরে। কুশধ্বজগীসু লুহোং-বদা মম্নুং মতম চারবা মাণ্ডবী, শ্রুতকীর্ত্তি কৌবী মচাম্নুপী অনি লৈ। লুহোংবগী থৌরাং পুম্বা লোইডুনা তৌগৎলক্রবদা ইক্ষ্বাকু শাগৈগী পুরোহিত বশিষ্ঠ মুনিনা পুরোল অপুম্বা শোন্দুনা কন্যাশিং অড়ু নিংথৌগী মচা মরিদা বরণ তৌখরে, মুনি ময়ামগী সভাদা যজ্ঞগী মমাংদা মন্ত্র শোল্লবা ঈশিংগা লোইননা মুংঙাইবগী পীরাং শিম্মুডুনা জনক নিংথৌনা মাগী মনাওগীসু কন্যা মরিড়ু নিংথৌগী মচা মরিদা পুক্রিং খোইদাবগা লোইননা কৎখরে। নিংথৌগী মচা মরি গুরুবশিষ্ঠগী য়াথং মতুংইন্না কন্যা মরিড়ু লৌজ্রে।

শ্রীরামচন্দ্রনা সীতা দেবী লৌখরে। লক্ষ্মণনা উর্ম্মিলা লৌখরে। ভরতনা মাণ্ডবী লৌখরে। শত্রুঘ্ননা শ্রুতকীর্ত্তি লৌখরে। দশরথনিংথৌগী মপারি মরি মতিক মপা চানবা কন্যা ফংহুনা তগুপ-তরেংখরে। শাস্ত্র পথাপ মতুংইন্না লুহোংবা লোইরবদা মচা মরি কোন্দুনা শাগৈ নাতৈ লোইননা দশরথ জনককী য়াথং লৌহুনা অযোধ্যা তানা খোংশানখরে।

মশাগী গুরুওইবা মহাদেবগী লিরুং রামচন্দ্রনা থুদেকপ্লে তাবদা অশাওবা মৈবুল থোক্লবা জমদগ্নিগী মচা পশুরাম মৈবুল মঙাল ফুদোক্লুনা রামনা লাক্কদবা লম্বী ময়াইদা লাক্লুনা লৈখরে। কুনমাথোইরক হন্না লান্দাহুনা পৃথিবীদা ক্ষত্রি ময়োল চোংহনখিদ্রবা পশুরামহুবু উবদা দশরথনিংথৌ থমোই নিক নিক লাওখরে। মাবু থেমজিল্লিবা মুনিশিংবু থওইরমদনা পশুরাম রামচন্দ্রগী মায়োক্তা পরপ পরপ চংশলক্লগা হাইরখরে— "রাম! ঐনা পুরক্লিবা লিরুং অসিদা নংনা নপাঙ্গল ফোংদোকউ" অসি হাইনা হাইহুনা পশুরাম রামচন্দ্রদা লিরুং পিখরে। শ্রীরামচন্দ্র লিরুং তাপ লৌহুনা ইরাই লাইনা লিরি খোংজি হাপ্লুনা মক্লুবা তেল তেঙ্গা থোংখরে। জমদগ্নিগী মচা পশুরাম নাপন কাইহুনা অমুক হন্না তপস্যাগীদমক মহেন্দ্রপর্ব্বত তানা খোশানখরে। পশুরাম চৎখ্রবদা মপুক্লিং পাল্লবা দশরথ নিংথৌ খোংলোইশিংগা লোইনা লম্বী লমশাং লানথোক্লক্লুনা স্বরারেণ কোল্লুংগুম্লবা অযোধ্যা কোল্লুং য়ৌখরে। মতিকমগুণ চেল্লবা রামনা চিংরা মচাশিংনা মতালোইশিংগা লোইননা মপা নিংথৌবু ভক্তি প্রেম য়াওনা সেবা তৌহুনা দশরথ নিংথৌ ঙমখৈ লৈতনা পেনখরে। নিংথৌ মহারাণী অপুম্বসু মগুণ চেল্লবী মমৌশিংবু ফংজহুনা খোইদোক হেন্দোক্লা পেঞ্জখরে। শ্রীরামচন্দ্রসু গুণ অপুম্বনা তিল্লবী সীতাগা লোইনহুনা লক্ষ্মী শাগোম্লবা শ্রীনারায়ণগুম্না ঙানথোইখরে। রাম সীতা অনি থম্মোইগা থম্মোইগা তিন্নব্লবা প্রেম পোক্লখরে। মনাও অপুম্বসু শ্রীরামচন্দ্রদা অচেৎপা ভক্তি পোক্লুনা মমা পুম্বনা য়োক কোন্দুনা মুংঙাইনা মতম লেনখরে।

## বালকাণ্ড লোইরে।

# অযোধ্যা কাণ্ড

নোংমা লুহোংলবা তুংদা যুধাজিৎনা মচলগী মচা ভরতবু মযুনদা পুংগে হাইত্তুনা অযোধ্যাদা লাকখিরম্মি। দশরথ নিংথৌগী য়াথং ফংত্তুনা ভরত শত্রুঘ্ননা তুং ইন্দুনা মামগী য়ুমদা চৎখরে। মফমত্তুদা মাগী মামনা মচাগী ভাবতা য়োক-থাক্তুনস্থ ভরত অত্তু মতম পুম্বদা অহল ওইরবা মপা নিংথৌবু খক কাওবা লৈখিদে। দশরথ নিংথৌনসু ল.ফৈদা লৈখিবা মচা অনিত্তুদা থমোই মরাং হৌখিরম্মি।

অস্তুম তৌত্তুনা লৈনিংথৈগী মরক্তা দশরথ নিংথো মন্ত্রিশিংগা :কোম্নুং মনুংগী মীশিংগা নাপচিক্লা বা তাম্নত্তুনা গুণ অপুম্বগী পোক্লফম ওইরবা প্রজানস্থ পোইদারবা মশাগীসু হেন্দোক পোইদোক্লা মুংশিজরবা রামচন্দ্রবু যুবরাজ হাপ্পা পামখরে। প্রজা অপুম্বসু রামবু যুবরাজ হাপ্পগনি তাবদা পুক্লিংচংনা খোইদাখরে। যুবরাজ হাপ্পগনি হাইবগী পাওনা অযোধ্যা সহরবু মুংঙাইবা সমুদ্রদা তাওহনখরে। য়ুম য়ুমদা স্নমাং থেলোংদা লম্বী লমখাংদা লমলোং মরি ফাংবদা কৈথেলদা সোরোক্তা মখল মখল ওইনা লৈতেংখরে। মফম অপুম্বদা রামবুযুবরাজ হাপ্পগী বারি-বাতাইত মতাক্লে। অঙাং ফাওবা শান্নরদা রামবু যুবরাজ হাপ্পগী মরমদা বারি ওইনা শিনখরে।

দশরথনিংথৌনা স্নমন্ত্র থাত্তুনা রামচন্দ্রবু কৌহনখরে। মখোং শোক্লা খুরম্লিবা রামচন্দ্রবু মুংশিনা কোল্লগা দশরথ নিংথৌনা মশাগী অমস্থং প্রজাশিংগী অপাম্বত্তু রামদা হাইরক্লে— "রামভদ্র! হয়েংদি নংবু ইপানা যুবরাজ হাপ্পগনি" অসি হাইনা হাইবা মপানিংথৌগী য়াথং রামচন্দ্র মকোকথোংনা পুত্তুনা মযুম মাইকৈদা পাংখরে। যুবরাজ অভিষেকী তৌফম থোকপা ব্রতনিয়ম পালন তৌখরে।

মনিংমথা তম্না দোলান মতোন কারুবদা কৈকেয়ীগী অনিগুবা হুকচাংগুদী মনাইনুপী মপুক খোইরবী মন্থরানা অযোধ্যা সহরদা লৈতেংলিবত্ন উরুবদা "করি মরম্নো অযোধ্যা অপুম্বা অম্নক য়াম্না লৈতেংলিবা অসিবু?" অমুম্না রামচন্দ্রগী য়োকচবীদা হংখিরম্মি। য়োকচবীত্নুনা মন্থরাদা হয়েং রামবু যুবরাজ হাপকদৌরি হাইনা তমখিরম্মি। রামগী মপাওসি তাবদা শাও-খিবনা থমোই চাক্তুনা থমোই ফজরবী মন্থরা তুম্লিবী কৈকেয়ীগী মনাক্তা তহা তহা চংশিন্লক্তুনা হু চেল্লবা য়াহৈ হাইরখরে। "অপংবী! হয়েং তৌগদৌরিবসি ইখং খংদনা অশুক নুংঙাইনা নংদি তুমহুনা লৈরি, ওম্থোক-পনি!! খাংঙমদবা অকনবা অরাবা অমা নংদি নংগদৌরি। রামবু যুবরাজ হাপল্লবদা কৌশল্যানা খ্বাইদগী থোইদোক-হেন্দোকপা ইকাই খুম্নফম ওইরগনি, মমাসীজ মীংথৈরোল ফংলগনি. রামনা নিংথৌ, ভরতনা মীনাই ওইরগনিদো।"

রামবু যুবরাজ হাপ্লগী পাও তাবদা অহানবদা থমোই ঈথক ঈপোম হৌনা নুংঙাইজরবী কৈকেয়ীবু হন্না হন্না হু চেল্লবা পাওতাক কয়ানা থমোই নৈহংলবী মন্থরানা মওং অমা ওইনা রামদা য়েক্নবা রাখল পোক-হনখরে। খুদক অত্নমক্তদা কৈকেয়ীদো "রাম বন চংহনগনি" হাইনা তমথিরবা রাশক শকখরে। রাশক তাবদা মন্থরানা মত্নগী উপায় হাইখরে— মমাংদৈদা লাই-হিংচাবগী লানফমদা স্বরারেণগী মতেং পাংগে হাইত্নুনা দশরথ নিংথৌ খোংশালদৈদা ইবেম্মনা খোংলোই তুংইন্দুনা নিংথৌবু সেবা তৌদৈদা সেবাদা নিংথৌনা পেন্দুনা ইবেম্মদা "বর অনি নিজৌ" হাইনা নিংথৌ য়াথং পিখিদনা? বর অত্ন ঐনা নিজনিংবা মতমদা নিজগে হাইনা ইবেম্মনা হাইবদা নিংথৌনা নংনা নিনিংবা মতমদা পিগনি হাইনা রাশকখি, রাশক কাইদ্রবা নিংথৌ কাদা নংগী বরঅনি তোন্দুনা লৈরিবনি। বর অনিত্নগী মত্নংদা বর অমনা রামবু চহি তরামরি বনদা

চৎহনবা, অদুগা বর অমনা ভরতপু য়ুবরাজ হাপ্পসি বর অনি ইবেম্মনা নিবিয়ু। মন্থরাগী রাফম অসিদা থোনা থোক্লবী কৈকেয়ী শাওদুনা শাও-কম শংদা চংদুনা লৈমাইথক্তা ওন-থোইখরে।

দশরথ নিংথৌ চাম্লবী কৈকেয়ীদা শুংঙাইবা পাও হাইগে হাইদুনা লৈমকোন্দা চংখিরম্মি, কৈকেয়ীগী মওংদু উবদা থমোই মচেৎ তানা কাই-খরে। অদুগী তুংদা কৈকেয়ীবু থেমজিনিংদুনা দশরথ নিংথৌনা হংঙকই—রাণী। করি মরম্না নং নপুক্কিং শুংঙাইত্রিবনো? কনানা নংদা রাথৈ লাইন্থেজনবা য়াওরবগে? নত্রগা কনানা নংবু মাইথিবা পিরবগে? অসি হাইনা মখল মখল হংলিবা দশরথ নিংথৌদা থমোই ফত্রবী কৈকেয়ীনা খুমখিরম্মি—মহারাজ। ঐঙোন্দা কনা অমত্তনা রাথৈ-লাইন্থে-জনদে, কনা অমত্তনা মাইথি পিদে। ঐগী অপাম্বা অমদি লৈজে। মদু তৌবিগনি হাইনা রাশকপিরবদি ঐ হাইজগে। কৈকেয়ীগী রাফম তাবদা ফৈ হাইনা রাশকখরে। রাশক্লবা নিংথৌদা কৈকেয়ীনা মমাংঙৈদা পিখিবা বর অনিগী রাফম হোদোকখরে। বর অমনা "রামনা চহি তরামরি বন চৎপা, বর অমনা ভরতপু য়ুবরাজ হাপ্পা, বর অনিসি কৈকেয়ীনা নিখরে। রাগী তমখিরবা রাফম অসি হেক তাবদা দশরথ নিংথৌ বজ্রনা থাবগুম্না রাম্থখরে। ঙাইহাক পুক্নোই রাম্থরুরগা জ্ঞান লাক্লবা দশরথনা নিরিবা বর অনিদু থাদোক্লবা পাওতাক মখল মখল তাকখরে। মখল মখল থেমজিনখরে। দশরথ নিংথৌগী পাওতাক অপুম্বা লৈকংলাদা হুনবা মক্লনা ময়োল চোংদবগুম্না কৈকেয়ীদা অরেম্বা ওইখরে। কৈকেয়ীনা পাওখুম্লকই—"মহারাজ! করিগুম্বা ঐনা নিজরিবা বর অনিসি পিবি-দদুনা রামবু য়ুবরাজ হাপ্পিরবদি শোইদনা মহারাজগী সনা মাং অসিদা হু চাখুনা নত্রগা মৈনুংদা চোংশন্দুনা ইথরাই থাগনি" অসুম্না কৈকেয়ী রাশক্ক না হাইখরে। মতমদুদা দশরথ নিংথৌ রাশক থৌরীনা পুনখিদুনা

নিরিবা বর অনিচু পিসি পিঙমদ, পিররোই হাইঙমদতুনা নিংঙমদবা-লাংদা থুডুনা মখল মখলগী তেংথা নাওইনা অহিং নোংশোইবা তুমদ-হিপ্তনা লেনখরে।

অহিং মতম হৌখরে। নোংপোক ফীরুক হাংলকপদা ব্রহ্মতেজগী তুংনফম বশিষ্ঠ মুনি বিধি বিধান কাইদনা অফবা পুংফম কেণদোংদা রাম যুবরাজ অভিষেক পাংথোক্লিংতুনা পুজা পোংলম পুৎনা কোন্নুং তম্না লাকখরে। সনখোংদা সুমন্ত্র খেংনতুনা সুমন্ত্র। ঐ লাক্লে হাইনা মহারাজদা হঙ্গংলু অসুম্না সুমন্ত্রদা বশিষ্ঠনা য়াথং পিখরে: সুমন্ত্র মন্ত্রি বশিষ্ঠগী য়াথং পুতুনা দশরথ নিংথৌনাক্তা লাকখরে। মতমতুদা হাইরম্বা নিংথৌগী ফিবম অতু খংদতুনা থুম্নবা রাহৈ রাতঃ কয়ানঃ রাম অভিষেকী দমক হঙ্গংখরে।

সুমন্ত্রগী বাহু তাবদা দশরথ নিংথৌ পাওখুম পিদনা তুমিন্না লৈখরে। মতৌ অসুম্না নিংথৌনা তুমিন্না লৈখিবতুদা রাখল লৈরবী কৈকেয়ীনা সুমন্ত্রদা হাইখিরম্মি—সুমন্ত্র! রাম অভিষেক তৌরগনি হাইবতুদা তুংঙাই-খিবনা মহারাজ অহিং নোংশোইবা চেপ্তনা লৈরম্বদগী হৌজিক্তা নিদ্রা দেবীগী তম্পাক্তা পোথাখিবত মঙাইরি। মহারাজবু য়াকাইহনবা ঐগী ইতিক নংতে। "মন্ত্রিমক্তা থুনা চংলগা রামবু কৌরুতুনা সি-তানা পুরকপনা ফগনি' কৈকেয়ীগী বা তারগা সুমন্ত্রনা হাইখিরম্মি—মহারাজগী য়াথং তাদনা ঐনা করম্না চংকনি। অসি হাইনা খুম্লকপদা দশরথ নিংথৌনা মন্ত্রিদা হাইখি—মন্ত্রি। অচুম্বনি ঐ রামবু উনিংই। সুমন্ত্র নিংথৌগী য়াথং কংবদা তহা তহা রামগী লৈফম তানা চংখরে। মীনাই মীসম্না ইকোই কোইসন্দুনা রামচন্দ্র সনাগী কাংথোলদা থোরকপদা ঙাইরিবা কোরৌহনবা মুমিংকুম্না খুংঙাইনা ফমতুনা লৈরম্মি। সুমন্ত্রনা রামগী নাক্তা চংলক্তুনা রামভদ্র! রাণী কৈকেয়ীগা লোইননা নবাইবুঙেঙানা রামভদ্রবু উননিংঙি, অসুম্না হাইরখরে।

কৈকেয়ীদস্থ অপোকপীদগুম্না ভক্তি লৈরবা শ্রীরামচন্দ্র মতমতুদা করিগুম্বা নিংবা কাইবগী রাখল অমত্তা পোক্তুনা চিংনখিদে। ইপা ইবুঙেঙাগী মাথং কাইদনা চৎলুরগা ঐ তম্না হল্লকনি। অস্থুম্না চাম্নবীদা হাইরম্লগা সুমন্ত্রগা লোইনতুনা কৈকেয়ীগী সঙ্গাইদা লাকখরে। মফমতুদা অমুক্তা উখিদ্রবা হাইঙমদবা দশা অমা ফংতুনা মাইথোং লাংশল্লবা মপা ইবুঙেঙাবু উরগা শ্রীরামচন্দ্র পুক্নিং চঙক্লনা মপাগী চরণ খুরম্লে, মতুংদা কৈকেয়ী মমাবু ইকাই খুম্নবা খুরুম্লগা নিংথৌগী মাইয়োক্তা ফমখরে। রামবু উবদা দশরথ নিংথৌ হিক হিক লাওবা বাহৈনা বা হাইগে হাইতুনা হৌগৎলম্লগা বা হাইবা ঙমদবগুম্না বাঙাংবা লেপখরে। শ্রীরামচন্দ্র মপা ইবুঙেঙাগী অমুক্ত উখিদ্রিবা মওং মতৌদু উরগা লিনবু কাওরুরগা বাবগুম্না বারতুনা কৈকেয়ী মমাদা অস্থুম্না হাইখরে—ইমা! ঙসি ইপা ইবুঙেঙানা করি মরম্না ঐঙোন্দা শাওবগুম্না তৌরিবনো? করি লানজদ্রবা ঐঙোন্দা ইপাগী করিগুম্বা পেন্দবা অমা ঐগী ইরাইবক থিবদগী থোক্লবস্থ নচাবু সুংশিহৈরবী ইমানা খরদং কোকহনবিয়ু।

মশাগী ওইজবদা হৈশিংলবী কৈকেয়ীনা মপুক্নিং লাকশিন্দুনা হাইখি—ইবুঙেঙা! মহারাজ করিস্থ শাওদে, অদুগা মহারাজগী করিগুম্বা খুদোংথিবা অমত্তস্থ থোক্তে, অদুম্নদি ওইরগা বাশকথিবা অমা ঙাকপা ঙমদতুনা নংবু কিবদগী মপুক্নিংদা লৈবা বাফম অমা হাইদোকচবা ঙমদতুনা বারিবনি। নংনা নপাগী বাশক অদু মপুং ফানা কাইহল্লোই হাইরবদি ঐ নঙোন্দা মরম অদু হাইগনি। কৈকেয়ীগী বা তাবদা রামনা হাইখি—ইপাগী য়াথংবু লৈরবদি মৈমুংদা চোংশনবগীদমক্তস্থ ঐ শেমশাজরি, করিনো? ইমানা ঐঙোন্দা অস্থক য়াম্না মতিকচাদবা বা হাইরিবা অসিবু? ইমা! হাইবিয়ু, ইপা ইবুঙেঙানা অপাম্বত ঐ তৌজনি, মসি ঐগী অচেৎপা বাশক্নি। ইমা রামদি বা অনিরক ঙাংদবনি, অস্থুম্না মথমোই তিংনা হাইরক্লিবা

রামগী মফমদা থমোইনা হোরাইগুম্লবী কৈকেয়ীনা হন্না হন্না তমথিরবা মশাগী অপাম্বা রাফম অহু চিংনবা লৈতনা হাইখরে—রাম। চহি তরামরি চুপ্পা বনদা জটা পুত্তনা নং লৈগদবা রাফম্নি· অসুম্না হাইরকপী কৈকেয়ীদা পুক্লিং ফীরেপ কাইদ্রবা রামচন্দ্রনা নুরবা ভাবনা থুম্লকল্লে—ইমা। নচাদি ওইজবা পাম্বা নচা নংতে, তাইবংপান্দা মীংচৎ উরোং খিনবা পাম্বা নচানি, ধর্ম্মতত্ত্ব নিপা ওইবগী লম্নি খঙ্গরবা নচা ঐবু মুনি ঋষিগা পাংথক্লি খনবিয়ু, হৌজিকমক মখোং য়াংবা শগোল তোংহন্দুনা দূত-শিংবু ভরত অভিষেকীদমক মামগী য়ুমদগী কৌহনবিরুরো” অসুম্না শ্রীরামচন্দ্র মমা কৈকেয়ীদা হাইরম্লগা স্তান য়াওদ্রবা মপা নিংথৌবু খুরম্লগা বন চৎপগীদমক মপুক্লিং লেপ্লত্তনা অশাওবনা মীৎ কোরি কারবা লক্ষ্মণনা ভুং-ইন্দুনা মমাগী বিদায় লৌনিংত্তনা কৌসল্যাগী মন্দির তানা খোংশানখরে। চিবোন চিবোন ঙাংনত্তনা রামগী বন চৎপগী পাও অসি মাইকৈ পুম্বা শিনবা থুংখরে।

রামবু যুবরাজ অভিষেক তৌবগী কুম্মৈ ঙাইত্তনা লৈরিবী কৌশল্যা দেবী রাম বন চৎপগী পাওগী শুংশিৎনা য়ৈত্তনা উরীগুম্না নিক নিক লাওত্তনা লৈমাইথক্তা হাইথখরে। তপথবনা সমুদ্রদগী হেল্লবা শ্রীরামচন্দ্রনা মমাবু তপ-থহনখরে। তপথরবী কৌসল্যানা রাম কাইনবগী মৈনা চুরবা, মথরাই ওইজরবা নিংথৌগী মফমদা থাংনা শোক্লবা মফমদা থুম চাইবা অমুক ভৌররোই, অসি হাইনা খন্দুনা অরাবা অপুম্বা ক্রক লাকশন্দুনা মপু-রোইবগী সেবা তৌত্তনা মপুন্সি লেনবনা হুপী ওইবীগী পুন্সি মহৈ য়ানবনি খনখরে। অত্তুগা “ইপাগী য়াথং ঙাকপগীদমক বন চংকদৌরিবা নচাদা ইমাগীসু য়াথং পীনবিরো” অসি হাইনা দণ্ডবোৎ শন্দ্রাং খুরুমত্তনা মমাগী য়াথং নিরিবা মচা রামগী মঙ্গল পাম্লিবী কৌসল্যা দেবী করিগুম্বা মওং অমনা অরাবা মমি তাহন্দনা পীরাং ঈহৌরকপা থিংত্তুনা মঙ্গল জয়কার

তৌখবে। মচা য়েংতুনা হাইরকই—ইমাগী ইবুঙেঙা। ধর্ম্ম মাতবু ঙাক্লিবা ইচাবু ধর্ম্মতুনা মতম পুম্বদা ঙাকপিসন্নু, দেবা-দেবী অপুম্বনা ভুত-প্রেত খিবিক্লা ইচাগী মঙ্গল পিসন্নু, মতৌ অম্নম্না মচা রামগী মথক্তা আশীর্ব্বাদ চাম-চাম নোংজু ফুইনা চুখরিবী তুংগী মপাঙ্গল ফীরেপ খন্দুনা মশা তপথরবী কোসল্যা দেবী মচাবু শংত্রিক য়েংতুনা "ইমাগী ইবুঙেঙা। চহি কুমজা তরামরিবু মীকুপ অমগুম্না বনদা লেল্লুরগা অমুক হন্না অযোধ্যাদা লাক্লুনা থবক অপুম্বা পাংথোক্লবা না-য়েক্লবা ইচাগী শক্তম ইমা উখিগেকে।" অসি হাইনা হাইরগা কৌসল্যা দেবী মথাদগী থাদোক্লুনা মচাবু চংপগী বিদায় পিখরে।

শ্রীরামচন্দ্র মমাগী য়াথং ফংতুনা মযুম মাইকৈ পাংখরে, মমাই লুক্লপ তৌনা সীতাগী নাক্তা চংশনখবে। অরাবা কোকথোং পুগুম্বা মবুঙেঙাগী শক্তম উবদা সীতা দেবী মশা তনিক তনিক লাওখরে, তনিক তনিকপা খোম্থোক্লা—ইবুঙেঙা! হরাও তয়ামগদবা মতমসিদা করিগীনো মাইথোং লাংশল্লিবা অসিবু? অসি হাইনা হংখবে। রাহং অসি তাবদা শ্রীরাম-চন্দ্র অরাবা পোংলুম পুঙমখিদবে। সীতাদা পাওখুম পিরক্লে—চান্নবী, জানকী। ইপা ইদুঙেঙানা রাশক ঙাকপগীদমক্তা ঐবু বনদা চংপগী য়াথং পিনবিরে, ইনাও ভরতপু যুবরাজ অভিষেক তৌবা তারে" ঐ নংবু উমংগ হাইতুনা লাক্লিবনি। ঐনা উহৈ রাহৈ চাতনা মুনি লিচং চত্তুনা বন চংখ্রিঙৈদা নং যুবরাজ ভরতকী ফোরোই ইন্দুনা লৈগদবনি, ধর্ম্মদা নপুক্লিং চংনা অহল ওইরবা ইমা ইপা অনিগী সেবাদা নপুক্লিং লুপ্না লৈগদবনি।

থোইদোকপা প্রণয়গী ফোরোইনদবা, সীতাগী রাখল ঙাউদবা রামগী রাফম তাবদা থমোই শেং কাইন রারবী জনক নিংথৌ মমোমলোই অয়াকপা রাহৈনা রামবু নিন্দা তৌরক্লে—ঙসি ঐঙোন্দা প্রণয়গা চানদবা

রাহৈ ইবুঙেঙোনা তাকপিরিবা অসিবু করিনো? কনা অমদা চংকম লৈজদ্রবী ইবুঙেঙোতনা ইথবাই ওইজরবী ঐবু ইবুঙেঙোনা থাদোকপি-রমগদৌরিব্রা? ইবুঙেঙোনা বন লেংরা তারবস্থু ঐস্থু মাং থাজহুনা ভুম্বৌ হারু মথক্তা চৎচগনি। কনাদা চংকম লৈজদ্রবী ঐবু ইবুঙেঙোনা থাদোকপিরম্লবদি অশিবা লাইগী খুয়াদা চংজবা শোইদ্রবনি। ইবুঙেঙোনা লৈবা মফম অহু বন ওইরফাওবদস্থু সীতাগীদি মুংঙাইজবা মফম্নি। মতৌ অস্থুম্না সীতানা অচেৎপা রাফম হাইরক্লবদা শ্রীরামচন্দ্র বন চংপগী অৱাবা মথল মথল হাইর ফাওদস্থু সতী সীতাবু বন চংলরোই হাইহনবা ঙমখিদ্রে।

সীতাগী মপুক্লিং য়ুংবা উবদা শ্রীরামচন্দ্রনা হাইখরে—"জানকী। নংবু য়াওদ্রবদি স্বর্গ ফাওবস্থু রামগী করি অপাম্বা ওইগনি?" অসি হাইনা হাইহুনা সীতাদা ভুইনবগী য়াথং থাখরে।

রাম সীতা অনিগী ঙাংনবা রাফম অহু তারগা মপুক্লিংনা নিংবা কাইরগদ্রা হাইহুনা চিংনবদগী মীৎলু ঈড়া ঈহৌরবা অৱাবা রাখল পুঙম্লক্লবা সুমিত্রাগী মপারি ময়াম্বগী মখোং চেজেৎ চেংনা কোন্দুনা নোংখোংগুম্না কপ্প কপ্পহুনা ময়াম্বদা হঙ্গংলক্লে। য়াম্মুং। অঙাং ওই-রিবৈদগী নহুংত ইনজরক্লবা নয়াথং হিক্তোকচরক্লবা ননাও ঐবু হৌজিক-সিদা থাদোকপিফম থোক্তে, ননাওবু থাদোকপিরমগল্ল" অসি হাইনা হম্না হম্না রামদা হাঈজখরে। য়াম্মুংনা বন লেংবদা ননাওনা লিক্লুং তেন্দোং পাইহুনা নমাং থাহুনা কোঙ্গুং ঙাকশেনগুম্না চৎচগনি" অগি হাইনা হুঙ্গংলবা লক্ষ্মণবু চংজরকপবু মুংশিহৈরবা শ্রীরামচন্দ্রনা মতৌ করম্না থা-দোক্কদগে? শ্রীরামনা চংপগী য়াথং পিরবা লক্ষ্মণনা মমাগী কাদা চংহুনা চংপগী বিদায় লৌঙৈদা মমানা লক্ষ্মণদা হাইরকই— ইমাগী ইবুঙেঙো। নয়াম্মুং রামবু নপা ইবুঙেঙো দশরথ নিংথৌমক্লি খল্লুকো, নতৈমা সীতাবু নমা ঐমক্লি হাইবা কাওগল্লুকো" অসি হাইবা মমাগী য়াথং বেদগুম্না খন-খরে, মমাগী য়াথং ফংবদা লক্ষ্মণ রামগী নাক্তা চৎখরে।

ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবশিংদা সনা-লুপা ফীরোম্নচিংবা আভরণ কয়া কংং-লম্লগা বশিষ্ঠ মুনিগী লেংদ্রবা আশীর্বাদ লৌরগা রাম-লক্ষ্মণ-সীতা অহুম দশরথ নিংথৌগী নাক-তানা চংখরে। অরাবা সমুদ্রদা নুপ্পুনা লৈরিবা দশরথ নিংথৌবু য়েংঙইননা কোইনগা শুরুমচুনা বিদায়গী য়াথং নিখরে। অদুগী তুংদা শ্রীরামচন্দ্র কৈকয়ী মশামক্তা পিবা উকুনীজোল শেংংইন্দুনা মী নু ঈড়া ঈহৌরবা কোন্নুং মীয়াম্না অরাবা অঙকপগা লোইনরবা মীংয়েংনা য়েংনা য়েংনা সীতা-লক্ষ্মণগা লোইননা সুমন্ত্রনা শেম-শারবা দোলাইথক্তা কাখংখরে। সুমন্ত্র সারথি মুংশিংকী মাংথানা চেন্নবা শগোল চুপ্প থাড়ুনা দোলাই খোঁঙ হৌরক্রে। মুপী অঙাং খাক্তনা অযোধ্যাবাসী অপুন্না থোইদোক হেন্দোক্না রাড়ুনা দোলাই তুংইন্না চংখরে। শ্রীরামচন্দ্রনা থুম্নবা-মেংলবা রাইহ কয়ানা অযোধ্যাবাসী মীয়াম্বু খেমজল্লম্লগা শগোল শাজৈ থাইন্দুনা মীয়ামগী মীংমাংদগী লাম্বোকখ্রে। অরাবনি !! দশরথ নিংথৌ দোলাই কাংখোংগী উফুল উরবা মথৈ মচা-মথোনা চংখিবা মাইকৈদা মীংয়েং লেংদনা খমখরে।

তমাসা তুরেল মপান্দা অহিং অমা লৈরম্লগা অমুক্তা গোমতীতীর্থ সরযুতীর্থ লাম্বোক্তুনা লম থুমদা মরাংকাইরবা ফজ-যজবরা বননা লৈতেংং-লবা কৌশলদেশ য়ৌখরে। কৌশলদেশ তুংওইনচুনা মুনিশিংনা সেবা তৌনরিবী তাইবংপানবু লানথিরিবী গঙ্গাদেবীগী মপান্দা মগুণচেনবশিংগী লুচিংবা নিষাদনিংথৌ গুহগা উন্নখরে। ভক্তিতনা মরুলুক্রবা নিষাদ নিংথৌন রঘুবংশগী অখোইবা শ্রীরামচন্দ্রবু বিধি মতুংইন্না পূজা কৎখরে। হয়েংগী নোংঙাউনবদা গুহনা পুরকপা খোংনাংবট মখোম্না জটা তাখরে, জাহ্নবী গঙ্গাবু লাম্বোক্লিংতন: "হি অমা পুবিরকউ" হাইনা নিষাদনিংথৌদা হাইজখরে। গঙ্গা-মপান্দগী সুমন্ত্রসারথিবু হলহনম্লগে হাইদুনা "মন্ত্রি অখোইবা! ইপানিংথৌগী মফমদা মন্ত্রিনা ফীঙংপিগন্তুকো।" অসি

হাইনা সুমন্ত্রদা বিণয়গা লোইননা হাইজখ্রে। হাইজবা পাংথোক্তুনা সীতা-লক্ষ্মণগা লোইননা গুহগী য়াথং লৌতুনা হিদা কাখংখ্রে। গঙ্গা রাংমা তম্খ্রে, রাংমা তোর্ব্বান ফংতুনা রাম-সীতা-লক্ষ্মণ খোংনা খোং-শান্দুনা ভরদ্বাজ মুনিগী আশ্রম য়োৎখ্রে৹ ভরদ্বাজ মুনিনা শ্রীরামচন্দ্রবু অতিথি ওইনা ফংজবতুদা পুজা পোংলম চিথদনা বিধিবিধান কাইদনা পুজা কৎখ্রে। লম্বী-লিশাং অমুক্তা চৎলক্তবনা অরা-চোকথ পোক্তুনা লৈখ্রে। নোংঙাল্লগা অয়ুক অঙনবদা ভরদ্বাজ মুনিনা হাইরকই— "চিত্রকূট কৌবা চিং অতু থুম্লবা উহৈ-রাহৈনা থল্লবা চিংনি, নহুনা নখোইগী খোইদাবা লৈফম ওইগনি"। মুনি মাগী রাসি তাবদা আশ্রম অতুদগী চিত্রকূট তম্না খোংশানখ্রে৹ চিত্রকূট ফংলতুনা মাল্যবতীগী মপান্দা নিংথিবা আশ্রম শেমতুনা অরা-অনা পুংকোক কোক্তুনা চিং অতুদা লৈখ্রে। বনদা লৈবগী অরাবা পুংকাও কাওথোকখ্রে।

অমরোমদা সুমন্ত্রসারথিতু রাম য়াওদ্রবা দোলাই তোংতুনা থমোই হরাওবা য়াওদনা মুংঙাইবপক্তুবী রাম লৈতবনা ইহাং হাংলবী অযোধ্যাদা হনখ্রে, থমোই রাখিবনা মীংফম পীরাং ঈহোত হোৎনা ঈচোৎত চোৎনা লৈরবা দশরথ নিংথৌগী নাক্তা চংশল্লকখ্রে। বন চংখিবা অহম অতুগী মও' মতৌ দশরথদা হঙ্গংখ্রে। মচা রামনা ফীজোম্না উকু-রাকু ওইখ্রে, কোক্তা জটা পুখ্রে, অসিনচিংবা তাবদা দশরথনিংথৌ অরাবা মৈচাক হেঙ্গৎলক্তুনা পৃথিবী মথক্তা রাহুতুনা তাখ্রে। জ্ঞান হেক হেক লাকপদা মীকুপ মীকুপ খুদিংদা স্বর তোন্দোক হোক্তিন্দা হা !! রাম !! হা !! রাঘব ! নংবু মফমকৈদা চৎখ্রবগে ? অসি হাইনা তেংথা তেংথাতুনা লৈখ্রে। রামনা বন চংখিবদগী নুমিৎ মঙানি ফাওবতু মওং মতৌ অসুম্না হাইঙমদবা অরাবা মশক ওইতুনা থরাই পুতুনা লৈখিরম্মি: অতুদৈ মুনি মচা হাংখিবগী পাপ অতু নিংশংলক্তুনা

মাবু সেবা তৌরিবী চাম্নজরবী কৌসল্যাদা হাইরম্লগা দশরথ নিংথৌ রামনা বন চংখিবগী মুমিৎ তরুক্তি শুবগী নোংয়াই মতুংদা অরোইবা য়াহিপ্তা য়াতাখরে, অহিং অতুগী অরাবগী শক্তম্ অমা অযোধ্যাদা উংখিবা কনানা শিংথাবা ঙমগনি।

অরাবনি!! রাম-লক্ষ্মণ চিত্রকূট চিংদা লৈখরে, ভরতনা শত্রুঘ্নগা লোইননা মমা কৈকয়ীগী পাপকী লিচৎ করিগুম্বা অমত্তা খংদনা মাগী মামগী য়ুমদা লুংঙাইনা লৈখরি। অযোধ্যা লৈপাক্কী নিংথৌরেল কালগী খরাত্তা তাখরে, অযোধ্যা লৈপাক নিংথৌ পানখিদরে। মপু পান্দ্রবা লৈপাক কনাদা চংজফম ওইগনি?

নিংথৌ পান্দ্রবা লৈপাক মাং-তাক্লিঙাই মশক্তি, অসি হাইনা খল্লুবদা থমোই নিক নিক লাওরবা— মতিক মগুণ চেল্লবা মুনি ঋষি ময়াম তিম্নদুনা রঘুবংশগী পুরোহিত বশিষ্ঠ মুনিদা হাইজরখরে—পুরোহিতনা অযোধ্যাদা ভরত ওইরবসু অতোপ্পা অমবু ওইরবসু নিংথৌ অনা হাপ্পা চুগনি। মুনি ময়ামগী রাসি তাবদা বশিষ্ঠমুনিনা মপানিংথৌনা নিংথৌ খুবম পিগনি রাশক্তুনা হাইখিবা ভরতপু খুদক্তদা কৌনিংদুনা পাত্র মন্ত্রিশিংগা রা তাম্নখরে। রারেপ তাদুনা ভরত কৌরুনবা দূত শিখরে। বশিষ্ঠমুনিনা শিখিবা দূতশিংদু মুমিৎ তরেৎনি শুবদা কৈকয় লৈপাক য়ৌখরে, ভরত্তা পাও পিখরে —রাজকুমার! মন্ত্রিশিংগা লোইননা পুরোহিতনা য়াম্না থুনা রাজকুমারবু উনিংঙি, অদুনা থিন্দনা ঙসিমক যাত্রা তৌবিরো।

ঙরাংগী মং লুংঙাইতবনা পুক্লিং রাদুনা লৈরিবা ভরততু পাও অদু তাবদা অমুক্তা হেঙ্গৎনা পুক্লিং লাংতক্লবা পোক্তুনা মপানিংথৌগী অমসুং মমা ইবেম্মগী অদুগা রাম-লক্ষ্মণগী মঙ্গল তোপ্পা তোপ্পা হংখরে। ভরতকী রাহং তাবদা লাক্লিবা দূত অপুম্বা মীনমদুনা ময়ামগী মঙ্গল ওইরি হাইনা

পাওখুমখরে। ভরতনা দূত শিরক্তুনা মাবু কৌরবগী রাকম অসি মমা-পোকপা মবুধৌদা মাগী মামদা হঙ্গংলম্লগা চংনিংবনা তহা তহাখরে। মবুধৌ-মাম অনিনা মমল য়াম্লবা খুদোলপোং কয়া পিবা মপুক্রিং হুং-ঙাইতত্বনা লৌদনা মনাও শত্রুঘ্নগা লোইননা খুনক্তুদা দোলাই তোংদুনা যাত্রা তৌখরে। হুমিং তরেংনি শুবদা অযোধ্যা যৌখরে। অযোধ্যা গী ওইথোকখিদ্রিবা মওংতু উবদা ভরতনা পুক্রিং যৈশা লাংতুনা সারথিবা হংখরে,—সারথি! ঙসি অযোধ্যা লৈপাক্তা ওইরিবা নওংসি করিনো? নিলখোংবা চপ লেপখরে, হৈকোল লৈকোলপুম্বা শেম্বি-শাবিবা লৈতরু-গুম্না মঙাল ইরৈ লৈখিদরে, আগরুচন্দনগী মনম চেনবা নাশংবা মনাং-ঙৈগুম্না শিংখিদরে, কৈথেল অপুম্বা কনা কাদবনা কনা গোনাবনা অহাংবা যুমগুমখরে, উরিবা মীপুম খুদিংমক মাইথোং ইনাশাংশন্দুনা মতিং ময়াং ইকং কংশন্না মীংফম পীরাং ঈতৌনা খোরাংদগী মতাগুম্না ইউ-উখরে। অসুম্না হন্না হন্না হংতুনা দোলাইদগী কুমথতুনা মপানিংগী সনা সঙ্গাই মাইকৈ তমশিনখরে, গঙ্গাটি মনুংদা মপানিংখৌ লৈরিদবা উবদা মমাগী সঙ্গাইদা চংলক্তুনা মমাগী চরণ খুক্রম্লগা ইমা! ইপা-নিংখৌ কদাইদা লৈবগে? অসি হাইনা ভরতনা মমাদা হংখরে। কৈকেয়ী মচাদা পাওখুম পিখরে—"ইনাগী ইবুংঙো! তাইবংপান্দা লৈরিবা জ্ঞান-শিংনা নোংমা নত্রে নোংমদি শোইদনা ফংনরিবা খুবম অতু নপানিং-খৌসু ফংখরে" কোটিবজ্র তাবগুম্লবা মমাগী পাওখুমসি তাবদা ভাগ মরু কক্রবা উপালগুম্না লৈপাকথক্তা রাম্বতুনা তাখরে। ঙাইহাক পুঙ্গোই লৈরগা ভরত জ্ঞান লাকখরে. ইপাইবুঙেঙো! ইপাইবুঙেঙো! হাইদুনা তেংথারক্লে। ইমা! লাইবকথিবা নচাদা ইপাইবুঙেঙোনা অরোইবা পাও করি হাইবিরম্বা? অসুম্না ভরতনা মমাদা হংখরে। মচাগী রাহং তাবদা হা রাম! হা সীতা! হা লক্ষ্মণ। অসি হাইনা তেংথারম্লগা নপা

ইবুংঙেঙাদো অরোইহা য়াহিপ তানপরে" অসি হাইনা হাইরম্লগা কৈকয়ী দেবী মচাদা মশাগী তৌঙন্ধগী ঙমখৈ লৈতবত্নু ফোংদোকখরে। নুপী ওইবীশিংগী তরাই তরাইনা হেক্তা ওইবা পুক্নিং তয়াং তয়াংবনা মশাগী তৌঙম্বা লিচৎ অসি, অসি য়োরে হাইবসি খংঙমদবী কৈকয়ী মানা ইকাই-ইকি লৈতনা মশাগী লিচৎ তেংনা হাইরগা মশাবু অখং অহৈবীনি খন্দুনা মচাগী থমোই মশক খংদনা মচাবু যুবরাজ অভিষেক্কী দমক থৌদাখরে।

ধর্মচেল্লবা ইপাগা পাংখক্লবা ইয়াম্বনা থাদোক্লম্লবা ঐ অসি তোনক্লেদা !! রাখোক লাম্বোক্কী হৌনফম ওইবী ইকাই খংদ্রবী ইমা-মাগী গর্ভদা ইরাইবক খিত্নুনা পোক্লরিবা ঐ অসি ওম্বোক্লা তোনখেদ্রা !! অস্নুম্না ভরতনা মশাবু চাম্মরক হন্না নিন্দা তৌখরে। মশাবু নিন্দা তৌবমখৈ তৌরগা ভরতনা—মচা অমত্তা পোকপী কৌশল্যাগী ঙমখৈ লৈতবা অরাবা থোকহনবী মমাবু মখল মখল ওইনা নিন্দা তৌখরে। মফম পুম্বদা মনিং থুংদত্নুনা মমাবু দণ্ড পিবনা মতিক চাই লেপ্লত্নুনা অরাবা ক্রুক লাকশন্দুনা ভরত থাওদা থাদত্নুনা থমলিবা মপাগী কায় ( শিরবা হকচাং ) অত্নু বাশিষ্ঠগী য়াথংনা সংস্কার তৌখরে, লাইরৈবাক তানখরবগী তৌফম থোকপা মথৌ পুম্বা পথাপ কাইদনা পাংথোকখরে।

মপানিংথৌগী মথৌপুম্বা পাংথোকপা লোইরত্নুনা মশাদা অমাংবা লৈত্রবা ভরতকী মনাক্তা মন্ত্রিশিং চংলক্তুনা নিংথৌ অভিষেক্কী রাফম হাইজখরে। মচিন-মনাওবু সুংশিহৈরবা ভরত মন্ত্রি ময়ামগী রাফম নিংথৌ অভিষেক্কী থৌরাং অত্নু য়াখিদরে, শ্রীরামবু দর্শন তৌনিংত্নুনা বন তানা খোংশানবগী থৌরাংখরে। ভরতনা চংলমদাইদা হাইরম্মি— "ইয়াম্বনা অযোধ্যাদা হল্লক্নিমখৈ ঐ বনদা ইয়াম্বগী মনাই ওইত্নুনা লৈরগদবনি। শ্রীরামচন্দ্র লৈতবা অযোধ্যাগী রাজলক্ষ্মী ঐ করিসু পামদে, মীতাদে"

ৱাঙাংসি তাবদা মীয়ামপুম্বা ভরতকী মগুণশিংদু থাগৎখরে, রামদর্শন তৌনিংদুনা ভরতকী মতুং ইনখরে। ভরতকী রামবু নুংশিবা মওংদু উরগা কৈকেয়ীসু থমোই পেৎথখরে। মন্ত্রিপুম্বা, পুরোহিত, মমাপুম্বা অসিনিংগা লোইননা ভরত অদু লাম্মী মখল মরিগাকোয়না খোংশাল্লকপদুনা গঙ্গা মনাক্তা লৈবা শৃঙ্গবেরপুরগী মনাক য়োৌখরে। লাম্মীগা লোইননা লাক্লিবা ভরত অদু উবদা গুহনা চিংনখিরম্মি—করিনো? থর্ম্ম চেল্লবা ভরতসু নিংথৌখুবম পামদুনা গুণ অপুম্বগী তুংনফম রামচন্দ্রদা য়েক্লবা ৰাখল পোক্তুনা লাম্দারক্লিবরা? অসুম্না চিংনরিঙৈদা গুহ ভরতকা উন্নরবদা মানা রামদা বিনয় ভক্তি লৈবগী অরেপ্পা মওং অদু উবদা চিংনবা পুম্বা কোকখরে. হরাওবগা লোইননা গুহনা ভরত্তা রামগী পরিচয় পুম্বা তাকখরে। ভরত্ত! শ্রীরামচন্দ্র অদু লম্বী লমদাং থোক্তুনা মফমসিদা ইঙগুদী মখোংদা লৈরাম্ম, উনাগী ফম্মুংসিদা চেপ্লম্মি, মফমসিদা লৈদুনা জটা শেমখি, মতৌ অসুম্না শ্রীরামচন্দ্রনা লৈরম-চারম্বা মফমশিংদু তাক্তুনা গুহনা মাগা রামচন্দ্রগা উন্নখিবগী ৱারী-ৱাখোংপুম্বা শিংশিংনা তমখরে।

গুহগী ৱা তাবদা ভরত—ইনৌ নৌনা অৱাব: অমুক পোক্তুনা "ইতৈমা সীতাগা ইয়াম্বা রামচন্দ্রগা অনিগী অসিয়ৌবা খুদোংখিবা দশা অসি ঐনা মরম ওইরিবনিকো।" অসি হাইনা খল্লুদুনা হন্না হন্না অৱাবা ময়োল চোংখরে, ঙসি হাইবা নুমিৎ অসিদগী হৌরদুনা ঐ উহৈ-ৱাহৈ চাখরগে, উকু ফীজোল শেংখরগে, ইকোক্তা জটা পুখরগে, ভুমিশয্যাদা হিপখরগে. অসি হাইনা ভরত ৱাশ্রুকখরে। নিষাদনিংথৌ গুহনা গঙ্গা লাম্থোকপিদুনা ময়ামদুগা লোইননা ভরত অদু গুহনা তাকপা লম্বী মতুংইন্না ভরদ্বাজগী আশ্রম তানা চৎখরে। মনাই মশাল থাপ্তক্লা থনম্লগা বশিষ্ঠ মুনিনা মাং থাদুনা আশ্রম মমুং চংলক্লবা ভরতপু ভরদ্বাজ মুনিনা অতিথি সৎকার তৌখরে। মতুংদা আশ্রমদা লাকপগী মরম হংখরে।

করিনো ? ভরত। কৌশল্যাগী মচা নয়াবদা পাপকী লিচৎ চংকে :থৌরাং-লক্রিবরা ? অস্থুম্বা ভরদ্বাজ মুনিগী ৱাহং তাবদা ভরত অদু মীৎলু ইড়া চেন্দুনা পীরাং চদুম চদুম তারদুনা "ওস্তোকপনি !! অরাবনিদা !! ঐহাক্তি ভগবান মুনিমক্তস্থ ঐবু অস্থুম্না নিংবিত্রবনিকো" অস্থুম্না পাউখুম পিরগা শ্রীরামগী মতুং ইনজরকপনি হাইবা পাওদমখরে।

ভগবান্ ওইরবা ভরদ্বাজগী মরাদগী শ্রীরামচন্দ্র চিত্রকুটদা মুংঙাইনা লৈ হাইবাসি খংলদুনা নোংমদুম্না মুনি মাগী আশ্রমদা লৈরম্লগা হয়েংগী অয়ুক ঙন্তাদা ভাত অদু মফমচুদগী খোংশানখরে, রামনা লৈবা আশ্রম লমদম তমথবে। ভরত আশ্রম নাকওইনখরে, লাম্মীগা লোইননা লাক-লিবা ভরত অদু লান্দারকপনি খন্দুনা অশাওবা লাইগী খুদুম চল্লবা মনাও লক্ষ্মণদা শ্রীরামচন্দ্রনা হাইখরে— লক্ষ্মণ। ভরত্তা নৎতবা ৱাখল খন্দুনা থোরাংলিবদু থাদোকউ, ভরতকী পুক্তিং খংবা নয়াম্বনি, চিংনবা পুম্বা থাদোকউ অসি হাইনা মনাওবু থেমজনখরে। লাম্মী পুম্বা মফম চানা খনম্লগা "ইমাশিংগা লোইননা ঐগী তুংদা লেংবিরকউ" অসি হাইনা বসিষ্ঠদা হঙ্কৎলম্লগা শক্রঘ্ন ১সুং সুমন্ত্রনা ভুংইন্দুনা ভরত ময়াম্ব দর্শন তৌনিং-বনা পুক্তিং মরাং ঈহৌননা আশ্রম মনুংদা চংশনখরে। চংশন চংশন্না ভরতনা খনখিরম্মি— "ইরান লৈরবা ঐনা মতৌ করম্না ইয়াম্বগী নাক্তা চংশনগদগে ? অসি হাইনা খল্লুবদগী খোংথাং তপ্লপ থাংখরে। কুইনা উক্লদ্রবা ময়াম্ববু উবদা অরাবা সমুদ্র লাল্লগনি খন্দুনা অমুক খোংথাং তহা তহাখরে। মতৌ অস্থুম্না খোংচৎ পথাপ লৈতনা খোংথাং থাংদুনা অৱা-মুংঙাই-অকিবগী মরক্তা থম্মোই হাই-হাইরদুনা মীৎকম ঈড়া ঈহৌবনা মীৎয়েং মপুং ফাদ্রবা ভরত অদু শ্রীরামচন্দ্রগী মাংদা শন্নাং তাদুনা খুরুমখরে। য়াম্বুং ! হাইনা কৌরম্লগা মখা তাথবা ঙমদদুনা ৱাঙাং লৈপখরে। শক্রঘ্নস্থ কপ-কপ্লদুনা শ্রীরামচন্দ্রগী মখোং পাইদুনা খুরুমখরে। শ্রীরামচন্দ্র মনাও অনিবু চেজেৎ চেৎনা কোনখৎলগা প্রেমধারা শিঙ্খরে।

কোক্তা জটা পুরবা ফীজোল ইমোং মোংলবা মাইথোং ইরাংলা-শল্লবা মক্তিংময়াং ইকংকংলবা মশক খংঙমদ্রবা মনাও ভরতপু শ্রীরামচন্দ্রনা মতম্বাক্তা থাঙ্গৎতুনা চেংনা কোল্লগা হিকহিকলাওরবা ৱাঙাংনা হাইখরে—ইয়াম্বগী মুংশিথোইরবা। মতম কুইনা উরুদ্রবা ইনাওবু ঙসি ইয়াম্বনা উজবা শুংঙাইবা মপালনাইদেদা।। ইপা ইবুঙেঙা মঙ্গল ওইরিদনা? ইপাইবুঙেঙানা হিংলিডৈদা ইনাওনা বনদা লাকপদি করিগীনো? ইনাওগী যুবরাজ খুবম লেংদনা ওইরিদনা? অঙুগা কুলাচার্য্য শ্রীগুরুদেব বসিষ্ঠসু মঙ্গল ওইরিদনা? ইমা ইবেম্মশিংসু মঙ্গল ওইরিদনা? মতৌ অসুম্না শ্রীরামচন্দ্রনা মনাওদা মথং মথং ওইনা ময়ামগী মঙ্গল ৱাফম হংখিরম্মি। মপুক্তিং তোম্বল্লবা ভরত—"ইতৈমা সীতাগা লক্ষ্মণগা লোইননা য়াম্লুংনা বনদা হেক খোংশানখিবদগী ইপা ইবুঙেঙাদি অৱাব-সমুদ্রদা লুপখিদুনা অরোইবা য়াইহিপ তানখরে।" অসুম্না হিক হিকলাওরবা ৱাহৈনা শ্রীরাম-চন্দ্রদা হঙ্গৎখরে। মপাইবুঙেঙা নোঙ্গাখরে হাইবা পাও অদু তাবদা তপথবদা সমুদ্রগুম্লবসু শ্রীরামচন্দ্র জ্ঞান মাংদুনা লৈমাইথক্তা হাইথখরে। সুমন্ত্রনা অমদি মচিন মনাওশিংনা লাক্রদুনা তপথহল্লবা শ্রীরামচন্দ্র মপা-নিংথৌগী গুণশিং অদু নিংশং নিংশংলুরগা হম্না-হম্না তেংথাদুনা গঙ্গাঈমুংদা কুমথদুনা ঈরুজরগা ঈশিং খুজোকনা পিতৃতর্পণ কৎখরে। বোরোইগা য়াম্লরবা ইঙগুদ-পিণ্যাকনা তারবা পিণ্ড পিখরে। মচিন-মনাও ময়ামগী তেংথাখোল তারগা লাকমিম্লবা কোম্লুংগী মীপুম অৱাবগী ঙমখৈ লৈখিদরে। মচিন মনাও মশেল মুংশিনবগী মওং অদু উরগা মীপুম্বা ইঙক-ঙকখরে। নিংথৌগী রাণী অপুম্বা বসিষ্ঠ মুনিনা রামগী নাক-তানা পুশল্লকখরে। শ্রীরামচন্দ্র কুলগুরু বসিষ্ঠগী অমদি মমা অপুম্বগী মখোং পাইদুনা খুরুম্লগা নোং-খোঙ্গুম্না কপখরে: মীয়ামপুম্বা হাইঙমদনা থমোইগী বিকার পোক্তুনা মমাংডৈদা খক থোকখিদ্রিবা থৌওং অমা মথমোই মথমোইদা ফাওখরে।

মতৌ অম্মুম্না নোংমাঅহুম্না লেনখরে। নোংঙাল্লবদা কোন্থংগী মী পুম্বা পাতমন্ত্রি অঙম-অথৌনচিংবা অপুম্বা ফম্লহুনা লৈনম্লবা মতমদা ভরতনা মরু লুরুরুনা ভক্তিনা মাংথানা শ্রীরামচন্দ্রদা বাফম খর হঙ্গংলক্লে— য়াম্মুং ইবুঙেঙা! ননাইনা হঙ্গংচনিংবা অপুম্বা হঙ্গংকদবদা ইরৈ খৎপা ঙমাথ-দরে, অদুবু মহোশাগী প্রেমগী লম্বীদা করিগুম্বা অমত্তংদি ননাই হঙ্গংচগে, লানবা অপুম্বা ঙাকপিগনি। পাবুং মহারাজনা অরোইবা মীংচং তানম্ল-বদা পৃথিবী ইমানা মশাবু য়াম্মুংবু পুহম্লিংঙি, পুগদবা ময়াম্বা লৌরঙৈদা রঘুশাগৈগী রাজলক্ষ্মী মনাওদা চংফম থোক্তে, পুকচেল য়াংলবী ঐবু পোকপী ইমাগী থৌরাংনা পংথখিত্তুনা ইপানা নিংথৌ খুবম ঐঙোন্দা পিগনি বাশকখিবনি, অদুবু ঐগী ইপুক করম্না ওনগনি? লৈপাক্কী থাওমৈ ওইরম্বা লৈপাক মপুনা মতমগী ঈচেলদা তিনম্লবদা য়াম্মুংনা লুমিৎকুম্না হম্না থোরকপা লৈপাক্তা ঙাইনরি। করিগুম্বা য়াম্মুংনা নিংথৌ খুবম থাদোকপিখরবস্তু মীনাই ওইরবা ননাওনা হম্না কৎচবা অসিমদি য়াম্মুংন্না লৎনবিদনা লৌবিয়ু। থৌজালবিয়ু ননাইবু। মপু পান্দ্রবা লৈপাকসি মপু পালহনবিয়ু।

ভরতকী বা তাবদা শ্রীরামচন্দ্র মাবু থেমজিন্দুনা হাইরক্খি—ইয়াম্বগী মুংশিথোইরবা! তাইবংপান্দা লৈরিবা অপুম্বা মাংবনা অরোইবনি, নিংথৌ খুবম, সম্পৎতি পুম্বা, মুংশি-মুংশিরবশিংগা লৈমিন-চামিম্নরম্বা; অসি পুম্বসি নোংমা নত্রে নোংমদি মাংবা-কাইনবা অসিনা অরোইবা ওইগদৌরিবনি। মশানা তাঞ্জবা পুণ্যনা স্বর্গ খোংদাথরবা ধর্ম্মচেন্নবা ইপাগীদমক মতম পুম্বদা করিস্তু বানিংঙাই লৈতে। ইপা ইবুঙেঙাদি অবাব কোঙ্গাই খাংহুনা বাশকখিবা ধর্ম্ম ঙাকথরবনি, অদুগুম্বা ইপাগী শিন্থা ফংলবা নং-ঐস্তু ইপাগী য়াথং ঙাকদৌবনি. মহুনা মচা ওইবগী অচেৎপা ধর্ম্মনি। মরমসিনা নপুক্লিং চিংনদনা নং শত্রুঘ্নগা লোইনহুনা অযোধ্যা চৎলো,

প্রজাগী মনিং থুংহল্লু. ইমাবু নিন্দা তৌগন্নু: শ্রীরামচন্দ্রগী মা তাবদা ভরত তৌবিগন্নু হাইদুনা চামরক হাইজখরে; মহুনা শ্রীরামচন্দ্রবু বন চৎপগী রাশক্তগী মরিক অমা ফাওবা মচি লেংহনবা ওমখিদরে। শ্রীরামনা মনাওদা হাইখরে—"ভরত!—থাবল্লা থাজবু থাদোক্লবসু লোইবী হিমা-লয়না উনবু থাদোক্লবসু রাম্রদি ইপাগী মাংদা রাশকখিবহু করিনোংদা থাদোক্লরোইদবনি" অসুম্না শ্রীরামচন্দ্র মশাগী অচেৎপা ফীরেপ মনাওদা থংহনখরে। মতমদুদা বশিষ্ঠ মুনিনা মাইকৈ অনিগী ফীরেপ উবদা প্রজাগী মঙ্গল খন্দুনা উপায় অমা ফংহুনা হাইখরে—"ভরত! নয়াম্বুগী খুরুম পুরগা মহুগী মখাদা নং লৈপাক ঙাকলো" অসুম্না নাক য়েৎ য়েংদুনা ভরততা পাওতাক পিখরে। অদুগা "খুরুম অদু মনাও ভরত্তা পিখরো" হাইনা শ্রীরামচন্দ্রদসু য়াথং পিখরে।

রাশক চেৎলবা শ্রীরামচন্দ্র মনাওদা খুরুম পিখরে। ভরত ময়াম্বগী খুরুম মকোক থোংনা লৌরগা ময়াম্বদা হঙ্গৎখিরম্মি—"য়াম্বু! ননাওদি সহরগী মপান্দা লৈজহুনা ইয়াম্বা-ইতৈমা অনিদা নিংখৌ খুবম কৎথোক্তুনা চহি তরামরী ফাওবা মুনি লিচৎ চৎহুনা য়াম্বুং লেংলকপা ঙাইজগনি। চহি তরামরি হেক শুরদা য়াম্বুংগী চরণ দর্শন ফংদ্রবদি মৈমুংদা চোং-শন্দুনা ইথরাই থাজগনি" অসি হাইনা শ্রীরামচন্দ্রগী মাংদা রাশক্লুগা মনাওগা লোইননা ভরত অযোধ্যা তানা হনখরে। ইপাইবুঙেঙা অমসুং শ্রীরামচন্দ্র লৈত্রবা অযোধ্যাদা চংনিংদ্রে হাইনা মুনিশিংগী সম্মতি লোহুনা নন্দিগ্রামদা মনাওগা লোইননা চংলগা রাজসিংহাসন্দা শ্রীরামচন্দ্রগী খুরুম থাঙ্গৎলগা পুজা কৎহুনা ভরত অদু উকু ফীজোল শেৎ-ইন্দুনা লৈপাক ঙাকখরে। শ্রীরামচন্দ্রহু ভরতনা ১সুং মমাশিংনা কোম্মুং মীশিংনা পরিচয় খংখরবা চিত্রকূট চিংহুদা লৈবা পামদ্রহুনা সীতা লক্ষ্মণগা লোইনহুনা

অতোপ্পা বন অমদা চৎপা পামখরে। মরমতুনা চিত্রকুটদগী খোংশান্দো-ক্লক্ত্না মহর্ষি অত্রি মুনিগী আশ্রমদা থুংখরে। অত্রি মুনিনা অতিথি পুজা কৎতুনা অহিং অহুমা মফমতুদা লৈরম্লগা অত্রিনা তাকপা লম্বী মতুংইন্না দণ্ডকারণ্য কৌবা বনদা চংখরে।

## অযোধ্যা কাণ্ড লোইরে।

---

# আরণ্য কাণ্ড

কোরৌহনবা লাইনা নোংলক্তা চংলকপগুম্না দণ্ডকারণ্যদা চংলক-পদা শ্রীরামচন্দ্র জীবপুম্বগী চংনফম লক্ষ্মীনা ঙাহোইরিবা তপস্বীশিংগী আশ্রম পরেং পরেং উবা ফংখরে। আশ্রম হেক উবদা শ্রীরামচন্দ্র লিরুংদগী লিরি খোংজী হুক্তোক্ত্না সীতা লক্ষ্মণগা লোইননা আশ্রম তানা চংশনখরে। লৈরম্বা মুনি ঋষি অপুম্বা পাঙ্গলদা তাইবংপান ফাওখরবা শ্রীরামচন্দ্রনি খংহুনা মীংকুপ্ত্বা মীংয়েংনা পুক্কিংচংবা য়েং-হুনা তরাম তরাম্না ওকখরে, উনাগী থাংপোকশং মহুংদা লেংশনহন্দুনা শ্রীরামচন্দ্রবু পুজা কংখরে। পুজা লোইরবদা ঋষিশিংনা শ্রীরামদা হাই-জখরে—রাম। ঙসিদি নপাঙ্গম্না ঙাকপিহুনা ঐখোইগী তপস্যা য়ৈখাই থিঙ্গাইবা লৈতনা চাওখংলগনি "অসি হাইনা থাগৎলগা "তাপস্বী ঐখোইবু ঙাকপিয়ুকো" হাইনা প্রার্থনা তৌখরে। শ্রীরামচন্দ্র মফমতুদা অহিং অমা লৈরম্লগা অয়ুক্তা অচৌবা বন অমা তানা খোংশানখরে। বন অহু য়োরকপদা চিংগী চিংদোলগুম্বা মশা মুশিন মুরবা ইকনী মউন শেৎপা জীবপুম্বগী মীপাই-থবাইনিংঙাই ওইরবা "বিরাধ" কৌবা

হিংচাবা অমা মখোই অহমগী মাংদা ফোং ফাওরকখরে। হিংচাবা অহ উবদা সীতাদেবী মশা নিরু নিক লাওখরে; পান্বা কৈরেন উবদা সঙ্গী শঙঙাইগী মীৎয়েংগুম্না তথক তথকপা মীংয়েংনা সীতাদেবীদো শ্রীরামচন্দ্রবু য়েংখরে। বিরাধ হিংচাবা অকিবা ফংলবা খোল্লাওনা মাইকৈপুম্বা ইনিল নিংলম্নগা অশাওবগা লোইননা রাম-সীতা-লক্ষ্মণ নাক্তা চোংশিল্লক্লগা—"নকোক্তা জটা পুরিবা নখুৎতা লিরুং পাইরিবা ওন্নবা লিচৎ চৎলিবা নখোই অনিবু কনানো? অসি হাইনা হংলম্লগা সীতাবু চোংশন্দুনা ফাখরে। হিংচাবা মানা হেক পাইবদা সীতাদেবী সুংশিৎনা য়ৈবা লকুগুমখরে হিংচাবনা পিবা মাইথিবা খাংডমখিদ্রে শ্রীরামচন্দ্র থমোইদা অরাবা ঈপোম হৌন্তুনা লক্ষ্মণ কৌদুনা হাইখরে—লক্ষ্মণ। নতৈমা সীতাবু পাইরিবা অসি নং উদ্রবরা? অসি হাইনা হাইদুনা মনাওদা চাংপগী ঈঙ্গিং পিখরে। ময়াম্বগী য়াথং ফংবদা লক্ষ্মণদো থোরবা তেন্না হিংচাবদা থাখরে, চৈনা ফংবদা বিরাধনা লক্ষ্মণগী থবাক তম্না টাশোল লংখরে। শ্রীরামচন্দ্রনা তেনগী নোং চুথহন্দুনা টাশোলদু মতুপ মতুপ কুকথৎলম্লগা হিংচাবা মথরাই লৌখরে লৈমাই থক্তা হাইথহনখরে। বিরাধ হিংচাবা মশাগী শাপকী রারি রাখোং রামদা হাইরম্লগা মশা মৈ থাদোকপা নিরগা শরভঙ্গ মুনিগী আশ্রমগী লম্বী তাক্রম্লগা স্বর্গদা কাখরে।

বিরাধ হাৎতুনা সীতাবু তপথহল্লগা শ্রীরামচন্দ্র শরভঙ্গ মুনিগী আশ্রম তানা চৎখরে। শরভঙ্গ মুনিদু মশাগী তপস্যানা তাঙ্গবা পুণ্যনা ব্রহ্মলোক চৎকদবগী শ্রীরামচন্দ্র লেংলকপা ঙাইদুনা লৈরম্মী। মহাত্মা ওই-রবা শরভঙ্গ মুনি শ্রীরামচন্দ্র উম্নদুনা মঙোন্দা মশাগী রারি হাইরগা লেংদবা লৈফম তাকখরে, হে রাম! বন অসিদা সুতীক্ষ্ণ কৌবা ধর্ম্ম চেনবা মুনি অমা লৈবনি, নং মাগী মনাক্তা চৎলু, মানা মতম অপুম্বদা নংগী মঙ্গল

ওইনবা তৌবিরক্কনি, "এসি হাইনা হাইরম্লগা শরভঙ্গ মুনি লিম্না মকু হুবগুম্না পঞ্চভূতকী হকচাং থাদোকখ্রে। খুদক্তুদা স্বরারেম্না পুখিদুনা ব্রহ্মলোক ফংখ্রে। শরভঙ্গ মুনিনা স্বর্গ খোংদাখ্রবদা বন অদুদা লৈবা মুনি-ঋষি অপুম্বা রামবু পাঙ্গল কল্লি হাইবসি খংলদুনা মনাক্তা লাক লাক্তুনা আশীর্ব্বাদ তৌরখ্রে, অদুগা মখোই মখোইগী খুদোং-থিবশিং অদু রামদা হাইখ্রে—রাম! বন অসিদা মুনিশিংবু মাংহন-তাকহনবনা মখোই ওইরবা হিংচাবশিংনা হাংখিবদগী খরদং লেমহৌরবা ঐখোইনি. হিংচাবশিং অসিবু ঐখোইনা শাপ তৌদুনা মাংহনগদবদা তপস্যা মরেং তাথবা কিদুনা শাপ থাদোক্রবা ঐখোইবু শ্রীরামচন্দ্রনা ঙাকপিয়ু" অসি হাইনা হাইরিবা তাপস্বীশিংদা শ্রীরামচন্দ্রনা হাইখি-রম্মি---ফত্তবশিংবু দণ্ড পিবনা ব্রত ওইরবা রাম ঐগী কাদা মুনিশিংগী তাকপিরিবা থৌজাম্না অহেনবনি অসি হাইনা হিংচাবা হাৎপগীদমক রাশক লৌরবা শ্রীরামচন্দ্র মুনিশিংগী য়াথং লৌদুনা অকনবা তপস্যা তৌরিবা সুতীক্ষ্ণ মুনিগী আশ্রম তানা খোংশানখ্রে। সুতীক্ষ্ণ মুনিগী আশ্রমদা হুংঙাইনা লৈত্তনা মাগী য়াথং মখাপোম্না দণ্ডকারণ্যদা লৈবা মুনিশিংগী থোইদোক হেন্দোক্লবা আশ্রমশিং অদু সেবা তৌদুনা চহি তরামরি লেনখিবম্মী।

সুতীক্ষ্ণ মুনিদা নোংমা শ্রীরামচন্দ্রনা হংখিরম্মি—মুনিবর! বন অসিদা মুনি অথোইবা ভগবান্ অগস্ত্য মুনি লৈ হাইবসি ননাই ঐ কয়ারক হম্না তাজরে— মগুন চেল্লবা মুনি মাগী আশ্রমদা চংচরগা মাগী চরনবু অমুক্তা দর্শন তৌজনিংঙি, থৌজালবিদুনা মুনিনা মাগী আশ্রম তাবা লম্বীচু অমুক্তা তাকপিয়ু। রামগী ব্রা তাবদা সুতীক্ষ্ণ মুনিনা লম্বী তাক-তুনা শ্রীরামচন্দ্র সমুদ্রবু থকখিবা অগস্ত্য মুনিগী শেংলবা আশ্রম য়ৌখ্রে। সমুদ্রমকপু থক্লবা অগস্ত্য মুনিচু ধর্ম্ম চেল্লবা শ্রীরামচন্দ্রনা মাগী আশ্রমদা

লেংলকপত্ত উরগা হুংঙাইবা সমুদ্রদা তাওখরে। শ্রীরামচন্দ্র সীতা লক্ষ্মণগা লোইননা হুমিংকী মঙালগুম্লবা মহর্ষি অগস্ত্যগী চরণ শোক্তুনা খুরুমখরে। মখুং লোম্লরবা শ্রীরামচন্দ্রদা মঙ্গল বাক্য হংলগা মহৈ-মরোংশিংনা অতিথি সংকার তৌখরে, হুংঙাইবা ঈথক কারবা অগস্ত্যনা হাইরকই— "নিপা-লক্তুগী অথোইবা! বিশ্বকর্ম্মনা শেম্বা সনানা লৈতেংবা শ্রীবিষ্ণুগী ওইবা মক্তুবা লিরুং অসি অত্তুগা ব্রহ্মানা পিরম্বা, মঙাম্না হুমিংকী মঙালগুম্লবা তেল অসি স্বরারেম্না পিবা তেম্না থল্লবা তেনখাও অনিসি অত্তুগা সনানা মখুম ওইরবা মক্তুবা থাংশাংসি তাইবংপান জয়গীদমক্তা ঐঙোন্দগী লৌজরোসে অসি হাইত্তুনা মক্তুবা খুংলাই ময়ামত্তু শ্রীরামচন্দ্রদা অগস্ত্য মুনিনা পিখরে। অগস্ত্য মুনিনা ময়াথং মত্তুং ইম্না খুৎমু খুংলাই লৌরনা শ্রীরামচন্দ্রদা অমুক্তা হাইখি— রাম! মশা মউনা লৈথোংগুম্লবী নিংথৌগী সনা সঙ্গাইদা লৈজগদবী জনক নিংথৌ মচানুপী মপুরোইবগী প্রেম থৌ-রীনা চিংত্তুনা নত্তুং ইল্লজুনা বনদা লাক্রবী সীতাদেবী অসি রাদনবা নংনা থৌরাং তৌগদবনি। নুপী হাইবীসি খুদোং ফরিবা মপুরোইবমু নুংশিনা তৌবনি, খুদোং চারক্তুবা মপুরোইববু হেমক থাথোকপনি. মসিগুম্বসি নুপীশিংগী হৌনশা ওইবনি। নোংথাংশিংগী ফেৎ-ফেৎ লাওবা খুংলাইশিংগী অথোবা, নুংশিংকী অয়াংবা অসিগুম্বসি নুপী ওইবীদা নুনা লৈ হাইবসি ঐগী চেংলবা রাখল্লি। সীতাসি ফজবা মশাজংনা লৈতেং-বীনি, মপুরোইবা নিংবীনি, মশাদা মরাল মরিক অমত্তা পক্তবনা কো-রোহনবগী মঙালগুম্বীনি। অগস্ত্য মুনিগী বাসি তাবদা শ্রীরামচন্দ্র মখুৎ লোম্লত্তুনা হঙ্গংখিরম্মি— গুরুদেবগী পেনবিবা অসিমক্তুনা ননাই ঐ ইল্লাইবক ফবা ওইজরে, অসি হাইনা অভিনন্দন তৌরগা ননাই ঐগী লৈগদবা মফম অমত্তুং তাকপিয়ু হাইনা হঙ্গংখরে। অগস্ত্য মুনিনা তাক্তুনা রাম-লক্ষ্মণ গোদাবরী মপান্দা লৈবী মতম নাইদনা লৈরাং শাংত্তুনা হৈরাং মুন্দুনা লৈবী পঞ্চবতী বন তানা খোংশানখরে।

পঞ্চবটী বন তানা লাকপদা লম্বীদা শ্রীরামচন্দ্রনা মশামক চাওরবা লাংজা অমা উবদা হিংচাবনি খল্দুনা হাংকে হাইনা মনাকতানা চেন-শনখ্রে। লাংজা অডনা চেনশল্লক্রিবা অড উরগা মুংশিরবা রাহৈনা "বৎস" হাইনা কৌড়না হাইখিরম্মি—"ইবুঙেঙা! নপা নিংথৌগী মরুপ জটায়ু কৌবা লাংজা নিংথৌড্রু ঐহাক্কি, ঙসিদি ইপা ইরাইবক ফবনা ইচা অনি উজবা মুংঙাইজরে" রাসি তাবদা রাম-লক্ষ্মণ অনি মপা নিংথৌ নিংশিংলক্কুনা ভক্তিগা লোইননা উচেক নিংথৌ লাংজাড্রবু পুজা কৎখ্রে। রামনা ইহাই হাইজবা লৈতনা জটায়ুনা মুংশিমনখি-বনা—"মকনসিদা লৈযু নখোইগী মতেং ঐনা পাংগনি, নখোই অনি লৈতবদা ঐনা সীতাবু ঙাক-শেনগনি" অসি হাইনা রাশক্কুনা মহৌ-শাগী ওইনা মরুপকী মতৌ অড্ডু ফোংদোকখ্রে। শ্রীরামচন্দ্র পঞ্চবটী য়ৌনদা নসিদা লৈবা খুদোং চারগনি হাইনা মনাওদা তাকখ্রে। মনাওনা তুগিল্লা লৈনদা অগুক হাক্না থাপ্তবা মফম অমা অমুক্তা তাক-খ্রে। ময়ামগী ফোরোই ইল্লিবা লক্ষ্মণ—ময়াম্বনা তাকপা মফমড্রুদা উনাগী খাংপোকশং অমা শাড়ুনা আশ্রম শেমজরে হাইনা ময়াম্বদা হঙ্গংখ্রে। থনোই মুংঙাইরবা শ্রীরামচন্দ্র লক্ষ্মণবু থাগৎতুনা মুংঙাইনা মফমড্রুদা লৈখ্রে। সীতা-লক্ষ্মণগা লোইননা বনগী মফম কয়া য়েং-য়েংড্রুনা মখল মখলগী বারি শানড়না আশ্রমড্রুদা নোংমা নোংমবু মীকুপ অমগমগুম্মা লেনখিরম্মি।

নোংমদি হিংচাবশিংগী নিংথৌরেণ—তাইবংপানগী য়েক্রবা রাবণগী মচন মুপী মীংনা শূর্পনখা কৌবী হিংচাবী অমনা কোইনা কোইনা শুম চংলক্পদা স্বরারেণগা পাংখক্রবা, মপাঙ্গল কল্লবা, মীপুম্না মুংশিরবা শ্রীরামচন্দ্রবু উরুরে. রামবু উবদা শূর্পনখাড্রু কাম কৌবা লাইনা শুমহৎপী ওইখ্রে। মাইথোং থিরবী লমচৎ নাইদ্রবী হিংচাবী শূর্পনখা রামগী

নাক্তা চংশল্লকখরে, রামগী পরিচয় খংলবদা ইবুঙেঙা। ঐগী ইপুরোইবা ওইবিয়ু" সীতানা ইবুঙেঙাগী করিব্ কাম্নগনি অসুম্না ইকাই-ইকি খাড়ুনা হাইখরে। শ্রীরামচন্দ্রনা শূর্পনখাদা খুমখি—ইবেম্মা। ঐদি য়ুম পাল্লে, ঐনা চাম্নবীবু থাদোকফম থোক্তে নখোইগুম্নবী মুপী ওইনবীশংগী লোম্নবী লৈবগী অৱাবা খাংঙমদবা অৱাবনি, অতুনা নংনা পাম্লগদু করি কাম্নরোই, ময়ুম পান্দ্রিনা ইনাও লক্ষ্মণবু নপুরোইবা ওংগে হাইনা হাইজরু" অসুম্না শ্রীরামনা হাইরবদা হিংচাবী শূর্পনখা খুদক অড়ুমক্তদা শ্রীরামবু থাদোক্নম্লগা লক্ষ্মণগী নাক্তা চংলক্তুনা লক্ষ্মণদ মপুরোইবা ওইজগে হাইনা হাইরখরে। বা তাবদা লক্ষ্মণ মোমোন নোক্তুনা ইবেম্মা। ঐদি ইয়াম্বগী মনাইনি শকহেনবী নংনা মীনাইগী হাক্নোই ওইবা করম্না পামগনি? অসি হাইনা হাইনিবা লক্ষ্মণগী রাড় ফাগিনি খংদ্রবী হিংচাবী বামদা হম্না অমুক চংলকখরে। মতৌ অসুম্না হন্দোক হজিন চৎপনা মপুক্রিং কাইরবী শূর্পনখাদু সীতাবু মপুক্রিংগী অপাম্বা য়ৈখাইবীনি খন্দুনা মাবু ফাগে হাইদুনা সীতান ক্না চেংশনখরে। মতমত্তুদা শ্রীরামচন্দ্র শাওনত্তুনা 'লক্ষ্মণ! ময়াই কাববী লনচং নাইদবী মসি মশক অমা ওলহল্লু" অসুম্না মনাওদা য়াথং পিখরে। ময়াম্বা য়াথং ফংবদা লক্ষ্মণ খুদক্তা থাংশাং হাইগৎতুনা হিংচাবীগী মনাকোন ককথৎখরে। মনাতোন বক্থৎলবী হিংচাবীড় ড়ংলত্তুনা ঈ শিত্থ শিত্থনা চেনখিত্তুনা মবুং খরগী নাক্তা থোথোক পুম্বা তম্বরে। মচনগী মাই-থিরকপা উবদা শাওত্তুনা খর হিংচাবা রাম-লক্ষ্মণ ফারুনব মপাসল কল্লবা হিংচাবা তরামরি থাখরে। খুৎশু-খুৎলাই পাইত্তুনা লান্দারকপা মখোইশিংদু উরগা শ্রীরামচন্দ্র লক্ষণদা সীতা শিন্নরম্লগা লিরুং তেন্দোং কোম্ননা মাইয়োক য়ানা লৈখরে। লাক্লিবা লাম্মী তরামরি অত্তুনা রামদা টাশোল লংশিল্লকখরে। শ্রীরামচন্দ্রনা লংলকপা তাশোল ময়ামত্তু

লমথাংদা মশিং মাগ্নবা তেন্না মতুপ চামা থোক্না ককথংলগা অতোপ্পা তেন তরামরি অমনা হিংচাবা তরামরিত্ত মথরাই লৌখরে।

হিংচাবা তরামরিত্ত মীকুপ অমগী মনুংদা শ্রীরামচন্দ্রগী তেনগী মৈদা মৈরানবী ওনস্ত্রবদা শূর্পনখা মথরাই চাক্তনা অমুক্কা হন্না খর হিংচাবগী নাক্তা লাক্তনা মখল মখল ওইনা খরবু নিন্দা তৌখরে— নপাঙ্গল কল্লি হাইজবা, নখোনা লৈ খঙবা অরেখা তাক্লে; ঙসি তাইবং মী মখোই অনিবু য়াইবী লৌঙমদ্রবদি পোক্রকম লমদম থিন্দনা থাদোক্তুনা চংখরো; নত্রবদি রামগী থোনাদা নমাই থিত্নুনা থিন্দনা মাংবা শোইদ্রবনি" অসিনচিংনা রাহৈনা খর হিংচাববু অশাওবা মৈরী হেঙ্গৎহল্লবী রারবী শূর্পনখা মখুং অনিনা মবুক ফু-ফুত্নুনা কপ্-লাওনা তেংথাখরে। শূর্প-নখাগী রাহৈ-বত্রনা থাবদা খর হিংচাবা খুদক্তা লানগী ফুরিৎ লিৎখরে, কুচুনা হৌরকপা নোংগুম্লবা হিংচাবা লিশিং তরামরিগা লোইননা দূষন-ত্রিশিরা কৌবা সেনাপতি অনিগা কোম্লনা রামগী মাইয়োক্তা লান্দাখরে। লাক্লিবা লাল্লোং উবদা শ্রীরামচন্দ্র সীতাদেবীবু লক্ষ্মণদা শিন্নরম্লগা লিরি মকোই শানা চিংত্নুনা অকিবা ফংলবা হিংচাবা লিশিং তরামরি মতোমতগা লাখা পাত্নুনা লিশিং লিশিংগী তেন কাপ্তুনা মতম অমত্তদা খর দূষন ত্রিশিরা যমনিংথৌগী নাক্তা অতিথি ওইহনখরে। শ্রীরামচন্দ্রগী অঙক ফংলবা থোনা উবদা লাইয়াম পুম্নমক ঙক্রুখরে. লৈ-নোং চুথখরে, মুনিঋষিশিং শ্রীরামচন্দ্রদা মখল মখলগী আশীর্ব্বাদ পিখরে। বিদেহ নিংথৌ মচাহুপীনা য়েক্রবা হংৎত্নুনা হল্লক্রবা মবুঙেঙাবু চেৎনা আলিঙ্গন তৌখরে।

রামদগী মাইথি ফংত্নুনা থমোই নিক নিক লাওরবী খাংঙমদ্রবী শূর্পনখা লঙ্কা লমদম পাংখরে। মন্ত্রিশিংনা ইকোই কোইশন্দুনা থোগন তৌরিবা হিংচাবশিংগী নিংথৌরেণ রাবণগী নাক্তা চংশনখরে।

চরখরে অথিবা রাহৈ কয়ানা—হিংচাবগী নিংথৌরেণ। থৌক্রিবা থৌদোক অকি-অথং করি খংদনা ময়াই কাহুনা করিনো লৈরিবসে? হিংচাবা লিশিং তরামরি খর-দুষন ত্রিশিরা অসি পুম্বসি খোংমী রাম মথন্তনা মথরাই লৌখরে, মুনিশিংবু রাম মানা কনাদগী সু কিহনখিদরে। দণ্ডকারণ্য বন মঙ্গল পুংজাও থিনখরে। রাম মাগী মতালোই মাই-থোংনা পুর্ণিমা থাজ মাঙ্গবী সীতা কৌবী মহাকপু নতালোই ওই-হম্নিংহুনা ঐনা নমহুনা ফাগে থৌরাংলুই, থৌরাং অহুগী মহৈদি মনাওদগী ফংলকপা ঐগী ইশক মওংসি মহারাজবু উদ্রবরা? রাকম পুম্বসি খংবিয়ু, তৌবিনিংবা অপাম্বা তৌবিয়ু। তাবদা তুজু লবা শূর্পনখাগী মীচৈ রাবণ হেক তাবদা থমোই খাম্বী হৌখরে, মমাই তরা নিক-নিক লাওনা তফিং তফিং হৌগংখরে, তিল্লিবা মম্রি ময়াম চংপগী বিদায় পিখরে, দোলাই তোংহুনা অতিয়া লম্বী পাংখরে। সমুদ্র রাংমা লান্দুনা তপোবন্দা লৈবা মারীচ মনাক্তা থুংখরে। রাবণবু উবদা মারীচনা নিংথৌগী হৌনবা পুজা কংখরে। ত্যাংজা মরাই লুরুক্না খোংশাল্লকপগী মরম হঙ্গংখরে খুদক্তো। রাবণনা হাইখরে—মারীচ। ঐগী রা নপুকচংনা তারো, ঐ রারহুনা হৌজিক নকাদা চংলকইবনি। জনস্থান্দা লৈবা খর দুষন্নচিংবা হিংচাবা লিশিং তরা মরি রামনা কনা মতেং য়াওদনা খুংলাইতনা কালগী খয়াৎ তাহনখরে। ইচনুপী শূর্পনখা মনাওনিপা লক্ষ্মণনা অথিবা শক্তম পিরক্লে। মহুগী লমন শিংনিংহুনা ঐ মাগী মতালোই সীতা দেবী হনিংঙি, মহুদা নংগী মতেং পাম্মি। নংনা লুপা হংপা সনাগী শজী শাহুনা সীতা মাংদা চোংউ-রো। সনাগী শজী উবদা সীতা মানা মবুঙেঙাদা মনাওদা ‘শজী ফাবিয়ু” হাইগনি। মখোই অনিনা শজী তানখরবদা কনা লৈত্রবা মাগী আশ্রমদা তরাই তরাই চংশল্লগা কনা য়ৈখাইবা লৈতনা রাহনা

থাজ উমগুম্না সীতা মাবু হুদুনা পুপে ঐ। রাবণগী মরা তাবদা মারীচ হিংচাবা তরেৎ তরা থোক্না খনখরে--অখোইবা লম্বীদা খোংদানিংলিবা রাবণ মাগী নিংলিবা থোরাং মঙ্গলগী থোরাং নভেসে, অসি হাইনা খন্দুনা রাম-রাবণ অনি পাংখক মান্নবনা থমোই নিক নিক লাওদুনা হাইজরক্নে রাবণদা— মহারাজ। মতম খুদিংদা অপাম্বা রা ঙাংবা মী-শাক্তি তাইবংপানসিদা হোংনা থোকই, হেক তাবদা পাম্নিংঙাই ওইদবা তুংদদি হিদাক ওটবা রাঙাং ঙাংবা ১সুং তাবা মীশক মীওইদি য়াম্না তাংনা থোকই। অহানবদা হুগা মান্নবা মমৈদা অমৃতগা পাংখকপা ইরা অসি হেক তাবদা নিন্দা তৌবিম্লুকো। সীতা হুগনি হায়বা রাফম মহারাজনা রামগী পাঙ্গল খংদবা রাফম মাল্লি, ঐ ইশামক রামগী পাঙ্গল কনবগী সাক্ষী অমা ওইরিবনি। মানবু শাওরুকবদি তাইবংপানসিদা হিংচাবা শাগৈ মমি তাহন্দবা ইরাই লাইবনি। ঐনা হঙ্গৎচরিবা রাফমসি তাবিদতুন নমহুনা সীত হুরুরবদি বংশগী লোইনন মহারাজ যমনিংথৌগী মফমদা অতিথি ওইবা শোইদবনি। অসি হাইনা হাইদুনা মারীচ হিংচাবনা বিশ্বামিত্র যজ্ঞদা দণ্ডকারণ্য বনদা মশানা তিং শোক্না খংল্লবা অরাবা পুম্বা তমখরে।

রাবণ নিংথৌ কাল কৌবা লাইনা ইনশনখিদুনা মারীচগী পাওতাক তাখিদরে। অসুম্নদুম হাইখরে— ঐগী য়াথং হিক্তোরুবদি ঙসিমক নংবু যমগীলৈপাক্তা থাবা শোইদ্রবনি খংউ, নিংথৌগী ফোরোই ইন্দবা মনাই মুংঙাই ফংদবনি করি নোংদা। রাবনগী রা তাবদা মারীচনা খনখরে— "মপু পেন্নবগীদমক্তা রামগী তেন্না থরাই থাবনা ঐগী ওইজবা তোংজবা ওইগনি" অসি হাইনা খন্দুনা মারীচ দোলাই থক্তা কাখরে, রাবণগী মতুং ইনখরে। রামগী আশ্রম য়োবদা ওইনিংবা মশক ওইঙম্বা মারীচ কৌবা হিংচাবা মীকুপ অমগী মহুংদা মনি মুক্তা হৎলবা য়েংবদা পুক্নিং

খোইদাবা সনাগী শজী ওইখবে। আশ্রমগী নাক-নেংতা লৈবাং মপল হেক্রিবী জানকী সীতা দেবীগী নাক্তা শজী খোঙনা চোংখরে, সীতানা শজী মাবু খোইদানা যেংখবে। মরুওইবা শ্রীরামচন্দ্রবু মনাওনিপা লক্ষ্মণবু খুংলাম তোইনা কৌতনা হংইখবে— ইবুঙো! পুক্কি খোদাঙবা সনাগী শজীসে পাম্নবা ফাবিয়ুবা” অসি হাইনা হন্না হন্না হাইজখবে মরুওইবান। “বনগী খোংচং লোইহনা ঐখোইনা অযোধ্যা হনবদা শঙ্গীসিবু পুন্নদি কোম্লংগী লৈতেং ওইগনি। হিংনা ফাবা ওমদ্রগম্‌ অশিবা মাগী মউন্না ঐখোইগী ফীদা ওইগনি” অসিনচিংবা হবাও তথাম রাইহে হাইদুনা সীতানা ইনশল্লবা রাম শজী মাগী মশক্তা শুমহৎখিদুনা শজী ফাগে নিংখরে। লক্ষ্মণদা হাইখবে— “লক্ষ্মণ! ঐনা শজী ফাদুনা হল্লাক্ত্রু ফাওবা নং নপুক্কিং ময়াই বাদনা আশম অসিবু থাদোকুনা নংঙেম সীতাবু চেকশিল্ল ওয়াক্লম্মুকো” অসি হাইনা হাইনম্লগা শ্রীরামচন্দ্র তিক্ক খুংতা পইদুনা শজী মাবু তাল্লখরে। মায়া হৈবাশিংগী লুচিংবা শজী শকুম লৌইনা মারীচ কোবা হিংচাব— রামচন্দ্রবু শুমহৎখরে, শরং খনী লোংপগা থাজগুম্না ওাইহাক উহন ওাইহাক উহন্দনা রাম মাবু আশ্রম লাদনদগী থাপ্না পুথোকখবে মতমদো॥ অমুক হেক মনাক্তা চেনশল্লকপ অমুক হেক চেপ্পোকখিবা শজী মাগী মওংদু উবগা শ্রীরামচন্দ্র থনোই শাম্বী হোৎখরে, শজী মাবু চাংলগে নিংলক্কুনা ব্রহ্মাস্ত্র খুংলাই শংখরে, শজী তম্না কাপখবে। ব্রহ্মাস্ত্রনা থমোইদা থাখবে, খুংলাও চৈথেং ফংবদা শজীহু কোণা পাম্বীমুক রাংনা চোংখৎলম্লগা হিংচাবা শকুম লৌইনা লৈমাই থক্তা তাবকপদা— হা!! চাম্নবী সীতা! হা!! লক্ষ্মণ! অম্বুম্না রামগী খোম্বাং তম্না খোম্বোক্তা বম্না কম্না লাওনম্লগা যাইবী মংরাই থাখবে। মতমহুদা শ্রীরামচন্দ্র হিংচাবগী মায়ানি খংখবে। মারীচ মাগী খোম্লাও তাবদা শ্রীরামচন্দ্র সীতা করি খোক্লমগদবা? লক্ষ্মণনা করি

ফীবম ওইরমগবা ? অসি হাইনা খল্লুবদা ঙমখৈ লৈতনা ৱাখরে, তহা ঙহানা আশ্রম তানা পাংলক্লে।

আশ্রমদা লৈহৌবী সীতাদেবী মবুঙেঙাগীগুম্বা অৱাবা খোঞ্জেলদু তাবদা লক্ষ্মণদা হাইখরে— "লক্ষ্মণ। লাওরক্লিবা অসি নয়াম্বুংনি, অদুনা থুনা য়াংনা চৎলো" অসি হাইনা হাইরিবী থমোই নিক নিক লাওরবী শজীগুম্না মীৎয়েং তথক্রবী সীতা মাবু উবদা লক্ষ্মণনা থেমজন্দুনা হাইখরে— ইতৈমা। করিগী অদুক ৱাবিরি ? লাইহিংচাবা অপুম্বনা করি তৌবা ঙমদ্রবা য়াম্বুং শ্রীরামচন্দ্রদা খুদোংখিবা থোকনি হাইবগী চিংনবিবা তৌবিনু, থমোই লৈতানা মীকুপ খরদংদি ঙাইদুনা লৈবিখো: য়াম্বুং শজী হাৎতুনা হল্লক্লগনি। লোনম চাওবা হিংচাবাশিংনা অতৎ-অথম লৈতনা উপদ্রবতা তৌদুনা লৈরবা পাক চাওরবা বন অসিদা ইয়াম্বনা ইখুংতা শিন্নরম্লবা ইতৈমাবু করম্না নথন্ত থাদোক্লুনা থনমগদগে ?" অসুম্না মতৈগা সীতাদা হাইরিবা ময়াম্ববু হুংশিহৈবা লক্ষ্মণদুবু লাইগী নোংদম থিবদগী সীতানা ওম্লবা ৱাখল খনথিদুনা অয়াকপা ৱাহৈনা লক্ষণদা হাইখরে—হায় লমচৎ নাইদবা। নয়াম্বগী য়াম্না খুদোংথিখিবদু নংগীদি অপাম্বা ওইরমাল্লে হাইবসি ঐনা খন্দবা ঙমদ্রে, নাপী শিংবীনা কুপশল্লবা কুহাগা পাংথক্লবা নঙেঙান্দা থমোই থাজনা থম্লিবা রামমাগী-দমক ঐনা ৱাদবা ঙমদে" অসি অসিগুম্লবা সীতাগী তুজুংলবা ৱাহৈসি তাবদা মথমোই কাইরবা ইক্রি খুত্নম চল্লবা লক্ষ্মণদো অমুক হন্না মতৈমদা হাইখি— ইতৈমা। মুপী ওইবীশিংগী ৱাঙাংদা চান-চূনদবা লৈতে, নাকোংদা মৈ ইক্লবা য়োৎক্রেং য়োৎকুম্লবা নৱাহৈসিগী পাওখুম ঐ অমুক খুম্লরোই। ইতৈমগী অয়াকপা ৱাঙাংসিগী শাক্ষী বনদা চৎলিবা জীবজন্তুশিংনা ওইরসনু, বন অসিগী লাইরেণবীনা মফমপুম্বদগী ইতৈমবু কনবীবা ওইসনু, ঐনা হল্লকপদা ইতৈমবু ইয়াম্বগা লৈমিন্নরম্বদু

ঐনা অমুক উরকখিদ্রা? অসি হাইনা তেংথা তেংথাক্তনা পীগী থারা শিল্প-শিল্পতুনা শ্রীরামচন্দ্রগী চরণ সেবাতবু অবাব মৈচাক্কী হিদাক্তি খন্দুনা তহা তহা লক্ষ্মণ খোংশানখরে।

লক্ষ্মণনা আশ্রমদগী হেক খোকখিবদা হিংচাবনিংথৌরেণ রাবণ লম্বোইবা ফীজেৎ শেৎতুনা শকফমস্তু লম্বোইবা ওইতুনা উনাগী খাংপোক-শঙ তানা চংশল্লক্লগা সীতা মাইয়োক্তা লেপখরে। সীতা দেবী লাক্লিবতুধ্ অওইবা লম্বোইবা মক্তি খন্দুনা ফজবা মীকোনা ইকাই খুম্নবা উংতুনা মশাবু রামগী মতালোইনি হাইতুনা মখিং মথা অমস্তুং দণ্ডকারণ্যদা লাক-পগী মরম লম্বোইবতুদা যুম্না হংখরে। সন্ন্যাসী! মীকুপ খরদং ঙাইর-বদি ইপুরোইবগী খুংন্তগী অতিথি পুজা ফংবিগনি অসি হাইনা হঙ্গং-খরে। নমতুনা সীতা হুগে থৌরাংলক্লিবা রাবণ সীতাগী ব্রা তাবদা ঐ অসি তাইবংপাল জয় তৌরবা অয়াম্বা জগৎকী তুংনফম ওইবা রাবণ হাইবতুনি অসি হাইনা মশা থাগৎতুনা সীতাবু মীহোনবা বাঙাং কয়া ঙা,বা হৌগৎখরে। জনক নিংথৌগী মচাম্বুপী রাবণগী ব্রা তাবদা কল্লা শাওখরে। নোংশাগুম্না কল্লবা হিংচাবা নিংথৌরেনতুবু নাপীগুম্না খন্দুনা রামচন্দ্র মতালোই ঙাংলকপা বাঙাংগী মতিক চান্নবা পাওখুম পিখরে। ঐ অসে নোংশাগুম্নবা রামচন্দ্রগী মতালোইনি। লগঙ্কুইনা নোংশা অমোমদা তৌগুম্না ঐগী নাক্তা নং চ'লকক্সম থোক্তে, রামগী মতালোইবু পাম্নবা মী মাদি লিনগী ময়া শংকে নিংগুম্বনি। অতুগা মী মানা রামগী চান্নবীবু নমতুনা লোগে নিংবদি মৈরী ফব্বা খাম্বীবু ফীনা যোমতুনা পুনিংবগুম্বনি। অসি অসিগুম্বনা বাঙাংনা সীতানা রাবণবু মখল মখল ওইনা চৈহৎখরে। সীতাগী মীচৈ তাবদা নাপল চাওরবা রাবণ থমোই থাম্বী হৌতুনা লৌরম্বা শকফম থাখরে, মশাগী শকফম লৌখরে। চিংগী চিংদোনগুম্নবা ময়ানা শিংজং মাল্লবা যম কোবা লাইগা পাংখক্লবা রাবণ

মায়ু উবদা বনগী লাইরেম্বী পুম্বা কিখিবনা কোইনা চেনখরে। রাবণ সীতাবু চৈহৎ চৈহৎনা পরপ পরপ চংশল্লক্তুনা নমথেক্তুনা ফাখরে, দোলাইথক্তা হাপকৎখরে। দোলাই কম্না থৌখরে।

হিংচাব নিংথৌ রাবণনা অতিয়ালম্বীদা হুদুনা পুরিবী সীতা দেবী থমোই শোক্না রাখিদুনা অঙাওবীগী পান্দমগুম্না লাও-খোংল্লে— হা !! লক্ষ্মণ! ঐনা অপংবী ওইদুনা নংগী নম্না লৌখিনবদগী মদুগী মহৈ হিংচাবনা ঐ হুদুন পুরেদো। হা !! চাম্নথোইরবা ইবুংঙো! ধর্ম্মগীদমক্তা নরন নথুম ঘু'ঙাই-য়াইফ থাদোক্লম্বা ইবুঙেঙাদি ধর্ম্ম পক্তুবা হিংচাবনা হুদনা পুরিবী ঐবুদি অরাবনিদা !! উদ্রেদো। মরুলুক্তবশিংবু মরুলুকহল্লিবা ইবুঙেঙানা পাপকী লিচং চৎলিবা অসিগুম্বাসিবুদি করম্না শাসন তৌবিদ্রিবনো? মরোল অহুম্বু কনগনি রাণক্লিবা ইবুঙেঙানা হিংচাবনা হুদুনা পুরিবী নতালোইবুদি করিগী য়েংবিদ্রিবনো? হৈনৌ হৈবোং, নাগেশ্বরনচিংবা পামেল অপুম্বা! ঐবু হিংচাবনা পুল্লে হাইনা নবুঙেঙা রামদা তম্মুকো, গোদাবরী! নংবু খুরুনজরি, লোইবী চিংজাও অপুম্বা! ইখুং লোম্নজরী, নখোইগী নফমদা, নখোইপুম্বনা ঐবু হিংচাবনা হুখরে হাইনা শ্রী রামচন্দ্রদা তম্বিয়ুকো। অসুম্না খুংশি খুংশিরবা খোম্থোক কয়ানা তেংথা নাওইরিবী সীতা দেবীনা লংজা নিংথৌ জটায়ুবু উখরে। জটায়ু মাবু কৌরগা ঐবু হিংচাবা নিংথৌনা হুদুনা পুখরে হাইনা রাম লক্ষ্মণ অনিদা তম্বিয়ুকো অসি হাইনা হাইজখরে। সীতাগী মীকপ মীরাও তেংথাখোল তাবদা পুক্লিং য়াকাইরবা উচেক নিংথৌ জটায়ু মকোল থাদোক্তুনা হিংচাবা নিংথৌবু থেমজল্লিংদুনা ফজবা রাহৈ রাতানা রাবণদা হাইখরে— হে নিংথৌরেণ। সনাতন ধর্ম্মদা দীক্ষা তৌরিবা অচুম্বগী চংনকম ওইরিবা নিংথৌরেণ নংনা তুক্কচনিয়াই ওইরবা থবক অসি তৌকম থোক্কে। পণ্ডিত ওইবশিংনা মশাগী মতালোইবু ঙাক

শেনরগুম্না অতোপ্পগী তালোইশিংবুস্নু মী কয়াদগী ঙাক শেন্নরিবনি। ধর্মগী অথুপ্পা খংলবা মহারাজগুম্বনা করম্না মীতোপকী তালোইব পাম্লিবনো? জনস্থান লমদম্বু হিংচাব লৈহন্দ্রবা রামগী তালোইবু হুরগা করম্না মহারাজগী মঙ্গল ওইগনি? তৌরক্লিবসি মহারাজ নশামক্তা নঙকশমদা কালপাশথৌরী হুকচনজরবনি। ঐদি অহল ওইরে, ইপাঙ্গলস্নু শোম্লে। মহারাজদি নপাঙ্গল কল্লি, লিরুং পাইরি, তেন্দোং য়াল্লি, দোলাই তোংলি. অদু ওইদুনস্নু ঐগী থৱাই লৈরিঙৈদদি নমতুনা সীতা পুবা নংগী মঙ্গল ওইরোই। ঙাইখো ঙাইখো, মকোক্তগী উহৈ কেনবগুম দোলাইদগী নংবু তাহনগে অসি হাইদুনা তপথবা মী অমগী মতিক চানবা থৌশিন্না রাবণবু খিংগে থৌরাংখরে।

লাংজা নিংথোগী রাসি তাবদা হিংচাবা নিংথৌ রাবণ মীৎ কোরি কাদুনা জাটয়ু তম্না চেনশনখরে। রাবণনা মশিং লাকঙনদবা তেন কাপখরে। কাপ্লকপা তেন .তাপ তাপ ফাজল্লগা উচেক নিংথৌ জটায়ু থৌরবা খুজিন অনিনা. তুম্লবা মচিন্না রাবণগী মশা অপুম্বা ঈহিং-নাহিং শানা থিঙ্গাইদুনা রাবণব দোলাইদগী লৈমাইথক্তা থাদখরে। অশাওবা মৈরী হেক্ষংলবা রাবণ মকোক তরা নিক মিকলাওনা খুংগু থাংলেন শৎদুনা উচেক নিংথৌ জটায়ুগী মশা অনি মখোং অনি থবং থবং ককথৎতুনা জটায়ুবু পৃথিবীথক্তা তুহনখরে। লৈমাইথক্তা থরো-মাল্লো ওন-থোইরিবা ঈহিং নাহিং শাৱবা জটায়ু মাব উবদা রাখিবনা তেংথা নাওইরিবী কনা চংজফম লৈত্রবী সীতাবু অতিয়ালম্বীদা রাবণনা পুগদবগী থৌরাংখরে। দোলাই য়াংনা থৌখরে, সীতাদেবী চৎলিবা লম্বী ময়াইদা চিংদোলথক্তা লৈরম্বা য়োংজাও মঙাখক উখরে। সীতানা হাইরমখি— "য়োং অপুম্বা! নখোইনা ঐগী ইবুঙেঙা শ্রীরামচন্দ্রদা ঐগী থোক্লিবা

থোদোক অসি তম্মুকো অসি হাইনা হাইরগা সনাগুম্বা ইরং লংলবা কক্রংগী নমথাং আভরণগা কোম্নো য়োংশিংজুদা থাদরমথরে। মমাই তরা পানবা রাবণ চঙক্রুখিজুনা সীতানা তৌরম্বা থবক অজু করিগুম্বা অমত্তা থংদনা লঙ্কা তানা পাংথরে। লঙ্কা কোম্নুং য়োথরে, রাবণনা সীতাদা মখল মখল হাইথবে। মীংৌগদবা মখল কয়া উৎথরে, অডুব অয়াকপা রাহৈ কয়ানা সীতানা রাবণবু চৈথরে— হিংচাবলক্তগী অতোনবা। নশাগী লমচৎ নংতবসিগী মহৈ থিন্দনা নশানা চারগদরনি থংউ, ঐগী ইশাসি মচেৎ মচেৎ ওইনা ককথৎচো, থবাই ফাওবসু লোজো, মসি ফাওবদি নংগী থৌরাংনা ঙমগনি, অডুগা ঐগী থমোইবু নপুক্লিংদা পুশনবদি ওইথোক্তবনি থংউ। সীতাগী ৱা তাবদা রাবণ নিংথৌ কিহন্দুনা সীতাবু খুজুম চনগে নিংথরে— সীতা! থা-তরানিথোইগী মঙুংদা ঐগী খুজুমদা নং লৈত্রবদি শা-ঙা শেম্বা কাংবুবু নশাডু মতুপ মতুপ কৎথৎহন্দুনা শেমহন্নগদবনি, অসি হাইনা চৈহৎলগা হিংচাবীশিংদা থৌদাক্লে—"হিংচাবী অপুম্বা! অশোক বনগী মচি অমদা সীতাসি পুজুনা থম্লগা নথোইনা ময়াই কাদনা ঙাক শেল্লু।" রাবণগী য়াথং ফংবদা শক্তম্বা অকি ফংলবা চিংচাবী ময়াম্না সীতাবু অশোক বন তানা পুজুনা থমলগা ইকোই কোইশন্দুনা মপুগোইবা মনাওনিপা অনিবু অকাওবা লৈতনা নিংশিং-নিংশিংজুনা কিনা থংনা জ্ঞান-মান তাদনা সীতানা থুমিৎশিংথোং কয়ামুক লৈথরে।

মাইকৈ অমরোমদা শ্রীরামচন্দ্র মারীচ হাৎজুনা আশ্রম তানা হল্লকপদা অমঙ্গী খুদম কয়া উথরে—খুদমশিংজু উবদা থমোই নিক-নিক লাওনা খোংকাপ থরা থাংলকপদা মাইথোং লুরুক্না লাক্লিবা মনাও লক্ষ্মণবু উথরে। মনাওদা তফিংনা হংথরে—করিনো লক্ষ্মণ! মী কনা লৈত্রবা বনজুদা নতৈমা সীতা মতোমতা থনম্লগা নং করম্না

লাক্লিবনো ? রাহং অসি তাবদা রাজরবা লক্ষ্মণচুনা—য়াম্মু ইনিং-তম্না ইতৈমক্ থনম্লগা ঐ লাকচবা নত্তে, অসি হাইনা হাইরগা রারোল পুন্বা চিংথদনা ময়াম্বদা তমখরে। মনাওগী রা তাবদা নিংঙমদবনা চঙক্লচুনা সীতা উনিংবা ঈখৌ লাংনা তহা তহা লাকপদা শ্রীরামচন্দ্র অদো রাকাচিং থাদা উন য়ৈদুনা থম্বাল শাত্রবা পুাম্র গুম্না সীতা লৈরমদ্রবা খাংপোকশং উবদা হম্না হম্না তেংশারক্লে হা !! করিনো ? সীতাবু মীনা হুখরবরা ? হিংচাবনা চাখরবরা ? শিবু শিখববা ? অসি হাইনা তেংথা তেংথাদুনা আশ্রনগী মাইকৈ পুম্বদা সীতাবু কোইনা থিখরে। খোংফম অমত্তদা মশাগী অরাবা মথং মথং থোক্লকপসি নিংশিংলুবদা চঙক্লরবা অরাবা মৈরি হেঙ্গংলক্লবা রঘুপতি শ্রীরাম বনগী অচং-চংতশ পুম্বদা সীতাগী খোঙ্গুল হংখরে। জনস্থানগী মফম খুদিংদা সীতাবু কোইনা থিরকপদা রাম-লক্ষ্মণ অসি মগা অনি ক্ষকখরবা থরাই চেক্লা পাইথোক্লদোরবা উচেক নিংখৌ জটায়ুদু উগনেদো মতম-দো। চেক্লা নিংখৌ জটানুনা ঈতুম ঈতুম ও-ওনদুনা শ্রীরামচন্দ্রদা পাওদম্লক্লে—"ইবুঙেঙা ! বনন্থংগিদা হিদাক থিগুম্না খিরিবী মহাক অদুগা ঐগী ইথরাইগা অনি অসি হিংচাবা নিংখৌ রাবণনা হুদুনা পুখরে" অসি হাইনা পাওদম্লম্লগা খুদক অদুদা য়াইবী শাখনে। মপা নিংথৌগী মরুপ লাংজা নিংখৌ জটায়ুগী থোক্লম্লিবা ফীবম অদু মশাগী মরমগীদমক্তনি খল্লুবদা শ্রীরামচন্দ্র ঙমখৈ লৈতনা রাখরে। রাম ঐগী ইরাইবক থিবসি থিখরেদা !! নিংথৌ খুবম মাংখবেদো. বননা ইয়ুম ওইখরেদো, চাম্নবী সীতা মাংখরেদো, উচেক নিংখৌ শিখবেদো, অসি হাইনা খল্লু খল্লুবদা অরাবা মথং মথং হেঙ্গংলক্লুনা থাক্তোন য়োরবা শ্রীরাম জটায়ু মাবু মপানিংথৌগা পাংথক্লা খন্দুনা মনাওগা লোইননা জটায়ু মাগী সংস্কারনচিংবা থবক অপুম্ব পাংথোকখরে।

সীতাবু বন খুদিং চৎ-চৎতুনা থিখরে। খা মাইকৈ পাংলকপগী খোংফমদা মরেংজুম য়াওদবা "কবন্ধ" কৌবা হিংচাবা অমনা রাম-লক্ষ্মণগী লম্বী থিংখরে। ফাগে হাইতুনা মপাম্বোম তিংথোক্লক্লিবা হিংচাবা মাগী য়েৎথংবা পাম্বোম রামনা ককথৎখরে, ওইথংবা পাম্বোম লক্ষ্মণনা ককথৎখরে। শ্রীরামচন্দ্রনা শোকপদা কবন্ধ হিংচাবা মশাগী শাপকীডমখৈ ফংতুনা শ্রীরামদা হঙ্ৎখরে—"ইবুঙো! ঋষ্যমুক চিংদা সুগ্রীব কৌবা যোং অমা লৈবনি, মাগা মরুপ শান্নরবদি সীতা লাইনা ফংগনি" অসি হাইনা হঙংলগা চিংতগী চংকদবা লম্বী তাক্লমলগা কবন্ধ স্বর্গ কাখরে। কবন্ধনা তাকপা লম্বী মতুংইন্না লাকপদা পম্পা পুখ্রী মপাল নকশন্নকপদা রাম লক্ষ্মণ অনি অদু তপস্বিনী শবরীগী আশ্রম উখরে। তপস্যানা মরল ওইরবী শবরীনা লেংশনক্লিবা রাম-লক্ষ্মণ অনিতুব ধূপ-থাওমৈন-চিংবা পুজা পোৎলমশিংনা পুজা কৎখরে। মথুৎমক্তা হেকউ-খুল্লুরবা মহাও তং-তংদুনা অথা-অয়াক অশিন-অথুম খংদোক্তুনা মহাও চেল্লবা উহৈশিং রাম-লক্ষ্মণদা কৎখরে। বনগী মগুণ শিংখারবী শবরীমা শ্রীরামচন্দ্রনা থৌজানবিতুনা পঞ্চভূতকী হকচাং থাদোক্তুনা মশাগী তপস্যানা তাঙবা পুণ্যনা স্বর্গধাম কাখরে। ঋষ্যমূক চিং তমলকপা শ্রীরামচন্দ্র থম্বান্না লৈকা ফম্না শাৎলবা; ভাহু থঙ্গোংনা মখেলাংনা শান্নরিবা সাধু-বৈষ্ণবকী থমোইগুম্নবা "পম্পা" কৌবা তরু তরুরবা পুখ্রীদু য়োখরে॥

## আরণ্য কাণ্ড লোইরে।

# কিষ্কিন্ধা কাণ্ড

পুক্নিং খোইদানিংঙাই ওইবা পোৎশকশিংনা হুংঙাই য়াইফরিবা মীশিংগী পুক্নিং হুংঙাইহল্লি. হরাও ঈথক কাহল্লি. তোইগুম্বম্নং খুদোং-থিরিবা মীশিংগীদদি অরাববু শরুক অনি হেক্সংহল্লি। সীতা কাইন-মৈশা লাংলবা শ্রীরামচন্দ্রনা ফঙবা নিংথিবশিগী তুংনক্রম পম্পা পশ্রীহ বসন্তঋতু খোংদারকপনা পুক্নিং হানিঙাই ওইরবা পুশ্রীমপালদগী বনশিংহু উরু-য়েংনুশদা অরাবা মৈরী হেক্সংলক্কুনা মখল মখল তেংখাগনে। চিংগী চিংখাংদা—লিরুং পাইহুনা তেংদোং য়াম্দুনা চংশিল্লক্লিবা রাম-লক্ষ্মণ অনিহুবু থাগ্গক্লা উবদা বালিবু কিহুনা মানা চংলকপা ওম্মোই-দবা ঋষ্যমূকচিংদা লৈবা সুগ্রীব মশা নিক নিক লাওখরে। লাক্লিবা রাম-লক্ষ্মণ অনিহুবু বালিনা থারকপা লৌনম যীঙেৎ শেং-ইনবা অরোনবা পাওমীনি চিংনহুনা য়োংলক্লগী অথোইবা সুগ্রীবনা খনোই শোক্লা বাখিহনা অশিংবলক্লগী অহেনবা হনুমান্দা হাইনকই—লৌশিং-চাওবা হনুমান্। নং ইচম-চম্বা অমগী মওংমতৌ ওইনা লাক্লিবা অনিগী মনাক্তা চৎলুহুনা মখোইগী শাজৎ শাওং মপুক্লিংগী ইঙ্গিৎ অগিনচিবা থোরম খংঙুহুনা মতমচানা ঐবু খংহল্লু। সুগ্রীবয়াগং ফংবদা হুংশিংখৌ মচা হনুমান্ থাজনবগী মও চাক-নিবা মশক লৌহুনা রাম লক্ষ্মণ নক্লা চোংখরে। হনুমান্ রাম-লক্ষ্মণ মনাক্তা নোল্লুক্লা চংশল্লক্লগা খুকউ লৈত্রা ইরুমহুনা ফজবা রাহৈনা হংখরে—নতিক নগুণ লৈরবা নঙাগ্না মাইকৈ শিল্লিবা শকওং-শক্তম মান্নববা ইবুঙেঙা অনিবু কনানো? অহুগা কারি মরমগীদমক পম্পা পুশ্রী মপালসিদা খোংদাবিরক্লিবনো?” অসুম্না হংবগী পাওখুম পিদ্রিঙৈগী চৈরক্তা সুগ্রীবগী পরিচয় শন্দোক্লা তাকখরে--ইবুঙেঙা অনি। রাফম অমগনা—‘সুগ্রীব’ কৌবা ধর্মচেনবা-য়োংলক্কগী

অথোইবা য়োং অমা লৈ, মহাক অসি ময়াম্বনা তাম্বোক্লক্তুনা—মাবু কনবিগদবা মীশক থিবদা তাইবংপান শিনবা থুংনা কোইনা চৎলি, মানা ইবুঙেঙা অনিগী মওং অসি উবদা ইবুঙেঙা অনিবু মানা মরুপ শাম্ননিংঙ্গনা ঐবু চৎলু থারক্লিবনি। ঐ অসি মাগী মন্ত্রিনি, ইমিংনা হনুমান্ কৌই। অমুত ৱিকথবগা পাংথক্লবা হনুমান্গী ৱা তাবদা শ্রীরামচন্দ্র কবন্ধনা হাইরকপা ৱাফম নিংশিংলুরগা ঙনখৈ লৈতনা মুংঙাইখরে। হনুমান্গী ৱাঙাং ফজবা নিংথিবা অত্তু হন্না হন্না থাগংখরে।

শ্রীরামচন্দ্রনা ইঙ্গিং পিত্তুনা লক্ষ্মণনা রামনা বন চৎলকপদগী হৌনা মফমত্তু তানা লাকপা ফাওবগী ৱারি-ৱাখোং পুম্বা চিথদনা তমখরে—জীবপুম্বগী চংনফম দশরথ নিংথৌত্তুগী নচা অহল মগুণচেন্নবশিংলক্তগী অথোইবা প্রভুরামচন্দ্র হাইবদো মাংদা লৈরিবা অসিনি, ঐনা মাগী মনাওনি, ইয়াম্বসি ইপাগী য়াথং ঙাকপগীদমক নিংথৌ থুবম থাদোক-লমত্তুনা বনদা লাকইবনি, মতালোই সীতা কোবীত্ত কনাগুম্বা হিংচাবা অমনা মুখরে। ঐখোই সীতা মাবু থিরক্লিবনি। লমথাংদা শাপান্তক ফ লবা হিংচাবা অমনা "সুগ্রীবগী মতেংনা সীতা ফংগনি" হাইনা হাইরম্মি। জীবপুম্ববু ঙাকপিহৈবা ইয়াম্বসি হৌজিক সুগ্রীব মাবু থিরক্লিবনি। মসিদা তৌফম থোকপা অপুম্বা সুগ্রীব মানা মনাই-মশনগা লোইননা তৌবিগনি" অসিনচিংবা ৱাহৈশিং এসি হিকথনা হাইরম্লগা লক্ষ্মণ ৱা ঙাংবা লেপখরে। লক্ষ্মণগী ৱা তাবদা চান-চুনরবা ৱাহৈনা ৱাশক্তুনা হনুমান্না হাইখি—অসিগুম্ববা বুদ্ধি লৌশিং চংথোনবা মতিক-মগুণ চেন্নবা মীশক মীওই অসিবু সুগ্রীব মানা ফংজবদি মরাইবক ফবনি, অত্তুগী মথক্তা মশানা মখোংথোংনা থিরক্তুনা লাকপিবা অসিদি সুগ্রীব মাগী নহানমুক্তা তৌরকপা পুণ্যগী মহৈনি। অত্তুগা অরাবা মশক মাম্নরবা সুগ্রীব মানা ইবুঙেঙা অনিগী মতেং শোইদনা পাংলগনি"

অসুম হাইরিবা হনুমান্‌গী ৱাশিংসি তাবদা সীতাগী মবুঙেঙা চেৎনা থাজখিত্রনা সুগ্রীববু উম্নবা ঙাইঙমখিদবে। শ্রীৱামচন্দ্রগী পুক্লিং খংলত্রনা হনুমান্‌ চাক্রিবগী মশক থাদোক্কনা মশাগী মশক লোখরে, রাম-লক্ষ্মণ অনিবু মনঙন্দা পোত্রনা সুগ্রীবগী নাক্তা চোংখবে।

ইক্ষ্বাকু শাগৈগী লৈতেংলোই বাম-লক্ষ্মণ অনিসিনা ইবুঙেঙোগা মরুপ শান্নবা পাম্মি হাইবা অমৃত চেনবা ৱাহৈনা ৱাহৌদোক ওইত্রনা হনুমানন্না বাম লক্ষ্মণ অনিগী ৱালি-বাখোং অপম্বা শিংশিংনা সুগ্রীবদা তমখবে। হনুমানগী ৱা তাবদা সুগ্রীব হবাওবা পন্দোন্‌ লোমখবে। "খুংকা খুংকা পাইনসি" হাইত্রনা সুগ্রীব মখুং তিংথোকখবে। শ্রীবাম-চন্দ্রসু হবাও হরাও খুং তিংথোক্লক্কনা সুগ্রীবগী খুং পাইখবে। অদুগী তুংদা বাম-সুগ্রীব অনি মৈ হোৌগংত্রনা য়েংলোইননা কোইমিন্নবগা মৈনা সাক্ষী ওইত্রনা মরুপ শান্নখবে। সুগ্রীবনা হাইখবে—মরুপ। ঐ অসি ইয়াম্বনা ঐগী তালোই মুলহৌবগা তাম্নোকপিবক্রবনি। মাবু কিত্রনা মী-পোং চংঙমদ্রবা মফমসিদা চংত্রনা থৱাইদং পুত্রনা ঐ লৈবিবনি। ৱালিদগী অকিবসি মরুপ্পা কোকহবিব্রু অসি হাইত্রনা সুগ্রীবনা শ্রীবাম-চন্দ্রদা ভিক্ষা ওইনা নিখবে। শ্রীবামচন্দ্রনা হাইখবে—"মরুপ হাইবসি মহৈ-মহৈ মতেং পাংনগদবনি, অত্রনা মরুপকী তালোই মুলহৌবা বালি অদু শোইদনা ঐনা হাৎকনি" শ্রীরামচন্দ্রগী ৱাসি সুগ্রীব থমোইদা চেৎনা থাজখরে, বামদা হন্না হাইখরে---মরুপকী তালোই সীতাদেবীবু হিং-চাবনা হুখবে হাইবসি ঐগী মন্ত্রি হনুমান্‌দগী মুম্না তাত্রনা খংজবে। লিচৎ ফজদ্রবা হিংচাবা মাগী মনাক্তা সীতাদেবীনা উপীগুম্না নিক নিক লাওনা লৈবত্রু রাখন্না ঐনা উনি, হিংচাবা মানা হুত্রনা অতিয়া লম্বীদা পোরকপদা সীতা মানা তেংথা তেংথাত্রন। ঐখোইদা নিংথিজরবা লৈতেং-পোং অতুগা মুগা ইনফী থাদরম্মি. মখোইশিং অত্র মরুপ্পা মীৎয়েং

তাবিরগা মশক খংবিগনি অসি হাইনা হাইরগা সীতানা থাদরম্বা পোৎশিংডু পুখোক্তনা শ্রীরামচন্দ্রবু য়েংহনখরে। সুগ্রীবনা উৎলিবা পোৎশিংডু হেক উবদা পীরাং ঈহৌরবা মীংয়েংনা হন্না হন্না য়েংলগা শ্রীরামচন্দ্র তপথবা ঙমখিদ্রে, ঙাইহাক্তং লৈরগা তপথরক্তুনা হিংচাবমাদি মাইকৈ কদোমদা চৎখিবগে? মফম কৈদা লৈবনো? মসি মরুপ্পা খংবরা? অসি হাইনা সুগ্রীবদা হংখরে। সুগ্রীবনা পাওখুমখি—মরুপ! পাপী নাপী লৈফমদি ঐদি খংজদে, অদুবু ঐনা বাশক্তুনা হাইজরি—কোরৌ অতিয়াদা ওইরবসু মালেম পৃথিবীদা ওইরবসু পাতালদবু ওইরবসু ঈশিংদবু ওইরবসু কংফালদবু ওইরবসু লৈনিংবা অমদা লৈসন্ন, কোইখি থিজুনা খংলগা সীতা মাবু পুরক্তুনা মরুপকী খুত্তা "ঐ পিজগনি" মরুপ! হৌজিক্তি অবাবা পুম্বা থাদোকপিরো। অসি হাইনা শ্রীরামচন্দ্রবু শান্তনা পিরগা সুগ্রীবনা মরাল লৈত্রবা মহাকপু বালীনা সহরদগী লংলকপা; বালীগী ঙমখৈ লৈত্রবা মপাঙ্গলডু শ্রীরামদা শিংথাখরে। সুগ্রীবগী বাসি তাবদা শ্রীরামচন্দ্র বালীনা হাৎখি হাইনা তাকপা দুন্দুভি কোবা হিংচাবডুগী অশিবা মশাডু খোংবীনা কোৎতুনা লংখিডুনা অডুগা কোনা পাম্বী তরেৎ তেনগী খুংকাপ অমত্তনা কক্থৎতুনা সুগ্রীববু উহনখরে।

দশরথ নিংথৌগী মচা শ্রীরামচন্দ্রনা বালী হাৎপিগনি হাইবা বাশক তাবদা মিহিরগী মচা সুগ্রীব পুক্নিং খোগৎপগা লোইননা কিষ্কিন্ধা তানা লাক্লডুনা বালীবু লাল শিংডুনা কৌথোকখরে। লাল শিংডুনা কৌথোকপগী খোল্লাও তাবদা বালী খাংঙমদ্রডুনা খুদক্তুদা লালগীদমক শেম শাডুনা যাত্রা থৌরাংখরে। বালীবু কিডুনা মতম কুইনা মশা নিক নিক লাওডুনা লৈল্লবা সুগ্রীবগী লাল্লাওডু তারাদেবীনা মতেং অমা লৈরবনি খল্লুনা বালীবু লাল চৎতনবগীদমক মখল মখল ওইনা

থামখরে। বালীহু তারাগী রাফম করিস্থু খম্বা লৈতনা লালগী লানফী শেং-ইন্দুনা চংখরে। ত্রত্রাস্থব হিংচাবগা স্বরারেণগা অনিগী লানবা-গুম্ববা বালী-সুগ্রীব অনিগী তমথিরবা লাম্লোং ওইখরে। মতমতুদা সুগ্রীবনা নোপথরকপতু উবদা প্রভুরামচন্দ্র মত্তুবা তেন শংখরে। তেঙ্গা থোংহুনা লিনি কম্মা চিংখবে, বালী মথক্তা থাগ্নবে। বালী লৈমাইথক্তা লোংনা হাইথখরে। মনাওনিপাগী তালোই লৌনা তধর্ম্মগী লম্বীদা খোংদাবৰা বালীবু হাৎলগা শ্রীরামচন্দ্রনা সুগ্রীবৰু কিকিন্ধাদা নিংথৌ হাপখবে, অদুগা বালীগী মচা অঙ্গদবু যুবরাজ হাপখবে। অসুম অসুম তৌরিঙৈদা য়েখাইবনা মশক পান্দুনা চোংথোবকপগুম্না নোংজুথা ওইরকখরে। শ্রীরামচন্দ্র নোংজুথা লোইদ্রি ফাওবা প্রস্রবন কোবা চিংদা লৈগে হাইনা লেপ্তুনা সুগ্রীবদা হাইখবে—"মরুপ সুগ্রীব। শনং ঋতু হেক হোরকপদা ঐগী নাক্তা লাবউকো" অসি হাইনা হাইবম্লগা প্রস্রবন চিং তানা লক্ষ্মণগা লোইননা চংখরে। শ্রীরামচন্দ্র মনাও লক্ষ্মণগা লোইনবনা মতালোই কাইনবগী অন্নাবা মওং অমা ওইনা থাংখবে। থাইন-মৈশা লাংলিবাশিংগী অন্নাবা মৈনী হেঙ্গৎহনবা নোংজু খাতু লেনখরে। মতম খোংচং পোথাদে, মাইকৈপুম্বা পানহনবী, লাইজ ঈশিং লুহনবী শরৎ-ঋতু খোংদারক্রে। শরৎ মানা লাক্রফাওদসু সুগ্রীব লাক্তবহু থল্লুবদা শ্রীরামচন্দ্রগী পুক্রিংদা অমকপা রাখল চেনখবে। তৌবিমন্ থংদবগুম সুগ্রীবা মাবু চিংনহুনা মপুক্রিং য়াকাই পিনিংহুনা মাগী মনাক্তা মনাও লক্ষ্মণ থাখরে। রামগী পুক্রিং থুংদবা উবদা অশাওবা মৈবুল হোরবা লক্ষ্মণ সুগ্রীব নাক্তা য়োখবে। অয়াকপা রাহৈ হাইখবে—সুগ্রীব। বালিনা চংখিবা লম্বী নং চংলোই চিংনদবরা? রাংশক লেংদনা লৈয়ুকো। বালিনা চংখিবা লম্বীদা খোংদাগনু। লক্ষ্মণগী রা তাবদা রাশক্লখিবা নিংশিংলক্তুনা নিংওম্লক্তুবা সুগ্রীব মন্ত্রিশিংগা লোইননা য়োংগী

তেঙ্গোল কোয়্নদা থুনা য়াংনা শ্রীরামগী নাক্তায়ৌখরে। খুবাক-চাংজৌ শাদুনা শ্রীরামগী চরন্দা "মতম থিনখিবগী ইরান ঙাকপিহৈবা ইবুঙেঙানা ঙাকপিয়ু" হাইনা হয়্না হয়্না হাইজখরে।

শ্রীরামচন্দ্রগী সীতা থিবগী য়াথং ফংবদা সুগ্রীবনা মাইকৈ মরিদা সীতা থিবগীদমক য়োংগী তেঙ্গোল অকনবা লুচিংবা শিন্দোকখরে। খা মাইকৈদা সীতা লৈগদ্রা খন্দুনা সুগ্রীবনা সাজৎ-শাফু কনবা, মপাঙ্গল লৈরবা অঙ্গদ, জাম্ববান্‌নাচিংবা য়োংশিংবু ১স্নুং হনুমানবু মখা মাইকৈদা থাখরে। মফমপুম্বদা খোংচৎ কাইহনবা ঙমদ্রবা তৌথোক্কপা থবক্তা পরিচয় মুম্না খংলবা হনুমান্ মাবু য়েংলগা মানা হল্লকপদা মহৈ য়ানগনি খন্দুনা শ্রীরামচন্দ্রনা মমিং থাবা খুদোপ হক্তোক্তুনা মাগী মখুৎতা মাবু সীতানা খংননবগীদমক পিখরে। হনুমান্না পিরিবা খুদোপ্তু খুৎফাং তরা খুজোক শানা লৌদুনা মকোকথক্তা হাপখবে, রাম সুগ্রীব অনিগী চরন শোক্না খুরুম্লগা খা মাইকৈ তম্না তেঙ্গোন কোয়্নন যাত্রা তৌখবে। চৈরাক রাসেল কল্লবা সুগ্রীবগী য়াথংনা য়োং তেঙ্গোল ময়াম পৃথিবীবু ইখুম খুমজন্দুনা মাইকৈ মরিদা সীতা থিবা হোৎনখরে। অস্নুম তৌনা থিরকপনা খা অমা ফারকপদা নোংপোক মাইকৈদা চৎখিবা "বিনত" নাচিংবা তেঙ্গোল, অমাং মাইকৈদা চৎখিবা "শতবলি" নাচিংবা তেঙ্গোল, নোংচুপ মাইকৈদা চৎখিবা "সুষেন" না পুবা তেঙ্গোল, তেঙ্গোল অহুমদি সীতা ফংদ্রবনা হল্লকখরে। শ্রীরামচন্দ্রগী নাক্তা লৈবা সুগ্রীবদা "ঐখোই সীতা ফংদ্রে" হাইরখবে। খা মাইকৈদা চৎখিবা তেঙ্গোলশু — বিন্ধাচিংগী লোক্লুংদা বনম্নুংদা সীতা দেবীগী কোইনা থিখরে। সীতা ফংদ্রবনা মপুক্লিং রানা রানা শুম্ শুম্ খি-থিদুনা চৎলকপাদুনা ঈথক ঈপোম্না পরেং পরেং ঈহৌরবা খা-সমুদ্র উখরে। থারকপা নজম লাম্ছোক্ক ফাওবদা থৌ পাংথোকপা ঙমদ্রবা ঐখোই ময়াম চৈরাক-কনবা সুগ্রীবনা অকনবা

চৈরাক্ পিবা শোইদ্রে" অসি বাখল্লা কিখিহুনা হল্লিংবা পোক্‌বা খা চৎপা য়োং তেঙ্গোন চরা হেন্দুনা মথরাই খাদোক্লসি লেপ্পখরে, মতোম্না মখা ওনবা কুশ মথক্তা নোংপোক ওম্না ওম্না ফম্মখরে। মতম অদুমক্তদা পাঙলদা নিপাথোকপদা ফাওরবা "সম্পাতি" কৌবা জটায়ুগী ময়াম্বা মতম কুইনা পুক্সিরবা উচেক নিংথৌ অমা শিরগনি ফম্মরিবা য়োংয়ামতুগী মনাক্তা লাকখিরম্মি। পরিচয় হংনবদা য়োংশিংগী মচিন্দগী মনাও জটায়ুনা মথরাই খাখরে হাইবত্রু তাবদা সম্পাতি অবাবা পোকখরে, কনানা ইথরাইদগী হেল্লবা ইনাওবু হাৎখিবনো? হাইনা য়োংশিংদা হংখরে। মনাওগী তর্পণনাচিংবা তৌবা'লোইরগা সম্পাতিনা য়োংয়ামদা হাইখরে—দশরথ নিংথৌদি ঐগী চান্নব মরুপনি, অদুনা রামদু ঐগীসু ইচানি, রাম মাগী মখোদি ঐমকসু তৌফম থোকই, অদুবু অহল ওইরবনিনা ইশা পোল্লে; ইপাঙ্গম্নদি মাগী মতেং পাংবা ঙম্মোইদৌরে, অদু ওইদুনসু ইচিন মখৈনদি ঐনা মাগী মতেং পাংগে। মসিদগী য়ুথক চাম লাপ্পদা সডদ্রসিগী বাংমদা লঙ্কা কৌবা বিশ্বকর্ম্মানা শেল্লবা সহর অমা লৈ, মডদা রাবণনা সীতাদেবী পুল্লবনি, সীতাদেবীদু রামদবু নিংদুনা হিংচাবীশিংনা ইকোই কোইশন্দুনা অবাক্ষ সমুদ্রদা লুপ্তুনা লৈরি। খিন্দনা সমুদ্র লান্দুনা চৎলবদি মফমদুদা নখোই সীতাবু উবা ফংগনি।

সম্পাতিগী বা অসি হেক তাবদা য়োং তেঙ্গোল ফম্মবদগী ফূক-ফুক হৌগৎখরে। অতিয়াগুম্বা ঙমখৈ খ'দনা পাক-চাওরবা সমুদ্রসিবু ঐখোইনা করম্না লানগনি অসি হাইদুনা য়োং তেঙ্গোনদু বানম্রে। য়োং তেঙ্গোনগী মমুংদা কনাগুম্বা য়োং অমত্তা সমুদ্র চোংদুনা অমুক হল্লকপা ঙমগনি হাইবসি মশা-মশাবু খনখিদরে। জাম্ববানসু অহল মতম ওইরকপনা সমুদ্র চোংবা ইতিক নক্লে খনখরে। অঙ্গদ য়ুবরাজ সমুদ্র চোংবা ঙমগদবা ওইরবসু খ্বাইদগী মপু ওইবনা সমুদ্র চোংবগী থবক তৌফম

থোক্কে, অসি হাইনা খম্মুনা জাম্ববান্না তৌওবদা ওমথৈ নৈত্রবা হনুমান্-দদি চোংবা ওয়গনি নিংদুনা হনুমান্গী মতিক মগুন শিংথাখরে, হনুমান্দা হাইখরে— হনুমান্! য়োংগী তেঙ্গোলসিনা নংগি নপাঙ্গল য়েংনিংঙি। অদুনা নং সমুদ্র চোংদুনা য়েংনিংলিবা ময়ামসিবু অমুক্তদি হুংঙাইহল্লুদনা? অসি হাইদুনা জাম্ববাননা হনুমান্গী মথৌ শংখরে। মথৌশংলবা হনুমান খুদোপ পিদুনা মগুণ হাপ্পিরক্লবা রঘুপতি শ্রীরামচন্দ্রগী আশা মপুং ফানবগী-দমক সমুদ্র চোংবা য়াখরে, সমুদ্র চোংনবগীদমক্তা মহেন্দ্রচিংগী চিংদোল তম্না হনুমান্ কাখৎখরে।

## কিষ্কিন্ধা কাণ্ড লোইরে।

# সুন্দর কাণ্ড

মহেন্দ্র চিংদোন কাখৎলগা হুংশিংকী মচা হনুমান্ খোংফম চেৎনা নেৎখরে। সমুদ্র চোংলমদাইদা তেঙ্গোলদা নোল্লুক্না হাইরক্কে—"তেঙ্গোন্না থোইনা বাবিগনু—ঐগী ইবুঙ্গো শ্রীরামচন্দ্রনা কাপথোকখিবা তেন্না হুংশিংকী মাংথানা খোংচৎ পন্দনা চৎপগুম্না রাবণগী লৈপাক লঙ্কাদা ওসি ঐ চৎলগনি, করিগুম্বা লঙ্কা লৈপাক্তা সীতা ফংদ্রবদি রাবণ মাগা লোইননা লঙ্কা কোন্নুং কুক্তুনা অসি তানা পুরক্কনি।" অসি হাইনা হাইদুনা লৈহৌরিবা ময়ামদুগী মপুক্কিং তপথহল্লগা হুংশিংকী মচা হনুমান্ গুমিং কোবা লাই, স্বরারেণ, হুংশিং, মহাদেব অসিনচিংবা লাইরাম খুরুমখরে। শ্রীরামচন্দ্রগী শ্রীচরণবু থমোইদা চেক্তেৎ চেৎনা কোল্লগা মহেন্দ্রচিংদোলদগী রাম! রাম! হাইনা শ্রীরামগী নামামৃত

শোম্পুনা লঙ্কা তন্না চোংখরে। শ্রীরামচন্দ্রগী থবক পাংথোক্লবগীদমক মুথক চামা পাকপা সমুদ্রবু চোংলক্লিবা পবননন্দন হনুমানতুবু উবদা দেব-দানবগন্ধর্ব্ব কিন্নরনাচিংবা পেনগ্রকুনা হনুমানগী মথক্তা লৈনা নোংগুইনা চুথখরে। হনুমানগী মশাদা মুংশা লাংদনবা হাইদুনা সূর্য্যনারায়ণ শুমিং কৌবা লাইনা মশাগী মঙান চিংশিনখবে। পবনদেব কুশিংনা হনুমানগী ফোরোই ইন্না শিংখবে। লম্বী লমখাংদা হনুমানবু ঙাইহাক পোংথাহনগে হাইদুনা সমুদ্র লাইজ ঈরোলম্‌মংদগী 'মৈনাক" কৌবা চিংজাও উরি-রারি উপাল-রাপাল ইয়োম য়োম্না কুং লাওনা তাওখংলকখরে। হনুমান্‌না তাওখংলক্লিবা চিংদুবু মথৌপাংখোকপগী যৈথাইবনি খল্লুদুনা মথবাক্তা য়ৈশিন্দুনা লাইজম্মংদা তম্না লুপথহনখবে। হনুমানমাগী মপুক্লিং চাংয়েংবগীদমক্তা লাইশিংনা থারকপী সুবসাবু চৈহংলম্লগা য়ৈখাই-থিঙ্গাই মখল মখলবু নমহৎ নমহৎলমদুনা হনুমান সমুদ্র রাংমদা তাখরে, ত্রিকুটচিংগী মপালদা ঙালথোইরবা লঙ্কা তানা চৎখবে।

লঙ্কা লৈপাক চংলকপদা হনুমাননা অসুম্না খনখবে— করি উপায়না হিংচাবা নিংথৌ রাবণ উদ-খংদনা সীতাবু ঐনা উবা ফংগদগে? মফমসিদা ঐনা ইশক অসিমক্তা লঙ্কাসিদা চংলবদি অমাংবা অমা খোকপা তাই, মপুগী শিম্বাসু কাইবা তাই, অদুনা তাংলৌ অহিং অথেংবদা কনা অমত্তা উদ-খংদনা ইশা অসি পিকৃশিন্দুদা মাইকৈ শুনা চংদুনা ইবেম্মা সীতা থিবনা ফবা তাই' অসি হাইনা লেপ্তু্না হনুমান্‌ শুমিং তাবা মতম ঙাইদুনা লৈখরে। মতম খোংচং পোংথাদে, কোরৌহনবা লাই মশেক-মঙাল চিংশিন্দুদা তাফম লোইবী খোংনেংনখবে। হনুমানগী মন্ত্রিগুম্না চন্দ্রদেব খা কৌবা লাইনা মশেক-মঙাল লিশিং শন্দোক্লা থরাম্মিচাকশিংগী ময়াইদা চিং-লেম্না হাই হুম্না খাইন মৈশা লাংলুরবা ঙাসু থঙ্গোং কাংবুবু পুক্লিয়াইদা মখেলাংনা কোরৌ অতিয়াথক্তা

য়াংবী খোংদোই হলক্তুনা মোমোন নোক্না শান্নরক্লে, মতু উবদা হনু-মান্ ওমৈখে লৈতনা হুংঙাইখরে। অনিংবা শক্রোল পুণ্ডবা হনুমান্ অদো নুংশিংতগী হেন্না য়াংবা শক্রোল মখল পুথোক্তুনা লঙ্কাগী য়ুম্‌খোং খুদিং চং-চংতুনা মবেম্মা গীতা থিরক্লে। শুম-শুম থিরকপহনা নুমিং-কুম্না ওান্নবা চেক্‌পন্না ইকোই কোইশল্লবা সনাতনা লৈতেংলবা মণিমুক্তানা থল্লবা চাওখংপাপুম্বগী লৈনকম রাবণ নিংথৌগী সনা সঙ্গাই য়োংরে। অঙকপা ফংলবা কানা খল্লবা, সঙ্গাই মনুংতুদা হনুমান্ অদো চংখরে, কা খুদিং চং-চংতুনা মবেম্মা সীতা কোইনা থিখরে। শুম-শুম থিরকপ-তুদা ওান্নবা ফমুংখক্তা খোমলেন তুংখুল হল্লিবা মকোক তন্না লোংবা হিংচাবা নিংথৌ রাবণবু উখরে। মাইকৈ অমবোমদা তুংখুল হন্দুনা লৈরিবী, শককহেনবী নুঙ্গালক্তগী অথোইবী; মণিমুক্তানা লৈতেংলবী মন্দোদরীবু উবদা মশক মতৌ ফীবম মওংনা মসি সীতানি খন্দুনা হনুমান্ চাং লৈতনা হুংঙাইখরে।

হনুমান্‌গী অরানবা, রাখল মীকুপ খরদমক ওইখিবম্মি, হনুমান্‌না হন্না খল্লখরে, তাইবংপানগী নুংঙাইকম শ্রীরামচন্দ্রগা কাইনরবী সীতানা করম্না তুম্বা য়াগনি? অতুনা ঐনা উরিবী অসি কনাগুম্বী অতোপ্পী অগা ওইগনি, অসি হাইনা খন্দুনা সীতাবু উনিংবা পুক্নিং হেন্না মরাং হৌখরে, মফমতুদগী হন্দোকখরে। রাবণগী কোনুং মনুংদা খুদোল মরি হাংবা মফম থাদোক্তুনা সীতাবু কোইনা থিখরে। করিগুম্বা মফম অমদা সীতা উবা ফংলক্তুবদা সমুদ্রফাওবা চোংতুনা সীতা থিবগী থৌরাং অরেম্বা তারে খন্দুনা হনুমান্ থমোই শোক্না বাখরে। হনুমান্‌না মখল মখল খনখরে— করিনো সীতাদেবীবু ফাম্নবরা? নত্রগা শিন্নবরা? সীতা ফংদ্রে হাইনা শ্রীপ্রভুরামচন্দ্রদা ঐনা হেক হঙ্গংলবদি খুদক অতুমক্তুদা শ্রীরাম থরাই লাইনা থাখিগনি, অরাবা মখং-মথং

থোবকপগী চাং করম্না শিংথাবা ঙনগনি। ঐনা হন্দ্রবসু রাম-লক্ষ্মণ অনি য়োংয়ামগা লোইননা আশানা পুন্দুনা লৈবমগনি। অদুগা ঐনা সীতা ফংদগুনা হনবসু ঐগী নিপাথোকপদি করিনা ওইগনি? মবম পুম্বগি লৈবনা ঐ সীতা ফংদনা অমুক হনবা তৌরবাই। ঐনা সীতা ইফংমক ফংদ্রগা লাইজ ঈরোলমুংদা ঐ চংগনি অসিনচিংবা মখল-মখোল খন্দুনা হনুমান্ অরাবগী চাংজৌ য়ৌবদুনা থমোই নিক-নিক লাওখরে।

অহিং মরৈ লুইথবক্রবদা হনুমান্ রাখল থাদোক্তুনা তপথবা লম্বীদা চংদুনা মীৎয়েং পাক্না য়েংলক্রে—ঐনা সীতা থিবদা কোদিগা মফম অসি অশোক বন অসিমক্তু মঙাইরে, মসি কাও পোনা সীতাবু থিবমদ্রবদি ঐ ইথৌ লোইরে করম্না হাইগনি। মতৌ অসুম্না মীৎয়েং পাক-চাওনা য়েংখরে, রাম লক্ষ্মণ খুরুম্লক্রে, সুগ্রীব নিংথৌগী খুরুম্লক, সিদ্ধি মখল নিপালদা ভক্তি প্রার্থনা তৌরক্রে, মাদুন মপুম্বা লোইরবগা কুংশিংকী মচা হনুমান্—শ্রীরামনামামৃত শোন্দুনা বন ঙাক-শেনবশিংবু কিখিবনা লৈবাং কেল্লকপগা পাংখক্রবা খোংগা না অশোক বনশুংদা চংখরে।

স্বরাবেণগী নন্দনকাননগীহেক্না ফজবনা চিত্ররথ গন্ধর্ব্বনা শেম্লম্বা কুবেরগী চৈত্ররথ বনদগী হেক্না ফজবা অশোকবনদুদা চংদুনা মফম খুদিংদা সীতাবু থিখরে। অদুম থিবকপা হনুমান্—সনা ওইনা মশা লোংথোক্লবা চাওবরা "শিংশপা" পামেল অমগী তলাদা হিংচাবীশিংনা ইকোই-কোইশল্লিবী মতম কুইনা চা-থক্রক্তবনা শকদা উনতনা কুপ্লবী, স্বপ ফুইনা ফুইনা হোল্লিবী মীৎস্না থম্বাল অনিদা তনং লাইজ ঈংহৌবরী, হকচাংনা থরেক কানবী, লিচৎনা মরিক অমত্তা মক্তুবী লোংমা পানবা থাজগী ময়ি-গুম্না মহৌশাগী ফজবা শকফমত মঙাইবরী, নাপু ফীজোম্না তাংজ ফৈরুক পুম্লিবী, কনাগুম্বী অমবু উশবেদো মতমদো। মীৎস্না ফল্লপ তৌরবী মাবু উবদা শ্রীরামচন্দ্রনা তাকপিনকপা খুদম ময়ামদু তিনবনা

উরিবী অসি সীতাডুনি হাইনা হনুমান্ চিংনদনা খনখরে। হনুমান্‌না মপুক্তা সীতাগী শকওং শক্তম্ শিংথাজরকপদা শ্রীরামচন্দ্রগী তপথবা গুণগী অথোইবনা—শিংথারিবা মাবু অসিয়ৌনা ঙকহনখরে—মতুদি সিগুম্বী সীতাসিগা কাইনরবা ফাওদসু শ্রীরাম বাবদি ঙমখৈ ফংলে, অদুবু হকচাংদি পুথুনা লৈরি, অডনা হনুমান্ ঐনা খল্লি। ঐগী ইবুঙো শ্রীরামচন্দ্রদি তৌঙমদববু লাইনা তৌবা ঙম্মি অসি হাইনা হরাওজদুনা হনুমান্‌না শ্রীরামচন্দ্রবু হন্না হন্না থাগৎখরে। সীতাবু হনুমান্‌গী মপুক্রিংদা অসুম্না খনখিরম্মি, মপুবোইবগা কাইনরবী লুংঙাইবা মরিক অমা পক্তুবী সীতা অসিনা শ্রীরামচন্দ্রন্ অমুক উম্নরখিগনি হাইবগী আশা থৌরীনা হকচাংদা মথম্বাইবু পুন্দুনা থম্লিবনিসে, অঙকনি !! থোরক্কদবগী লেংফদবা নোংদম্! রাম-লক্ষ্মণ অনিনা ঙাকশেল্লম্বী থৌজিক লৈপাক লৈমগুম্না অথাংকল্লবী অসিগুম্নবী সীতা অসিনা পামেল অগগী তলাদা মীৎয়েংথিরবী হিংচাবীশিং অসিনা ঙাকশেন্দুনা লৈবা !! অঙকপনি !! অঙকপনি !! হিংচাবীশিং অসিনা সীতাবু মীগাই থবাইবা পোকহন্দে, অদুবু সীতা অসিদি রামদা মপুক্রিং লেংদনা থমদুনা হিংচাবীশিংসিবু মীৎচীনা ফাও য়েংবা খক লৈতেদা !! বন অসিগী ফজবা নিংথিবসু করিগুম্বদা খক য়েংদেদা !! অসিনা চিংবসি মপুক্রিংদা মখল মখল খন্দুনা হনুমান্ অদো শিংশপা পামেলগী মশাদা মপুক্রিং লুংঙাইনা মতম খর তোংদুনা লৈখরে।

হনুমান্‌না মতৌ অসুম্না লৈরিঙৈ চৈরক অসিদা রাবণ নিংথৌজু য়াকাইরোই শকপা কাংবুনা তাবদা পুক্রিং খোইদারবা ঈশৈ পুংখোলশিংনা মপুক্রিং য়াকাইহন্না পুক্রিং ঈথক ঈপোম ঈহৌননা ফজরবা নিংথিরবা ফীজেৎনা লৈতেংদুনা পোম্বী চেক্লাশিংনা পুক্রিং হুনা খোংলবা হৈনম লৈনম্বা চুরবা পুক্রিং য়াকাইনা শাম্নফম অশোক বনদুদা চংঙকখরে। রাবণ চংলকপা উবদা সীতাদেবী লুংশিংনা য়ৈবা লফু পাম্বীগুমখরে। অচুম

অয়াম শক থংদ্রবা, হিংচাব নিংথৌবেণ রাবণদো অকি-অথংনা খুত্তম চনখ্রগী মপুন্বোইবতনা লাইনি খল্লবা সীতা মাগী মনাক্তা কাইদ-কাইদ চংশন-লকখবে, নোংঙম্না কুপ্লবা খোংজেম্না মশা মাংননবগী মক্ত. ওইববা মগুনিগী অপাম্বত্থ লিরি খোইবীনা সীতাদা হাইবা হৌখবে—মীয়েং নিংথিবা ইবেম্মা। কবিনো ওসি ফাওবা ঐঙোন্দা পাওখুম অমত্তা পিদবসিবু? নথমোইদ্রবু বজ্রদগী হেন্না বনগ্রববা? খব পেখ।। মযাবেনা, মী কথাগু নোইহৎ শুমহৎতুনা ঐনা পুবকপা মণি মুক্তা খাকপা লৈতনা শখুংতা পিগনি। শাম্নফম ওইবা। নরমগীদমক্তা পৃথিবীপুম্বা জয় তৌদুনা নপ বু ইবুঙেঙা জনক নিংথৌদা পিয়ু হাইববম্ভ পিগে, মবোন অরুম ভয় তৌদুনা ফংলকপা তাইবংপাল ফাওরবা ঐগী বাভলক্ষ্মী নখুংগোংনা লৌরগা ননিংতম্না নং শাম্নোবা? মশাদা লক্ষ্মী পন্ত্রবা বন চংলংং মথৌদাং ওইনবা লৈপাক্তা য়াহীপ্লবা উখোং বাথোংদা না। নব উবু রাকুনা মফাজেং ওহরখা মকোকা জনা পুববা বাম হাইবগো তৌভিকখু ঙিংলমখিগদবা? চিংনবা পোকই ঐঙোন্দা। অগিনচিংবা নাটৈপুদে চাত্রবা রাঙাংশিংনা মথম্মোই শোক্তা ঙাংলিবা লমচৎ নাইদবাশিংগী লুচিংবা হিংচাবা রাবণ মাবু নাপীনা মবক খম্মুনা খল্লগা সকী পাওনা খুমখবে—হাই লমচৎ নাইদ্রবা? মফমসিদা সাধু বৈষ্ণব ইবৈ লৈত্রবা? লৈরবদি সাধুগী লিচৎ নং কবিশুম্ব অমত্তা খংদ্রবা? মবমদি নাংগিড ঙাইগী মবম—ওম্নবা রাখল নাঙান্দা পোক্রে, ঐঙোন্দা থমোই শোক্তা ঙাংলিবা নংগী লৈয়েংদো হৌজিক যাওবা তৎতুনা কেনখিদ্রিবব? মীংযেং নৎতবা নংগী নমিং অদো কবিনা পৃথিবী থক্তা তাদ্রিবনো? নং খংদ্র-বরা? কোরৌহনবদগী মশেক মঙাম্না তোপ্তবগুম্না থাবম্না থাজদগী তোংঙান্দবগুম্না ঐ অসি শ্রীরামচন্দ্রগী তোপ্তবীনি খংজো। ঐগী ইবুঙেঙা শ্রীরামচন্দ্র হাইবদো ধর্ম খংবা নিপানি, চংজবকপব ঙাকপিদৈবনি, মসি

লৈপাক ফাওনা থংনরিবনি, অতুনা নশা হিংনিংলবদি মঙোন্দা চংজ-ফুনা মাগা মরুপ শান্নজো" সীতাগী রাহৈসি তাবদা রাবণনিংথৌ থমোই খাম্বী হৌখরে, অমুক্তা হন্না হাইখরে— মিথিলাদা পোক্লবী। জনক নিংথৌগী মচানুপী। নংনা তমথি-তমথিরবা য়াক্রু য়াক্রবা রাহৈ-শিং ঐঙোন্দা হাইরিবসে---রাহৈ অমমমদা তমথিবা মীহাং মীপুন্ নং ফংফম থোক্লবনি, অতুবু নংগী প্রেম ঈথৌ লাংখিবনা তৌফম থোক্লবা থবক অতু হৌজিক ঐনা তৌদবনি। ফরে, খা অনি ফাওবা ঐনা নঙোন্দা মতম পিরি, থা অনিগী মতুংদা ঐগী ইরা তাদ্রবদি ঙাশেম্বা কাংবুবু অয়ুক্কী চরা রান্ননবগীদমক্তা নংবু মতুপ মতুপ কক্তুনা শেমহল্লগা থোংহল্লগদবনি।" সীতাগী মতিক্-মঙ্গল খংঙমদ্রবা মীগী চাবা রাবণ মানা সীতাবু চৈহংলগা অকিফংলবা হিংচাবীশিংদা অসুম্না য়াথং পিখরে— হিংচাবীশা? সীতা অসি থিন্দনা ঐগী খুত্নমদা লৈনবা—মী অমা মথুত্নন চনবা ঙম্ননবগী উপায় মখল মরিত্নগী মতুংদা "চৈরাক" অত্নদি য়াওদনা "থেম্বা" "পিবা" "মীংখাইবা" মখোই অসিগী মতেংনা তেৎনৌ অসুম্না হিংচাবীশিংদা হাইরিবা নিংবকাইবগী অশাওবা-মৈনা মশা পুনয়োম য়োম্নবা রাবণ অতু ধাণ্যমালিনীনা "মহারাজ! ঐগা লোঈননা শান্নরুসি, সীতাগিনা মহারাজদা করিবু কান্নগনি" অসি হাইনা হাইদুনা কেংচুং মচুংদা পুশনখরে।

রাবণগী য়াথং ফংবদা হিংচাবীশিংচুনা রাবণগী মতিক মঙ্গল থাগংতুনা সীতাবু থেম্বা হৌখরে—ইবেম্মা সীতা! রাবণ নিংথৌবু থওই খোঙব তৌগনু, মরোল অহুমদা লৈবা লৈতবসি মহাক্কী মপুক্রিংগী মখা পোল্লিবনি। নাপন চাওবী। ঐখোইনা হাইরিবসি নংনা লোদ্রবদি নং অমুক হিং-লরোইদবনি, অসুম্না সীতাদা হিংচাবীশিংচুনা হাইখরে। রাফম অসি তাবদা মীৎনু ঈড়া ঈহৌনা সীতানা পাওখুম পিখরে—মফমসিদা নখোই

মযাম তিন্নগুনা তাইবংপান মাংতাক্রবা বা অদু হাইবি, নখোইগী বা অদু ইপুক্লিংদা কবি অমত্তা হাপ্খে। অতোনববু ওইনবসু নিংখৌ খুবম ফংদববু ওইবনসু মী মাদো ইপুবোইনতবু ওইনবদি এগীদি অখোইবা ওকনি। অরুন্ধতীনা বসিষ্ঠবু নিংবগুম, লোপামুদ্রানা আগস্ত্যবু নিংবগুম সাবিত্রীনা সত্যবানবু নিংবগুম্ ঐনা শ্রীরামচন্দ্রবু নিংজবিবনি। নখোই মযাম তিন্নগুনা ননিংতম্ন। ঐবু চাথোকউ, অদু ফাওদসু নখোইগী নরাদি ঐনা কনিনোংদা লোনোইদনবনি" অসুম্না সীতাদেবীনা হিংচাবীশিংগী রহৈ খুদিংগী পাওখু নিংগবে। পাওখুমশিংদি তাবদা হিংচাবীশিংদু সীতাদা মখৈ মখৈ চৈংংপা হৌরে—মখোইগী নাচে তনখিনবা রাঙাশিং অদু তাবদা জনক নিংথৌগী মমোমলোন খোংগেল খোকা কপথৎখবে—হা রাম! হা লক্ষ্মণ! হা ইমা কৌশল্যা! হা ইমা সুমিত্রা! অসি হাইনা কো কৌদুনা কপ-ল ওগবে শ্রীরামচন্দ্রগা কাইনবগী তাংদা ঐন নতম অসি ফাংদবাগি হিংদুনা শৈনিবগে অবংবনি॥ অশিবকৌনা লাইদো মতম নংনবদদি সোনশিংন ফংউদনা ওইরোইদকে" অসি হাইনা তেংথা তেংথাউনা সীতাদেবীনা মনিংতম্ন মথক্রাই থাঙাদবা মীওইগী মপোকপু হন্না হন্না নিদা হৌরে।

নিচং নাইদ্রবী হিংচাবীশিংদুনা সাকাবু চৈচং লাওহংপদু উবা অহল ওইনবা ত্রিজটা কৌবী হিংচাবীনা হিংচাবীশিং তুম্না সাংলগদবা শ্রীরামচন্দ্রগী য়াইফগদবা মং অমা নোংঙাল্লমদাইদা মংবদু তমদুনা হিংচাবীশিং অদু চৈ থাংনদগী থামখি। মশা লোংতুনা শিংশপা উপালদা তোংলিবা হনুমান্‌না হিংচাবনিংথৌ রাবণগী অমসুং হিংচাবীশিংগী অমদি ত্রিজটাগী বংঙাংশিং অদু মুগ্না তাখিনম্মি। সতী সীতাগী সতীধর্ম্মদগী খোংফম অমা ফাওবা লেংদবদু উবদা নোংত্রংদুনা মীকুপ থন অসুম্না হনুমান্ রাখল তৌখি—অরাবনা থমোই শোক্রবী সীতাগিবু তপথহল্লগদনা ঐনা

হল্লবদি মহাকসি কনা ঙাকপিনিঙাই লৈতবী ওইদুনা মথৱাই ফাও থাব তাই, অদুগীসু মথক্তা সীতা মাগা ৱা.লাল অমত্তা ঙাংনরমদনা হনগ্লবদি ঐগী ইবুঙেঙা প্রভূরামচন্দ্রনা ঐঙোন্দা "নবেম্মা সীতানা করি ৱা হাইরকই" অসুম্না হংলম্লবদা ঐনা ইবুঙেঙা মাদা করি হাইন খুমগনি? ফরে ঐ তাপ হনবা য়াদ্রি৹ অদুদি হিংচাবীশিং অসিগী মমাংদা মত্তৌ করম্না সীতাদা ৱা হাইসিগে? অসিনচিংবা তরেৎ তরা থোকপা ৱাখন্দা ৱানবা হনুমান্না সীতাদেবীবু তাননবা রামচরিত অসুম্না ঙাংবা হৌখরে— "রাবণনা হুগ্রবী ইমা জানকীবু থিরকপদা ঐ সমুদ্র চোংলকই, ঐগী ইবুঙেঙা শ্রীপ্রভুরামচন্দ্রনা তাকপিরকপা খুদমশিংনা ত্তিল্লবী দেবী হৌজিক ঐ উবা ফংজরে" অসি হাইনা ঙাংলম্লগা হনুমান্ ঙাংবা লেপখরে। সীতাদেবী ৱাঙাংড়ু তাবদা নোংত্রংদুনা মাই লোংখৎতুনা শিংশপাদু য়েংখৎখি। য়েংখংলিবী সীতাদেবীনা শিংশপা উপালগী মশা অমদা মশা লোৎশন্না লৈরিবা অপাম্বা ৱা ঙাংলক্রিবা য়োংলক্তগী অথোইবা হনুমান্দুন্ উগরে। হনুমান্দুবু উরকাওদসু ৱাজরবী সীতাদেবী হনুমান্দা থাজবা পোকখিদরে৹ হিংচাবীগী মায়ানি হাইনদুম সীতাদে। চঙক্লখরে, তরেং তরা থোক্লা খনখরে—ঐনা উরিবসি মংনি, মংদা য়োং উবদি ফংতবগী খুদম্লি অসি হাইনা হেক খন্নবদগী সীতাদেবী থমোই নিক নিক লাওখরে, "শ্রীরাম লক্ষ্মণগী মঙ্গল ওইসনু" হাইনা মথমোইদা চেংনা খনখরে। ৱাখল অমনা অসুম্না খনখরে—নংতে, ঐনা উরিবসি মং ওইফম থোক্তে, করিনা ঐদি হৌজিক তুমদনা, অহিং তুংথিল থাইদনা ঐগী ইবুঙেঙাতবু ইপুক্লিংনা খন্দুনত লৈরিবী ঐনি, ঐদি ইবুঙেঙা মাতবু উরি, মাগী মখোঙ্গেলতা মতারি, অসিনচিংবা ৱাখল মখল মখল খন্দুনা সীতাদেবী লাইয়ামদা হাইজখরে—"দেবা-দেবী অপুম্বা। ঙসি য়োং অসিনা হাইরিবা অসিমক কাইদনা ওইহনবিয়ুকো"

নোল্লুকপগী ফীজোল শেংইল্লিবা হনুমান্ উ অতুদগী কুমথরকখবে. মকোক্তা মখুং লোম্লতুনা থম্লগা সীতাদেবীদা পাওদমখবে— ইবেম্মা ! ননাই ঐ শ্রীরামচন্দ্রগী পাও পুতুনা লাকচবা পাওগাান, শ্রীরাম-লক্ষ্মণ মঙ্গল ওইনি, শ্রীরাম-লক্ষ্মণনা ইবেম্মগী মঙ্গল হাইনবই' হায়নাচংবা রাহৈগী অমৃত ধাবানা সীতাগী নাকোং অনিদা নোং ওইনা চুথখবে। হনুমান্গী বা তাবদা অরাবা বোঙ্গাই কোক্লবী সীতাদেবীনা চতি চামদগী হেঙ্গংনা পুক্সিববা মীত্রদা হুংঙাইবনা নোংমা নংএ নোংমকি হেমক থুংৈঙ' মসিগুম্বা চংনব থাঙাংসি হাইতুনা মশাগী অরান লাংখোকপা অতু হনুমান্দা হাইখিবম্ম। অমুকম্ম মকোক তনা লোংবা বানগী মায়া অতু খল্লুবগা মথমোই থাজদবা পোক্তুনা মশাগী মনাইক হৈ খল্লম্বতু সীতাদেবীদা মাংখিনম্মি—মতমতুদা অতম খল্লিবী সাগা নাবু থাজনবগীদমক হনুমান্তুনা মবুঙেঙানা পিবকপা খুদো। মতু পুন্নাকনবে, "ইবেম্মা ! শ্রীরামচন্দ্রনা ইবেম্মগী থাজনবগীদমক পিনাবিরকপা শ্রীরামগী মীংথৈ হংলবা খুদোপ আসি অমুক্তা মীংখেং তারিয়' হায়সি হাইতুনা সীতাদেবীতুবু উহনখবে। সীতাদেবী মহুঙেঙাগী খুংকা লৈতে, খুদোপ অতু পাক লৌথবে, হম্মা হম্মা য়েংলগা মীংপু ঈডা ঈংলৈ তুনা প্রেমধারা শিন্থখবে, মবুঙেঙানা নফমতুদা লেংলক্লে য়াংকুম খুলুগন ঙাৈৈ লৈতনা পুক্নোই খরদি সীতাদেবী শারা-অনা পোতুন হুংঙাইতখবে। "মশাগী মপাঙ্গল খংদ্রিনা ইচম চম্বা অমবু ঐগী উপুঙেঙা শ্রীরামচন্দ্রনা ঐগী নাক্তা খুদোপ পিত্রনা পাক থারক্লোই' হায়সি হাইনা খল্লুতনা হনুমান্দা চেংনা থাজবতনা সীতানা হংখি—রামনা মঙ্গল ওইনবদি কবিগীদি রাবণী ঐবু থিবি-হনবিরক্লিবনো ? লাই ফাওবম্ম লাকশনবা ওম্বগী পাঙ্গল লৈববা শ্রীরাম লক্ষ্মণ অনিনা অসিয়োনা রাবণা ঐবু ঙসি ফাওবা থিবি-হনবিবক্লিবসি অঙকপনি। ঐগী অরাবগী অবোইবা

উমথৈ অমুক্ত লৈরবোই হাইবসি ঐনা চেৎনা খাজরে, ঐগী ইবুঙঙো শ্রীরামচন্দ্রনা ঐবু অরাবসিদগী লাপ্লোকহনবিরকখিদরনে ? অদুম্না হংলিবী সীতাদা হনুমান্না খুমখরে—ইবেম্মা ! শ্রীরামচন্দ্রদি ইবেম্মগা অসিদা লৈ হাইবসি খংদ্রে, ঐগী ইবা হেক তাবগা শ্রীরামনা অচৌবা তেঙ্গোল শেমদুনা মফমসিদা থিন্দনা লাক্কনি" অসি হাইদুনা হনুমান্না সীতাবু থাজহনখি। ইবেম্মা ! ননাইনা তাজবা খংজবা চিথদনা প্রভূরামচন্দ্রদা হঙ্গচগনি" অদুগা ঐনা হনখিবদা ইবেম্মগা উন্নরক্লে হাইবা খংনবগী খুদম অমত্তং ননাই ঐঙোন্দা পিনবিয়ু অসি হাইনা হনুমান্না মবেম্মা সীতাদা হাইজখরে। হনুমান্গী যরা তাবদা সীতাদেবী মক্তুবা মকোক্কী চূড়ামণি হক্তোক্তুনা মাস নবুঙেঙোদা পিয়ুকো হাইনা হনুমান্দা চূড়ামণি পিখরে। সীতানা পিবা চূড়ামণি হনুমান্না ফীগাও শানা লৌখরে। হনবগী বিদায় ফংলদুনা হনুমান্না সীতাবু য়েংলোইননা কোইরগা যাত্রা তৌথোক্লক্লে। মতমদুদা হনুমান্না ঐগী তৌগদবা ইথৌ চিথরি হাইনা খল্লকখিরম্মি। রাবণদা শ্রীরামগী তৌঙম্ব পাঙ্গল উৎলমদনা হল্লবদি ঐগী তৌফম থোকপা থবক তৌবক্তবগী ইরান অমা লংশনবা তাই, অদুনা রাবণগী অশাওনা মৈরী হেঙ্গৎনবা স্বর্গগী নন্দনকাননগা পাংখক্লবা মীংকী কুমৈ ওইনফম্ মীপুমগী পুক্রিং পোথাফম্—বন অসি শিংগুম শানা নোইহৎতুনা তুম্না মাংহল্লম্লগে— অসি হাইনা হনুমান্ মপুক্রিংদা চপয়ুংনা লেপখরে। নিংলিবদুগী মতুংইন্না অশোক বন নোইহৎপা হৌগংখরে। পাঙ্গলদা অকিবা ফংলবা হনুমান্গী উপাল রাপাল ফুক-ফুক্তুনা নোইহৎলকপা থৌওং অদু উবদা হিংচাবী অপুম্বা থমোই নিক নিক লাওরদুনা রাবণদা পাও তম্মুখরে। পাও হেক তাবদা রাবণ নিংথৌ অশাওবা-খাম্বী হৌখরে, কল্ল-কল্লবা জম্বু মালিনা লুচিংবা হিংচাবশিং হনুমানবু হাৎলু হাইদুনা থাখরে। পবননন্দন হনুমান্না থারক্লিবা

হিংচাবা অপুম্বা খাক্তনা তুম্না হাংখরে। ঙসৈখ লৈতনা কল্লবা অক্ষয় কুমার কৌবা রাবণগী মচাতু লানফমচুদা হাংতোক্লে।

অক্ষয়কুমার শিরে তাবদা মকোক তবাংলোংবা রাবণ অশাওবনা মমশনম্লতুনা ইন্দ্রজিৎ কৌবা মচাঙ্গু হনুমানগী লাম্বাগীদমক লানফমদা থাখরে। ইন্দ্রজিৎ লানফমদা লাক্তুনা হনুমাননা তেল লিশিং লিশিং কাপখরে। তেল অপুম্বা মহু চমখরে। কাপখিবা তেলাশিং মহৈ য়াস্ত্রবদা ইন্দ্রজিৎ হনুমানবু ফারগে নিংতুনা মগুণ মাংদ্রবা ব্রহ্মাস্ত্র খুংলাই শৎতুনা কাপখরে। ব্রহ্মাস্ত্রগী মগুন হনুমান মশা লেংব-ওংপা করিগুম্বা অমত্তা ওগদতুনা লৈমাইখক্তা হাইখখরে। রাবণনা য়েংনিংঙি হাইতুনা থৌরানা পুন্দুনা হিংচাবশিংনা রাবণ নাক্তা পুখরে। হনুমানবু উরগা চিংনবনা নখযোই য়ৈহংঙ্গবা শাওখিবনা নীং কোরি কাবনা হিংচাবা নিংথৌ রাবণনা প্রহস্ত কৌবা মন্ত্রি অথোইবদা অসুম্না য়াথং পিখরে—ইপু। য়োং অসিদা অমুক্তা হংনিঙ্গু করিগীনো ঐগী কোন্নুংদা লাক্লবা? কনাগী বন অসি থুগাইরগা অমসুং হিংচাবশিং হাৎলগা নংগী করি ওইজবা লৈবগে? য়াথং অসি কাইদনা প্রহস্তনা হংলবদা হনুমাননা প্রহস্তবু করিগুম্বা অমত্তা নাচুংদনা রাবণদা ওনশল্লক্তুনা হাইখিরম্মি—শ্রীরামচন্দ্রগা মরূপ শামতুনা নিংথৌ থুবন ফংলবা সুগ্রীবগী পাও পুতুনা ঐ দূত ওইনা লাকপনি, ঐ মুংশিং নিংথৌগী মচানি, ইমিং হনুমান কৌই, জনস্থানদগী চুখিবী সীতাগী মরমগীদমক্তা য়ুথক চাম পাক্লবা সমুদ্রসি চোংতুনা মহারাজ উনিংতুনা ঐ লাকপনি। সীতা থিরকপদা ঐ মফমসিদা মহারাজগী কোন্নুংদা সীতা উবা ফংলে। মহারাজদি ধর্ম্ম শংবা নিংথৌনি, মহারাজগুম্বনা মীগী মতালোইবু ফাতুনা থম্বা মতিক চাদে। মহারাজগুম্বা বুদ্ধি লৌশিং চংখোনবশিংনা ধর্ম্মসু থোক্তবা মরু ফংনসু মাংনিংঙাই ওইবা থবক্তা খক চংনদে। ঐগী রাফম অসি

হৌজিক্তা অমসুং ভুং-মাংগী ফগদবা বাফম্নি খনবিয়ু। সীতাদেবী খুদক অসিমক্তদা মীবক্তগী অপোইবা শ্রীরামচন্দ্রদা পিথোকপিয়ু। জনস্থানগী হিংচাবশিং হাৎখিবা, অদুগা বালি হাৎখিবা, সুগ্রীবগা মরুপ শান্নবা অসি পুম্নসি খঙবিরুনা মহারাজগী অফবা লম্বী শেম্বিহৌ। শ্রীরামচন্দ্রগা যেংথিনক্তবদি শংশংবা স্বরাবেণ ফাওবসু লুংঙাইবা ফংলরোইদবনি। তাইবংপানগী মপু ওইরবা ক্ষত্রি অপোইবা শ্রীরামগী কাদা য়েক্নবা থম্নবদি মহারাজগী পুন্সি লুংশাং ফংঙমদবা ওইরগনি। মতৌ অসুম্না হনুমানা ভাংথোক্লকপা, তোঙ্গদবা অফবা ওইরবসু পাম্নিংঙাই ওইদবা রাগোং পাসি তারবদা রাবণ নিংথৌ অশওবা লাইগী খুৎনদা লৈখরে, হনুমানবু হাৎতোক্কো হাইনা য়াথং থাখরে। মপুক ফজরবা রাবণগী যাথং অদু দূত হাৎপ রাফম ওইবনা ধর্ম চেল্লবা মনাও বিভীষণনা য়াবিরে, মানা মায়াহদা হঙখরে—মহারাজ। দূত হাইবসিদি অফবসু তোয়াবসু ফত্তবসু লৌবসু হাৎতোকফদে হাইনা অথং-অহৈশিংনা হাইরৈ। অসুম্না বিভীষণনা লাংচেনা অফ-ফত্তশক খংঙমদ্রবা ময়াম্বসু অযেম্বা রাংহৈশিংনা হাংজত্তুনা দূত হাৎকদবদগী খামখিবনি। রাবণ নিংথৌ খাঞ্জত্তু যাদি য়ানিংলগা কবিগুম্বা মওং অমদা হনুমানবু দণ্ড পিনিংঙি। হনুমাননা খ্বাইদগী লুংশিবসি মমৈনি, মমৈতনা থবক অপুম্বা পাংথোকই পাসি খন্দুনা রাবণ নিংথৌ হনুমানগী মমৈ মৈ থাও হাইনা হিংচাবাশিংদা য়াথং পিখরে। রাবণগী য়াথং ফংবদা মথৌনা ফরবা হিংচাবশিং চোংথোক্লক্লুনা হনুমানগী মমৈ ফৈনা চেংনা য়েংখরে, থাও ইচোৎ চোৎনা চাইখরে, মতুপুম্বা লোইবগা মৈ চুখরে।

অঙকপনি হনুমান্ হাৎননবা থৌরাংদুগী মহৈ মীকুপ খরগী মনুংদা মশক অমা ওইনা ওনখরে—মমৈদা হৌগৎলক্লিবা মৈ অদুবু হনুমান্না পেলহন্নগে নিংদুনা পুল্লিবা থৌরি অদু থবৎ থদৎতুনা থুনা থুনা য়ুম

অনদগী মুম অমা তানা ফন ফন চোংখরে, লঙ্কা কোম্লুং মৈগী মশক ওইহনখরে। হিংচাবা অপুম্বা মথৱাই হিংনবা কপ-লাওতুনা মাইকৈ খংদনা কোইনা চেনখরে। সীতাগী মরমগীদমক্তা লঙ্কা মৈ থারকপা হনুমান—কনা ঙাকপিনিংঙাই লৈতবী সীতাবু করম তৌরমদগে থনখরে। হেক থল্লকপদা মপুক্তা মৈচাক ফংলতুনা শিংশপা উপাল তানা চোংখরে। মফমতুদা মশাগী তেজনা করিসু তৌরমদনা লৈরম্বী সীতা মাবু উবদা হনুমান নোংক্রংখরে। মথৌ পাংথোকপা লোইরবা হনুমান্দা শ্রীরামগী নাক্তা হল্লগে নিংখরে, সতী সীতাবু খুরুম্লম্লগা মবুঙেঙাগী শ্রীচরণ দর্শন তৌনিংবনা মরাং হৌরবা হনুমান "অরিষ্ট" চিংগী চিংদোল তানা কাখৎ-খরে। খোংফম চেৎনা নেৎলগা রামা রাম। হাইনা শ্রীরামনামামৃত শোন্দুনা সমুদ্রগী অৱাং মাইকৈ তম্না হনুমান চোংখরে। হনুমান্না থবক পাংথোরক্তুনা হল্লকপা ঙাইতুনা লৈহৌবা ময়াম উম্লখরে। যুবরাজ নাক তানা ময়ামগা চংমিন্নতুনা সীতা উম্নরকপগী ৱারি ঙপ্ত্রক্না তমখরে। হনুমান্‌গী ৱা তাবদা নুংঙাইখিতুনা ময়াম্ জগোই শাতুনা হরাওবা ফোংদোকখরে। মমৈৎদা জাম্ববান্না কুপথনা হংলকপদা হনুমান্না তৌরম্বা থৌদোক অপুম্বা চিখ্বদনা তম্লগা যুবরাজবু মাং থাহন্দুনা প্রভুরামচন্দ্রগী নাক তানা চোংখরে। হনুমান্না অমৃতগা পাংখক্রবা সীতা উম্নরকপগী ৱাফম প্রভুরামচন্দ্রদা হঙ্ংখরে। মতু তাবদা রাম-লক্ষ্মণ ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইখরে। সীতাদেবী মশাদা মরান মরিক অমা ফাওবা লৈহৌদে হাইনা মশাগী অভিমত ফোংদোক্লগা মবেম্মনা পিরকপা কোক্কী চুড়ামণি শ্রীবামদা কৎখরে, শ্রীরামচন্দ্র চান্নবীগী নকোকথক্তা ঙাম্থোইরম্বা চূড়ামণিতু লৌরগা থমোইদা চেৎনা কোম্দুনা সীতা ফংলে হাইগুম্না খনখরে। হনুমান্দা হংখরে—হনুমান। নবেম্মনা ঐঙোন্দা মপুক্লিং করম্না থমহৌই ? মানা ঐঙোন্দা করি হাইরকই ? অসিনচিংবা

রাক্ষস অসি পেংনা পেংনা হংলিবা মবুঙেগী শ্রীরামচন্দ্রদা হনুমান্না উরক্পা, তারক্পা তৌরম্বা মচা থাইনা শন্দোক্লা হঙ্গংলগা "খা অমসী তুংদদি ঐ হিংগনি নিংদ্রে" অহুম্বা হকচাংনা য়াংদা নপহৌরবী ইবেম্মনা ঐরঙোন্দা হাইরক্ই হাইবা রাক্ষস্ অসি হঙ্গংতুনা খংহল্লগা সমুদ্র লান্না থোরাং তৌবিরো হাইনা হনুমান্না হঙ্গংখরে।

## সুন্দর কাণ্ড লোইরে।

---

# যুদ্ধ-কাণ্ড

চানবী সীতাগী পরিচয় খংবদা পুক্নিং নুংঙাইরকুনা হনুমান্বু শ্রীরামচন্দ্রনা হন্না হন্না থাগৎখরে। পৃথিবীদা অতোপ্পা কনা অমনা পুক্নিংনা ফাও খন্দুনা থোকঙমদ্রবা লূববা থবক অসি হনুমান্না ঙসি ইরাই লাইনা পাংথোক্লক্রে। সমুদ্রবু লানবা ঙমগদববদি গরুড় অমা, নুংশিৎ অমা অনিসিতনি, হৌজিক্ত হনুমানসু সমুদ্র লান্ব মশক অমা ওইবসিদা ঐ হাইনিঙাই লৈতনা নুংঙাইরে। অসিগুম্বা তৌঙমদবা ঐগী অপাম্বা তৌরক্লিবা অসিগী লমন ঐনা করিনা শিংগদগে অসি হাইনা হাইতুনা শ্রীরামচন্দ্র নুংঙাইখিবনা পেনখিবনা খোং তোন-থুংনা তুজুংলবা হকচাংনা হনুমান্বু চেংনা আলিঙ্গন তৌখরে। অসিগী মতুংদা শ্রীরামচন্দ্র য়োং তেঙ্গোল লোইনকুনা লঙ্কাতম্না যাত্রা তৌনিংখরে, অদুবু য়োংয়ামসিনা করমতৌনা সমুদ্রগী খা মপান য়োংগদগে হাইবসিগী রাখন্দা মীকুপ খর চঙক্লখরে। শ্রীরামচন্দ্রগী মওংদু উবদা সুগ্রীবনা শ্রীরামচন্দ্রদা হঙ্গংখরে— তপথবদা সমুদ্র ওইরবা ইবুঙেগানা থৌনা থোক্লদবা মতমসিদা করিগীদমক মীচমগুম্না ঙকপিরিবনো? বাবিরিবনো? অসি হংইনা হাইদুনা

সুগ্রীবনা শ্রীরামবু তপথহনখি। সুগ্রীবগী রা তাবদা শ্রীরামচন্দ্র তপথবতুনা অফবা পুংফম ক্ষেণথমদা য়োং তেঙ্গোলগা লোইনতুনা লঙ্কাতমা যাত্রা তৌখরে। যাত্রাগী খোংফম অতুদা মঙ্গল ওইতুনা হনুকপগী অফবা খুদম উবদা পুক্নিং হুংঙাইনা চৎলকপতুনা মহেন্দ্র চিং য়োৎখরে। য়োং তেঙ্গোল সমুদ্র লানবগী উপায় মখল মখল খন্দুনা সমুদ্র খোংবালদা হুংঙাইনা পোথাখরে।

মাইকৈ অমরোমদা অসুম্না তৌতুনা লৈখরে। মাইকৈ অমরোমদনা লঙ্কা লৈপাক্তা হনুমান্না তৌরম্বা অকি ফংলবা থবক মওংতু উবগা রাবণ নিংথৌ অরান্নুংশি য়াম্নতুনা হিংচাবশিংবু কৌতুনা মাইথোং তবা লুকক্কুনা হাইখবে—লাই ফাওবনসু কবি তৌবা ঙমদ্রবা। লঙ্কা লৈপাক অসিদা য়োং কক্কাওতুনা করম্না চংঙকখিবনো? মসি নখোই খংবরা? অদুত নৎতনা হিংচাবা কয়াসু মানা হাৎখরে, অসিগী মতুংদা ঐখোইনা করি করি তৌগদবা? করম তৌবগা ঐখোইগী মঙ্গল ওইগদগে? "রা মুম্না চেকশিন্না তান্নরগা থবক্কী মঙ্গল ওই" অসুম্না অথং-অহৈ-শিংনা হাইনৈ। অতুনা হৌজিক রা মুম্না তান্নবা মতম ওইবে, তুংদা তৌগদবা থবক ঐ খংবা পাম্লে। অসি হাইনা হাইরিবা রাবণ-নিংথৌগী বাসি তাবদা প্রহস্ত-তুম্মুখনা লুচিংবা মন্ত্রি অকন-অথৌ হিংচাবা অপুম্বনা রাবণদা অসুম্না হঙংখরে—মহারাজ। হৌজিক তৌগদবা হাইববু রাম-লক্ষ্মণ সুগ্রীববু হাৎপা তারে. অসি হাইনা হঙংলগা লানগীদমক শেম্ণাখরে। মতৌ অসুম্না লানগীদমক খুৎসু খুৎলাইনচিংবা পাইতুনা শেম শারবা প্রহস্তনচিংবশিং অদু ধর্ম্মচেনবশিংগী লুচিংবা বিভীষণনা খামতুনা হাইরকখি—ময়াই কাদ্রবা অশাওববু জয় তৌঙম্নবা লাকঙমদ্রবা রামদা ঐখোইগী থৌরাং অমসুং পাঙ্গল অরেম্বা তাগনি, য়েক্নবগী পাঙ্গল চাং খংদনা তহা তহানা মখোইবু নখোইনা খওইথোক্নবা তৌগম্ন,

লাওওমদ্রবা সমুদ্রবু অরাই তরাইনা চোংদুনা লাল্লক্লিবা হনুমান্না খোংচৎ কনানা খংবা ঙম্লবগে? জনস্থান্দগী রামগী চান্নবী সীতাবু হুরক্পসি ইন্নাম্বা নিংথৌমক রামদা লংজবনি। রাম মানা মথন্নাই কনবগীদমক খরদুষণনচিংবা হাংখিবত্ত ঐখোইগী মনুংদা কনানা খংবা ঙম্লিবগে? অধর্মগী লম্বীদা চংদুনা হুরক্কবী সীতা অসি হন্দুনা পিথোক্ক্রবতদা মফমপুম্বদা মতম খুদিংদা ঐখোইগী মঙ্গল ওইগনি, নক্সবদি হিংচাবা শাগৈ তুম্না মাংগনি। য়াম্মুং মহারাজ! ননাইবু থৌজানবিয়ু সীতা দেবীসি য়াম্মুংমক্রা পিবিনিংদ্রবসু ননাওগী বাদগী পিবনি হাইবিয়ু, থৌজান্-বিগনি, সীতা শ্রীরামচন্দ্রদা পিথোকপিবা ফগনি। অসিনচিংবা বাহৈ কয়ানা মখুংলোম্নদুনা বিভীষন্না ময়াম্বদা হাইজখিরম্মি।

রাবণ নিংথৌ বিভীষণগী বা মতুংইন্না হিংচাবী ময়ামত্ত হনখিবগী বিদায় পিখিরম্মী। অদুবু রাবণ মাগী মপুক্লিং লাকশন্‌বা ঙমদবা লাই-নাত্তুদি মথমোইদগী থোকখিবা খক নৈখিদে। নোংঙাল্লগা অয়ুকঙম্ভাদা অমুক্তা হন্না ময়াম্ববু থেমজিন্নিংদুনা বিভীষণ ময়াম্বগী সনা সঙ্গাই তানা চংখিরম্মি, বিভীষণ ময়াম্ববু খুরুমখি, নিংথৌ মাংদা নৈবা সনাগী তাংবন থক্তা ময়াম য়াথং ফংদুনা ফম্লগা অথেম্বা বাহৈ কয়ানা ময়াম্ববু থৌজাল-হন্দুনা মফম মতমগা চান্ন-চুনরবা বাহৈ কয়া হঙ্গংখরে—য়াম্মুং। লঙ্কা নৈপাক অসিদা সীতা হেক খোংদারকপা অদুদগী হৌনা ফংতবা খুদম কয়া থোক্লকপা উরে, মদুগী কোক্লবা প্রায়শ্চিত্তি সীতাবু পিথোকপতনা ওইগনি। ঐগী ইবা অসি তাবদা অঙম অথৌ মম্রি অপুম্বসু মপুক্লিং হম্বাংনরে হাইবসি ননাই ঐ মুন্না খংলে, ননাইনা উজ খংজবা খরদং হঙ্গৎকম থোকই হাইদুনা প্রেমগী মথক্তা হঙ্গৎচবনি, ঐনা হঙ্গচ্চরিবা বাফম অসি অপাম্বনা ঙমহৎখিদুনা খাদোকপিগে হাইরবসু থাদোকপিয়ু,

অতুগা ননাইদা মবানদি শিখিগনু। বিভীষণগী তুং মাং অমম্ং হৌভিক্তী ফগদবা রাঙাংশিং অতু তাবদা পুক্রিং লাইনা পোক্রবা রাবণ নিথৌনা বিভীষণদা হাইখরে—বিভীষণ। ঐ কনাগীম্ম কিদে, কবিনোংদা বামনা সীতা অমুক ফংলবোইদবনি, অসি হাইনা হাইনগা বিভীষণদা চৎপগী বিদায় পিখরে। দোলাই তোংডনা গভাংতানা রাবণ খোংশান্‌খরে। মন্ত্রিশিংগী ময়াইদা রাবণ নিংথৌ স্ববাবেণগুম্মা ঙানখোইখরে। প্রহস্তদা লৈপাক ঙাক্রবা য়াথং থাখরে। সভাদা রাবণনা লাওথোক্লক্লে— মন্ত্রিশিংগা রা তাম্নতুনা তৌগদবা থবক ঐনা হোংনবসিদা থা তকক তুম্বা ইনাও কুম্ভকর্ণদংদি ঐনা তৌগে নিংলিবা বিষয় অসি হংদ্রি, হৌভক মাবু তুম্বদগী হৌদোক্তুনা অখোবশিংগী লুচিংবা মাগম্ম রা তংম্নবা ঐ পাম্মি। ঐ অসি অপাম্ব লাইনা পকখিবনা হৌজিক ঐ কনি অ-ডা ঙমদ্রে, অতুনা মরম পুম্বসি সদস্য মন্ত্রিশিংদা ঐনা চ জবি—মতুদি সীতা পিথোক্তবা অতুগা রাম-লক্ষ্মণ হাংপা মবম অনিসিদা তাম্নতুনা লোন থোকপতু সদস্য পুম্বনা তাকপিরু, কামনা খুডম চনম্রবা ময়াম্বগী রত তাবদা কুম্ভকর্ণ থগোই খাম্বী হৌতুনা মযাম্বদা হঙ্গৎখরে—মহারাজনা সীতা নমথেক্তুনা হুবমদাইদা রাখল মুম্মা খম্থবিতুনা মতম খর ডাই-বিতুনা ঐখোইদা কবিগুম্বা অমত্তং হংবিথিনমদে, মাইকৈ শুনা গেংশন্দুনা খনগদবতু খন্দতুনা থবক অতু মহারাজনা তৌবিম্রে। ফলে, অসিগী তুংদদি পুক্রিং তয়াং তশোইবা থাদোক্তুনা তৌম্রবা থবক অতু মরা চেৎনবা তৌবা তারে। লালফমদা মৈ মুংশিংপু ওইববমু স্ববাবেণবু কোবৌহনববু ওইববস্থ চোংথোক্লিংবা অমা চোংগোক্লকগনু। ঐ ইথস্তনা ময়াম অসিমক লানবা পাবদা কবি থোইদোক্তে। কিফম নত্তনদা কিকতুনা কাম্নদে। হাম্নগুম্মা মহাবাজ সনাপুক্রিং লৈতানা পুক্রিং লাইখুং পক্তনা তৌবিগদবা থবক তৌবিতুনা নুংঙাইনা শাম্নবিয়ু। লালফমদা রাম-লক্ষ্মণ

হাংপগীদমক ননাই কুম্ভকর্ণ খোরাং তৌজবে। বিভীষণন রাবণগী রাজ-সভাদা অমুক্তা হন্না চংলক্তুনা "য়াম্মুং। সীতা পিথোকপিবা ফগানি" অস্নুম্না রাবণদা হন্না হাইরম্মি, বিভীষণগী রাজ্য কাবদা রাবণ নিংথৌ অশাওবনা লুতোন কাখিদুনা অয়াকপা রাহৈনা বিভীষণবু চৈহংখরে—মশাগী কান্নবত য়েংলবা শাগৈনাতৈতুনা অতং-অথং লৈতনা আক-অখং পোকপনি, অশোবা খুংস্নু খুংলাইদি মহুক্তমদননি বিভীষণ। অতোপ্পা অমনা নংগী রাজা অসি গুপ্তসি ঐঙোংদা হাইরম্মবদি খুদক অতুমক্তদা মী অদো য়াইবী যাংলমগদবনি। অচুম্বা ভাংবা বিভীষণ অযাকপা রাহৈদু তাবদা খমোই খাম্বী হৌখরে, খোম্বী অতু খাংঙমদতুনা খুদক অতুমক্তা সভাদগী খোকখবে। ঐ লৈত্রবদি য়াম্মুং মঙ্গল ওইরবনি, হুংঙাই মপুং ফাবনি অসি হাইনা হাইরম্নগা পুং অনিগী মতুংদা শ্রীরামচন্দ্রগী মনাক য়োৎখরে। মনাই মশনগা লোইননা তহা তহা অতিযাদগী তানকপা নখুংতা গদা পাইরিবা বিভীষণ মাবু উবদা সুগ্রীবনচিংবা য়োংয়াম্না লান্দারকপনি খনখবে। বুদ্ধি লৌশিং চংবোল্লবা বিভীষণনা থাগ্নিদৈদগী খোজেল রাংনা লাওবকখি—লমচং নাইদ্রবা হিংচাবনিংখৌ রাবণগী মনাও বিভীষণ হাইবদু ঐনি, জনস্থানদগী নমথেক্তুনা হুবকপী সীতা দেবী হন্না পিথোকপিরু হাইক্লবদগী ইরা লৌদতুনা রাবণনা তাম্বোক্লক্তুনা ইতু-ইচাপুন্বা থাদোক্লমতুনা শ্রীরামচন্দ্রদা ঐ চংজবক্লিবনি। ঐনা হাই-জরিবা রাফম অসি জীবপুম্বগী চংনফম পুকচেল চাওরবা শ্রীরামচন্দ্রদা থিন্দনা ময়াম্না হঙ্গংপিয়ু।

য়েক্লবা কাংলুপ্তুগী লাকপা হিংচাবা বিভীষণবু লৌশিনবগী মরমদা য়োংয়াম পুকচেল খোইজেল তিম্নদতুনা মহৈ মহৈ হাইনখি—চংজনক-পবু চানবিহৈরবা শ্রীরামদা চংজতুনা মতিক মগুণ লৈরবা সুগ্রীব ফাওবসু বিভীষণবু লৌশিনবদা য়ানিংদবা ফোংদোকখি। সীতা দেবীগী মরাদগী গুম্

বিভীষণ মাগী মরাদগীস্থ মাগী মপুক্লি'ভু হনুমান্না মুন্না খংলদুনা বিভী-ষণবু লৌশনফম্ খোকই হাইনা খনখিরগ্নি। হনুমান্না মপুক্লিং বাফম্ ফোংদোক্লকপদা শ্রীবামচন্দ্র নোক্লুনা হাইবকখি—"মরূপ ওইগনি হাই-দুনা চংজবকপদি মবাল লৈবক্তাওদস্থ কবিগুম্বদ, ঐনা থাদোক্লবোই-দবনি, জীব অপুম্বম্ব কিহন্দবা হাইবসি বাম ঐগী অখোইবা ত্রতনি, বাবণ ফাওবস্থ লাক্লুনা ভাকপিয়ু হাইজববদি মত্ ঐনা থাদোকওইদবনি" অসি হাইনা হাইবমুগা শ্রীবামচন্দ্র "বাবণগী মনাওচ ইনাক্ত পুশল্লকউ" হাইনা স্থগ্রীবনচিবদা য়াখং থাদোকখবে। শ্রীবামগী য়াখং ফংবদা স্থগ্রীবনচিংবা য়োংযাম বিভীষণবু শ্রীবামচন্দ্রনাক্তা পুশনখবে। বিভীষণনা শ্রীবামগী চরন্দা তুদুনা হঙ্গংবি——"মরূপ মপাং ইচাক-ইবল ইবৈবাক লঙ্কা ফাওবা থাদোকচবমদুনা শ্রীচবণদা চংজবক্লবা ননাংগী পুক্নি অবা স্থ ভাই শ্রীচবণগী মখা পোনজববনি" অসি হাইনা হঙ্গংলিবা বিভীষণবু শ্রীবামচন্দ্রনা পাম্বোম অান তিংখোক্লক্লুনা চেংনা অালিঙ্গন তৌখবে। বিভীষণগী মচিন্দগী বাবণগী পাঙ্গল চাং লৈতে তাবদা শ্রীবাম বাশক-খবে—"রাবণনা হিংলিবা মখৈদি ঐ অযোধ্যাদা অমুক চংলবোইদবনি" অসি হাইনা বাশক্লগা লক্ষ্মণগা লোইননা সমুদ্দগী ঈশিং শোক্লংলুবগা খুদক অভসক্লদা বিভীষণবু লঙ্কাগী নিংথৌ অভিষেক তৌখবে। অসিগী মতুংদা শ্রীবামচন্দ্র সমুদ্র লাল্লগে নিংলদুনা বিশ্বকর্ম্মাগী মচা নলদা সমুদ্র লাল্লনা থৌবাং তৌ হাইনা থৌদাখরে। শ্রীবামগী য়াখং ফংবদা বিশ্বকর্ম্মাগী মচা নলনা যুথক তবা পাকপা যুথক চাম শাংবা থোং অমা শেম্লকপা উবদা গন্ধর্ব্ব-কিন্নরনচিংবা লাই অপুম্বা ওমথৈ লৈতনা ভক্লখবে। থোং লোইরবদা লালগী ব্যুহ শেমদুনা য়োংতেঙ্গোলগা লোইননা স্থগ্রীব বিভী-ষণ লক্ষ্মণ অহমসিনা থৌগন্দুনা শ্রীরামচন্দ্রনা মাংখাদুনা লঙ্কাতম্না যাত্রা তৌখরে।

সমুদ্র ইথক্তা পাংখক্লবা য়োংতেঙ্গোল সমুদ্র লাল্লকক্তুনা 'সুবেলা" কৌবা চিংগী চিংখোং য়ৌখরে। য়োংগী তেঙ্গোল লান্দারক্লে তাবদা রাবণ নিংথৌ তেঙ্গোলতুগী পাঙ্গল চাং খংনিংঙ্গনা শুক-সারণনচিংবা পাওমী থাখিরম্মি। য়োংতেঙ্গোলতুগী পাঙ্গল ঙমখৈ লৈতনা কল্লি হাইবসি পাওমীদগী খংবদা থমোইদা থুক্লাওবা পোক্তুনা রাবণনা সীতাবু মায়ানা ঙকহল্লগে নিংখরে। "বিদ্যুজ্জিহ্বা" কৌবা খুংলাইনা রামগী মকোক কক্তুনা পোবক্লে" হাইবা প্লাওসি শন্দোকহল্লগা রাবণনা সীতাগী মাংদা রামগীগুম্বা মকোকপু অসুং লিরুংতু তাহনখরে। সীতাদেবী কোক লিরুং অনিত্র উবা খুদক্তু মক্তদা ককথংলবা লফু পাম্বীগুম্না পৃথিবীথক্তা হাইথখরে। রাবণগী মায়ানা চঙক্লবী সীতাগী নাক্তা চংলক্তুনা হ্রাঙাং থোং-নৌরবী সরমা কৌবী হিংচাবীনা সীতাদেবীবু তপথহনখিরম্মি — জনক নিংথৌ মচানুপী: হিংচাবগী মায়াদা ঙকপিগনু. ইবেম্মগী অহ্রাবা ঙমখৈ থেংখরে. হৌজিক মঙ্গলগী য়াওল লাক্লে। শ্রীরামচন্দ্র অত্ত লক্ষ্মণ অমদি য়োংতেঙ্গোলগা লোইননা সুবেলা চিংখোং য়ৌরকহৌবা ঐ ইমিংনা শং-শং উরক্লবনি। রাবণসু মথমোই থগৎনা মন্ত্রিশিংগা রা তাম্নক্লে। ঐগী রাসি থাজবিদ্রবসু পৃথিবী নিক-নিক লাওহল্লবা পুং-শেলগী মখোল অসি তাবিয়ু" অসুম্না সরমানা হাইরিঙৈ মক্তদা মোইবুং মখোল য়াওরবা য়োংতেঙ্গোল লাকপগী পুং-শেল মনিল তাখরে। মতম অত্তুদা রাবণগী মমা পোকপা মবুথৌ মাল্যবান্না রাবণদা অসুম্না পাওতাক পিখরে—রাবণ। মপাঙ্গল লৈবা রামগা লান্থেংনবা ঐ পামদে, অতুনা সীতা পিথোক্তুনা সন্ধি তৌ, মাল্যবান্গী রা তাবদা অশাওবা মৈবুল থোক্লবা মতম্না তিক্রি হৎচল্লক্লবা রাবণ নিংথৌ মশাগী মপাঙ্গল মশানা থাগৎতুনা অথিবা রাহৈনা মাল্যবান্সু চৈহৎখরে। রাবণনা হাইখি—ইশাসি মতুপ অনি থোকল্লবসু থোক্কনি, "ইন্দ্রদি ঐ

অমুক লুক্করোইদবনি" অসি হাইনা হাইরম্লগা রাবণস্থ য়োংতেঙ্গোলনা লঙ্কা মায়োক্লনা চংশল্লকপস্থ উবদা লঙ্কা সহর ঙাক্লবগীদমক নোংপোক থোংদা অচৌবা তেঙ্গোলগা কোল্লনা প্রহস্তবু শিখবে। নোংচুপ থোংদা ইন্দ্রজিৎপু, খা থোংদা মহাপার্শ্ব মহোদর অনিবু শিরম্লগা রাবণ মশানা অবাং থোংদা লৈখরে। হিংচাবশিংগী লাম্বন শেম্লে খংহুনা শ্রীরামচন্দ্রস্থু লাম্বনস্থুগা মতিক চাননা লম্বেল শেমখরে নোংপোক্তা নালবু, খাদা বালীগী মচাবু নোংচুপ্তা হনুমান্‌বু লাল থেংননবা শিরম্লগা শ্রীরামচন্দ্র মশামক মনাও লক্ষ্মণগা লোইননা রাবণগা লাল থেংননবা শেমশাখরে।

লালগী থৌরাং লোইরবদা শ্রীরামচন্দ্র রাবণদা অকবা পাওতাক অমুক্তং পিনিংহুনা য়োং অখোইবা অঙ্গদবু রাবণ নাক্তা পাওগী ভইনা শিখরে। অঙ্গদনা হাইরখি—"সীতা থুরুম্লহুনা ক লদ্রবদি নংগী কনা থাকহৌদনা ঐনা নংবু হাংলগদবনি" অসি হাইনা নানাদ্রা তাকপি-রকই। পাও অসি তাবদা রাবণনা হাইবকখি—"পাওগী নহাক এাস বালীগী মচা নংলমদ্রবদি নখবাইগা লোইননা হল্লমলোইদবনিদে।" রাবণগী বাসি তাবদা অঙ্গদ যুবরাজ হল্লগে থৌরাংলকপদা মাইথিনিংহুনা মনাক্তা চংলকপা হিংচাবশিংবু তুমিং কাং হোইদোককুম্লা কোং কোংহুনা লংথোক্লনলগা অতিয়া লম্বীদা লাক্লুনা শ্রীরামচন্দ্র নাক্তা পুংশখরে। শ্রীরামচন্দ্রদা লাল হৌগংপিবা য়ারগনি হাইনা অঙ্গদনা হঙ্গংখরে।

মেম মচু মাল্লবা য়োং ময়াম্লা মথুং মথুংতা সু উ পাই পাই-রহুনা নোংশাগুম্লা ঙং ঙংলহুনা লঙ্কা লৈপাক অতোপ্পা মনাগী চেকপন অমা চন্‌থংলকপগুম্লা শিনবা থুংনা কোইশনখরে। হিংচাবশি সু মথুত্তা থাং-টানচিংবা পাইহুনা য়োংশিংগী মাইয়োকতম্লা চংশল্লকখবে। সমুদ্র অনি থেংজম্লবগুম্লা য়োং হিংচাব তেঙ্গোল অনিস্থুগী তমথিরবা লাল হৌগংনখরে।

শামুশিংগী "ফে' হাইনা খোংলকপা, শগোলশিংগী 'হে' হাইনা খোংলকপা, দোলাই কাংখোংশিংগী গে গে খোংলকপা খোংগী-লান্মী-শিংগী থেক্রুকপা মখোলশিংদুনা লঙ্কাকোগুং ইনিন নিনবগী মশক ওইখরে। মাইকৈপুম্বদা ঈপেংগী তুরেল মশিং লাকঙম্দনা চেন্থখরে। ককথৎলো, থুদেক্লো, হাৎতোক্লো, থিঙ্গাইরো, য়েখাইরো, ঙাইখো, লৈরমখো, কদাইদা চেল্লি, অসিনচিংবগী মখোল্লা মাইকৈপুম্বা পুম্নিন্ নিন্খরে। কোয়রোহন্বা লাই ভাফম লোইবী খোংনেংনখরে, মতু ফাওবদা মহৈ মহৈ য়েক্লবা য়োং-হিংচাবশিং লালফম্দগী মমাই ওন্নখিদরে। অকি ফংলবা তুজুংলবা অহিং লালফম্দা বালীমচা অঙ্গদনা মাইথি পিরবা ইন্দ্রজিৎ লালফম্দগী মাংথোকখিদুনা রাম-লক্ষ্মণ অনিবু লিনগী থৌরাংনা পুন্থরে ; তেন চাম চাগনা থাদুনা ঈহিং-নাহিং শাদুনা লৈমাইথক্তা হাইথখরে। রাম-লক্ষ্মণ অনিগী মগুং অতু উবদা য়োং-তেঙ্গোল শুমথৈ লৈতনা কানখরে। ইন্দ্রজিৎনা রাম-লক্ষ্মণ হাংগে হাইনা নিঙ্থোক্লম্লগা মপাগী নাক্তা চংখরে। মচাগী বা তাবদা রাবণনিংথৌ মচাবু মতম্বাক্তা পম্লগা মচাগী পাঙ্গল থাগৎপুন-খৎখরে। হিংচাবা অপুম্বা লানঙম ফীরাল থেংতুনা লাও-লাওদুনা মাইকৈ পুম্বদা কোইনা চংখরে। পুষ্পক দোলাইদা সীতা হাপ্তুনা লানফম-তানা পুরকখরে। তেলগী শয্যাথক্তা য়াহিপ্লম্বা রাম-লক্ষ্মণ অনিমবু সীতাবু মমিংথিংনা য়েংহন্খরে। মগুং অতু উবদা সীতাদেবী চঙক্রখরে। ত্রিজটানা রাম-লক্ষ্মণ অনিগী শিবগী মগুং ফাওদ্রবা মাইথোং অতু উবদা সীতা-য়েংদুনা হাইরকখি—ইবেম্মা! রাম-লক্ষ্মণ রাম্বদুনতা তাবনি, য়াইখৌদি করি অমত্তা থাদ্রি, অসি হাইনা হাইদুনা সীতাদেবীবু তপথহনখরে। য়োং ময়াম্মা লরাইদা ঈশিং য়ৈবা, হুমাই হুম্বা অসিনচিংবা সেগানা মরম ওইদুনা শ্রীরামচন্দ্র জ্ঞান লাকখরে, জ্ঞান লাকপা মতমদা তপথবা গুণ চেল্লবা শ্রীরামচন্দ্র লক্ষ্মণগী ফীবমতু উবদা হাইনিংঙাই লৈতনা কাখরে।

মতম অসিমক্তদা বিনতাগী মচা গরুড মশাগী শউম্না চিং ফাওবা নিক নিক লাওহন্দুনা রাম-লক্ষ্মণগী মাংদা ফোং ফাওবকখরে। মাবু হেক উবদা থোরাগী মশক ওইরম্বা লিল অপুম্বা নুমিৎ থোরকপদা অমম্বনা চেনখিবগুম্না চেম্নখরে। গরুডনা হেক শোকপদা রাম-লক্ষ্মণ অনিগী য়েখাই-খিঙ্গাইরম্বা অপুম্বা মমিফাও তাদনা মাংখিত্তুনা হান্নদগী হেঙ্গৎনা পাঙ্গল কনখৎখরে। মতমতুদা য়োংতেঙ্গোলগী অমুক হন্না খেক-লাওরকপা মথোল তাবদা রাখন্দা পুক্নিং লুপ্তুনা রাবণ লানফমদা "ধুম্রাক্ষ"না লুচিংবা অকন-অথৌ লান্মীশিং মথং মথং থাখরে।

লানফমদা চংলকপা ধুম্রাক্ষ অকম্পন-হিংচাবা অনি হনুমান্না লোইশনখরে। বজ্রদংষ্ট্র হিংচাব অঙ্গদনা য়াইবী লৌখবে। প্রহস্তবু নীলনা হুংদা খাত্তনা হাংখরে। অকন অথৌ কপ্পাশিংনা লানফমদা মথরাই খাখিবসিদা অশাওবা-মৈরী হেঙ্গংলবা মকোক তরা পানবা রাবণ মশামক লানফমদা চোংথোকখরে। রাবণনা হনুমান্বু সেনা-পতি নীলবু তেনগী অকনবা শাফু পীরম্লগা লক্ষ্মণদা ওনশক্তুনা মথবাক্তা ব্রহ্মানা পিবা টা হুনখবে। টানা লেংলবা লক্ষ্মণবু হনুমান্না থাংত্তুনা শ্রীরামগী নাক্তা পুবকখবে। মনাগুগী অরাবা উবদা শ্রীরামচন্দ্র থমোই থাম্বী হোত্তনা রাবণ মাইকৈ তনশনখবে: মশিং লাক্উমবা অথোবা তেনগী খুৎকাপনা রাবণগী মখুৎতা পাইবা লিরুং ককখবে। শগোল হাৎলে, সারথি হাৎলে, মকোক্কী লুহুপ ফাও ককখৎলগা মথরাইত খাক্তুনা থাদোকপিখরে। নোংশানা মাইখিবা পিরবা শামুগুম্না মাইথি পিরবা নাপন য়েথেক্লবা রাবণ অমুক্তা মাইথিরক্তবদগী মাইথিরক-পতুদা মপুক্নিং শোক্তা বাখিত্তুনা তুংখুন হুল্লিবা কুম্ভকর্ণ হোদোক্লবগীদমক মনাইশিং শিখরে। য়াকাইরক্লবা কুম্ভকর্ণ ময়াম্বগী মাইথিবা তাবদা ময়াম্বা মনিং থুংহনগে নিংত্তুনা ময়াম্বগী মাংদা রাম-লক্ষ্মণ হাৎকনি

রাশক্রম্নগা থিন্দনা লানকম তানা খোংশানখরে। চেকপল লালথোক্ত্না লাক্লিবা লোইবীচিংগা পাংখক্লবা মাইকৈ ঙাকপা লাইশিংমক্রম্ হাংঙমদ্রবা কুম্ভকর্ণবু উবদা য়োং তেঙ্গোল চেনগদবগী থৌরাংখরে। বালী মচা অঙ্গদনা করিগী চেনগনি খাম্লকপদা য়োং তেঙ্গোল মপুক্লিং তপথরদুনা শিবদা মাইয়োক য়াদুনা কুম্ভকর্ণগা তমথিনা লালথেংনখরে। কুম্ভকর্ণ অঙ্গদদা টা লংলম্নগা সুগ্রীব মাইয়োক্তা চংশনখরে। সুগ্রীবনা চিংদুম-চিংদুম ফুক ফুক্ত্না কুম্ভকর্ণদা থাখরে। কুম্ভকর্ণ অশাওবা পন্দোল লোমদুনা য়োংয়ামবু চাগদবগী থৌরাংখরে। কুম্ভকর্ণনা য়োং চাম-চাম ফা-ফাদুনা চাখংলকপদা য়োং তেঙ্গোল কাইদুনা চেনহ্রে, শ্রীরামদা পোইবু কনবিয়ু হাইহ্রে। লক্ষ্মণ হন্না য়েংলমদনা রামগী মাইয়োক্তা তমশল্লকপা কুম্ভকর্ণগী মথবাক্তা শ্রীরামচন্দ্রনা তেন মশিং লাকঙমদনা থাখরে। মখুংতা পাইবা খুংলাই ককহ্নবদা উজাও ফুক্ত্না চোংশল্লকপা কুম্ভকর্ণবু শ্রীরামনা মকোক কক্ত্না অরোইবা য়াহিপ্তা য়াতাহনখরে। অকন অখোলক্তগী অথোইবা মনাওনা অরোইবা য়াহীপ তানহ্নবদা রাবণ অৱাব-মৈচাক্তা চঙক্লখরে। য়েৎকী পাম্বোম তেকহ্রে হাইনা খনখরে। "নরান্তক"না চিংবা রাবণগী মচাশিং ঙমখৈ লৈতনা ৱাখরে।

রাবণগী মচা নরান্তক, দেবান্তক, ত্রিশিরা, অতিকায়নচিংবশিং অদুগা লোম্নবী মচা মহোদর, মহাপার্শ্ব মখোইশিং লালফমদা কুম্ভকর্ণগী তুংইনখরে। চাওর চাওরবা হিংচাবা তেঙ্গোল মাগী শাগৈ নাতৈশিং তুম্না মাংহ্নবদা রাবণনিংথৌ অৱাবসমুদ্রদা লুপখরে। মপানিংথৌগী মওং উবদা মচাঅহল ইন্দ্রজিৎ মপাবু তপথহল্লম্নগা লাল চংবগীদমক্তা শেম শাখরে। ইন্দ্রজিৎ দোলাইথক্তা কাখরে, লিরি খোংজী হাপখরে। লিরি শিৎ-শিৎতুনা লালফমদা ইন্দ্রজীৎনা চংলকপা ফূইনা হৌরকপা

নোংগুমখ্রবে। তেন খুবাম খুবাম শংখ্রে, অফুইবা নোংজুগুমহন্খ্রে। য়োং তেঙ্গোল মশিং লাক্উমদনা শিখ্রে। হনুমান্ অঙ্গদনচিংবা লুচিং লুচিংবা যোংশিংদা তেন মশিং লাকউমদনা থারম্লগা ইন্দ্রজীৎ রাম-লক্ষ্মণ তম্না দোলাই য়াংনা থৌজনখ্রবে, রাম-লক্ষ্মণনা মথক্তা ফুমিৎ মঙালগুম্লবা তেনবু নোং ওইনা চুথহন্খ্রে। মতমসিদা শ্রীরামচন্দ্রনা মনাওদা লাওরকল্লে— লক্ষ্মণ। হৌজিক্ ইন্দ্রজীৎ ব্রহ্মানা পিখিবা বর মী উহন্দবা অমু শিজিন্নখ্রবে, মীকুপ খরদি মাগী তেনগী নোংদা ঐখোই অনি খাংবা তাই, মাস হাইনা মনাওদা হাইনিঙৈমক্তদা শ্রীরামচন্দ্র ইন্দ্রজীৎনা কাপ্লকপা ব্রহ্মাস্ত্রনা লক্ষ্মণগা লোইননা পাম্নুনা লৈমাইথক্তা হাইথখ্রে। মতমসিদা তেম্না লেংদ্রনা লৈমাইথক্তা ভুম্রবা জাম্ববান্না হনুমান্ হিংলিব্রা? হাইনা হংলকখ্রবে। রাম-লক্ষ্মণবু কাপ্লম্লগা হনুমানবু হংলক্লিবা জাম্ববান্ মাগী মপুক্লিং কনা খংনা উমখিদবে। হনুমানতু জাম্ববান্ নাক্তা থুনা য়াংনা চংশল্লকখ্রবে. ঐ কবি তৌজো হাইবনো হাইনা খুৎলাম তোইনা হংখ্রবে। হনুমান্গী মখোল তাবদা জাম্ববাননা হাইখ্রবে- হনুমান্। হৌজিক নপাঙ্গল শিজিন্নবগী মতম্ ওইবে, সিদগী চিং নিংখৌ হিমালয় তানা চৎলগা ঋষভ-কৈলাস চিং অনিদুগী চিংদোল অনিগী মরক্তা ঔষধিচিং (হিদাক হৌবা চিং) লৈবনি, মদুদগী "মৃতসঞ্জীবনী" (অশিবা হিঙংহনবা) "বিশল্যকরণী" (থাংখুন তেনখুন মাংহনবা) সুবর্ণকরণী (কুচু ফজহনবা) সন্ধানকরণী (তেক বাইগ্রবদু শমজন্নহনবা) হাইরিবা হিদাক মখল মরি অসি হৌজিকমক নংনা পুবক্করবনি" অসি হাইনা হনুমানদা থৌদাখ্রবে। জাম্ববান্গী ৱা হেক লোইরগা ফুংশিং নিংথৌগী মচা হনুমান্ যুথক লিশিং অমগী লম চোংখ্রবে। হিদাক হৌবা চিং য়ৌখ্রবে। তাক্লকপা হিদাক হনুমান্ কোইথি-থিখ্রবে। থিরিবা হিদাক অমত্তা ফংলক্তবা মতমদা ঐনা হিদাক ফংনবা থিরিঙৈদা মতম

হৌশিবা তারে, থিবগী মচুংতা চিং ফুক্তুনা পুবনা ফবা তারে অসি হাইনা খন্দুনা হনুমান্ শ্রীরামচন্দ্রগী নানামৃত জয় রাম রাম শোন্দুনা হিদাক চৌবা চিং ফুকখরে। চিং কোকথোং নাহুনা অতিয়া লম্বীদা লানফম্‌তাম্না পাইরকখরে। লানফম্ য়াইদা চিং থাখরে। চিং অতুদা চৌরিবা হিদাকশিংঙগী মনম্না অতেক-অকাই অশি-অনা অপুম্বা লোইনা চৈনা কোক্তুনা তুম্মুবদগী হৌগংলকপগুম্না হৌগৎলকখরে। মতুংদা হনুমান্‌না চিং অতু অমুক হন্না হিমালয় তানা থম্মুখরে। হল্লকপদা মীৎ তরাং তরাং পাংছনা মী য়েং ফুংঙাইরবা রাম-লক্ষ্মণ অানবু থোগনখরে.

শ্রীরামচন্দ্র হন্না লিকুং পাইখরে, কেন্দোং য়ানখরে, লিরি-থোঙ্গী হাপখরে, লিরি শিংখরে। শিবদগী লেমহৌবা হিংচাবশিং লালগীদমক শেমশাখরে কুম্ভকর্ণগী মচা কুম্ভ-নিকুম্ভ অনি, খরগী মচা মকরাক্ষ মখোইশিং লানমদা মসিংতমক ঙাইহৌখরে। মতমতুদা রাবণ ইন্দ্র-জিৎতা রাম-লক্ষ্মণ হাংনুরো য়াথং পিখরে, মপাগী য়াথং ফংবদা ইন্দ্রজিৎ অমুক হন্না লানফম্‌তানা খোংশানখরে। ইন্দ্রজিৎ মায়ানা সীতা শাহুনা য়োংয়ামগী মমাংদা পুনক্রগা থৌরবা থাংশাংনা সীতা মগুক কক্লখরে। এং !! সীতা মগুকককখরে হাইহুনা য়োংয়াম বাহুনা লৈননিঙৈদা রাম লক্ষ্মণ অনিম্নু বারিঙৈনা ইন্দ্রজিৎ নিকুম্ভিলা তানা চংখরে, মশা হাংপা ঙাদনবা যজ্ঞ হৌগংখরে। সীতা মগুক ককশিবত্ন ইন্দ্রজিৎকী মায়ানি হাইনা বিভীষণনা রাম-লক্ষ্মণদা হঙ্গৎখরে। বিভীষণগী বা তাবদা শ্রীরাম-চন্দ্র বারম্বা কোকখরে. মায়াবীগী লুচিংবা ইন্দ্রজিৎ হাংনবগীদমক বিভীষণগা য়াওনা তৈন্সোল কোম্মনা লক্ষ্মণবু থাখরে। যজ্ঞশং তানা লাক্লগা লক্ষ্মণনা যজ্ঞ পূর্ণাহুতি পিদ্রিবা ইন্দ্রজিৎকী মনাক্তা চংশল্লক্তুনা মাবু লান-শিংনহুনা ” কোথোকখরে। ইন্দ্রজিৎনা খুনখরে—“রাম লক্ষ্মণ নখোই অনিদি ঐঙোন্দগী নাইথিম্ববনি” অসি হাইনা হাইরম্লগা ইন্দ্রজিৎ

যোং তেঙ্গোলবু মীপাইহনগে খোবাংখবে। লক্ষ্মণনা হাইখবে—"নংনা নশা লৌংলগা লাম্বেংনবগী চুবানবতনা তৌনবা লিচংনি, অকনবা মীশকচদি তৌনদে" অসি হাইদুনা ইন্দ্রজিৎপু শাওগৎহনখরে ইন্দ্রজিৎ সিকং শাপ পাইখৎদুনা লক্ষ্মণথক্তা মশিং লাকত্তমদবা তেন্না নোং ওইনা চুশিনখবে। লক্ষ্মণসু পাঙ্গল থেক্না ইন্দ্রজিৎকা লল খোংনখৎ। লক্ষ্মণ ইন্দ্রজিৎ অনিগী লাল্লোং অকি ফংবা ওইখ্রে। লক্ষ্মণনা ঐন্দ্র শুংলাই কাগ্তুনা ইন্দ্রজিৎকী মকোক কেলহনখবে। মীপুম্বা কিনরবা ইন্দ্রজিৎ তুবিবদা মুনি-ঋষি অপম্বা গন্ধর্ব্ব-কিন্নরনচিংবা লাইশিং হবা ওখিদুনা লক্ষ্মণবু থাগৎদুনা লৈগী নোং চুথখবে। অশ পুম্বগী মযোল চোংনফম পাঙ্গলগী সমুদ্র ওইরবা মচা ইন্দ্রজিৎ নোক্তাখিবদা রাবণগী অরাব-ঈথক ঙমথৈ থেংখবে।

অরাব খাংঙম্লক্লদুনা রাবণনিংথৌ খুৎতা থাংশাং পাইদুনা সীতা হাৎকে হাইদুনা সীতা তম্না চেনশনখবে। মাবু খোংলিবা সুপার্শ্ব কৌবা মন্ত্রিনা মহারাজ। কুপী হাৎপা পাপনি, পাপবী থবক পাইখৎপিগনু" অসি হাইদুনা রাবণবু থামখরে। রাবণ রাজসভা তানা চংল্লগা শিবদগী লেমহৌবা হিংচাবশিং লালফম তানা থাখবে। লালফমদা চংলকইবা হিংচাবশিংদুদা শ্রীরামচন্দ্র মনমোহ কৌবা খুংলাই (ঙমহৎপা খুংলাই) কাপখবে, হিংচাবশিং চঙক্লখিদুনা নাক-য়েংতা লৈবম্বা অপুম্বা রামগী রাম ঙাক্লা ওইদুনা জগৎ অসি রামগী মশক ওইনা উখিদুনা মথুৎ-মথুৎতা পাইবিবা তাবাক তাশোম্নচিংবা খুংলাইনা মহৈ মহৈ য়াম্ন-থিম্নদুনা য়াইবৌ থরাই থানখবে। লানফম্দা মথরাই থাল্লবা হিংচাব-শিংদুগী মতালোই হিংচাবীশিংনা মখল মখল তেংথা-নাওইখরে, মতু তাবদা রাবণনিথৌং মৈদা থী তৈজিনবগুম্না থোনা হেঙ্গংলকখরে। রাবণনা মপুক্লা লেপ্পক্লে—তাইবংপানসি ঙসি রাবণ লৈতবা অমা নক্লগা

রাম লৈতবা অমা, অনিসিগী মরক্তা অমদি থোক্লগদবনি। অসি হাইনা লেপ্লুনা লানফম তানা লালগী যাত্রা তৌখরে। রাবণগী খুৎলাই নো'ওইনা চুপখরে, য়োং তেঙ্গোল মাইকৈ খংদনা কাইনখরে। রাম লক্ষ্মণগা অকনবা লাল খেংনখরে; "রাম রাবণগী লানফম্ রাম-রাবণগী লানফমগুম্মখবে", অসি হাইনা লানফমতুবু বর্ণনা তৌনখরে। অসি য়ৌনা কল্পবা লানফমদা রাবণনা দোলাই তোংবা, রামনা লৈমাইদা লৈবা অস্তুম্না রাম-রাবণ অনিগী ফৌবম মান্নদবা অসি উবদা অনিগী ফৌবম মান্ননবগীদমক স্বরারেণনা মাতলি থারক্লুনা শ্রীরামচন্দ্রদা দোলাই কৎলখরে। লালগী পোথানবা মতমদা রাখলদা লুপল্লবা শ্রীরামগী মওং উবদা অগস্ত্যমুনিনা শ্রীরামচন্দ্রদা "আদিত্যহৃদয়" কৌবা স্তোত্র থিবগী পাওতাক পিনখরে। রামনা হেক হেক ককথৎলবা রাবণগী মকোক অরা হল্লা হল্লা হেক হেক চোংলকপতু উবদা শ্রীরামচন্দ্র ঙনখৈ লৈতনা শুংব্রংখরে।

মুনি-ঋষিশিংগী, গন্ধর্ব্বনচিংবা লাইশিংগী জয় মঙ্গল ফোংদোকপা স্বস্তিবাচনশিংনা মতিক মগুণ হেনগৎলক্লুনা শ্রীরামচন্দ্র অগস্ত্যমুনিনা পিবা ব্রহ্মাস্ত্র অতু লিরুংদা তেঙ্গা থোংখরে, মরোল অহুমগী তিল্খাং ওইরিবা পাপকী মবমচৎনা মপুক্কি তেশল্লবা লঙ্কানিংথৌ রাবণ তম্না ব্রহ্মাস্ত্র কাপখরে। বজ্রনা থারবা চিংদোনগুম্না ব্রহ্মাস্ত্রনা পাল্লবা রাবণ মকোক কক্লুনা দোলাইথক্তগী পৃথিবীথক্তা হাইথখরে।

লঙ্কানিংথৌ হেক তুখিবদা অতিয়া দুন্দুভি পুংখোল্লা ইনিল নিনখরে। হৈনম-লৈনম চেন্দুনা হুংশিংনা মাইকৈ শিল্লা শিংখরে। মুনি ঋষি অপুম্বা ফজে ফজে হাইদুনা শ্রীরামচন্দ্রবু থাগৎ পুনখৎখরে। সুগ্রীবনা লুচিংবা য়োংয়াম অপুম্বা মথৌ পাংথোক্লে খনখরে। শ্রীরামচন্দ্র পুক্নিং লৈতানা তগুপ-তরেংখরে। মচিন-মনাও ওইনবশিংগী থাব-

য়াদ্রবা প্রেমনা বিভীষণগী হিক্রা হিক্রা কপ্পক্পা উবদা শ্রীরামচন্দ্রনা "মতম খোংচৎ কনানা থিঙঙনদবনি" হাইনা বিভীষণবু মপুক্কিংশিয়াকাইহনখরে। রামগী য়াথং মতুংইন্না লোঙ্গাঙ্খ্রবা ময়াম্বগী ওতৌজন গোকপা মখোপুম্বা পাংখোকখরে। শ্রীরামচন্দ্র লালগী ফুরিং হক্তোকখরে, লিরী খোঙ্গৌদগী লোখোকখরে, স্বরারেণগী শাখোবা মাতলিদা স্বর্গদা হনাখবগী বিদায় হরাওনা পিখরে। মনাও লক্ষ্মণ কৌশনখরে, 'ঐবু তাংশিহৈরবা ঐনম্মু শুংশিজরবা বিভীষণবু লঙ্কাগী নিংথৌ অভিষেক তৌনহু ইয়াম্বা য়েংনিংলে" অসি হাইনা মনাওদা য়াথং থাখলে। ময়াম্বা য়াথং ফংবদা লক্ষ্মণ মপুক্কিং হরাওনা সনাগী চফু পাইহুনা সমুদ্রদগী ঈশিং শোককৎলুক্লে। য়েক্নবা তিম্থাং লৈত্রবা লঙ্কা লৈবাক্তা শাস্ত্র বিধান মতুংইন্না বিভীষণবু নিংথৌ অভিষেক তৌখরে। চংজনকপবু ভাকপিহৈবা শ্রীরামচন্দ্রগী থৌজালনা নিংথৌ শুবম ফংলবা বিভীষণবু লৈবাক প্রজা অপুম্বনা মথুং মখুত্তা অথেনপোৎ পাই পাইহুনা লাক্নগা থাগৎপুনখৎলখরে। শ্রীরামচন্দ্রগী য়াথংদগী হনুমান্ সীতাগী নাক্তা চংখরে, লালঙম ফীরাল খেংপগী পাও মবেম্মা সীতাদা হঙ্গংখরে। হনুমান্গী পাও তাবদা সীতাদেবীনা হরাওখিবনা—"হনুমান্! ঙসি নঙ্গেঙান্দা করম্ব মনা পীবনা নংগী অপেনবা ওইগদগে?" অসি হায়না হংখরে। মবেম্মা সীতাগী ৱাহং তাবদা "ইবেম্মনা তাকপিরিবা য়াথং অত্তমক্তনা ননাইগী অপেনবা মনানি" অসি হাইনা হনুমান্না মবেম্মা সীতাদা হঙ্গৎখরে। বিভীষণ মশামক্তা দোলাই লেংঙাও পুহুনা মহারাণী অমগী হৌনবী অপুম্বা কাইদনা সীতাদেবীবু শ্রীরামচন্দ্র নাক্তা পুরকখরে। সীতাদেবী মরুঙেঙাগী মতম কুইনা দর্শন ফংখিদ্রবা মাইথোংহুবু চিংনা চিংনা য়েংজক্নরগা প্রেম ধারা শিন্থহুনা মাইথোং লুক্কনা লৈখরে। সীতাবু লৌশনগদবদা মীনা করি থিনা হাইনগদগে থম্মুনা শ্রীরামচন্দ্রনা

সীতাবু খংলৌ লৌশনুখিদরে। মীনা থিনা হাইনগদবা কোক্লনবগীদমক সীতাদেবীবু মৈ ইকখরে। মৈ কৌবা লাইনা কোন্দুনা পুখৎলক্লবী মণ্ডপ হেক্লৎলক্লবী মৈ মশামক্তা সাক্ষী ওইহুনা সতী লিচত্তগী মরিক অমা কাইদ্রবীনি হাইনা হাইদুনা সীতাদেবীবু শ্রীরামচন্দ্রগী চরন্দা কৎ-লখরে। মৈদা ইক্তুনা লৈপাক প্রজাবু চিংনহন্ত্রবী মতালোই সীতা দেবীবু শ্রীরামচন্দ্রনা থমোই ঈড়া চেন্না লৌশিনখরে।

রাবণ হাৎপত্তুদা স্বরারেণ কৌবা লাইনিংথৌনা পেল্লত্তুনা লানফমদ শিখিবা য়োং অপুম্বত্ত মৃতসঞ্জীবণীগী মতেংনা লোইনা হিঙ্গৎহনখরে। মখোই মখোইনা লৈরু-লৈরুবা মফম খুদিংদা মহৈ-মরোং চংখোনবা ওইগনু হাইবা বরমু পিখরে। বিভীষণনা মতম খর লঙ্কাদা সেবা তৌজখিগে হাইজবদা শ্রীরামচন্দ্র মনাও ভরতপু উম্মনিংঙক্তুনা চৎপগীদমক পুক্লিং ইরাং লাংখরে। মপু ইঙ্গিং খংলবা বিভীষণনা পুরকপা দোলাই কয়াদা য়োংয়াম তোংহল্লগা শ্রীরামচন্দ্র, সুগ্রীব, বিভীষণ অমসুং য়োং অখোইবশিংগা লোইননা সীতা লক্ষ্মণ য়াওনা "পুষ্পক" দোলাইদা কা-খরে। অযোধ্যা মাইকৈ পাংলকপদা অতিয়া লম্বীদা শ্রীরামচন্দ্রনা সীতাদা —লানফম, সমুদ্র, সেতুবন্ধ, মহেন্দ্রপর্ব্বত, ঋষ্যমুক, পঞ্চবটী, গোদাবরী, চিত্রকুট অসিপুম্বা অত্তুগা আশ্রমগী মফম কয়া খুদোনবী থিন-থিন্দুনা তাক্লা তাক্লা লাকপত্তুনা ভরদ্বাজ মুনিগী আশ্রম য়ৌখরে। জ্ঞানগী মশক ওইবা মীৎয়েংনা থৌদোকপুম্বা খংঙম্বা ভরদ্বাজ মুনিগী নাক্তা চংশনখরে, মুনি মাবু খুরুম্নগা ভরতকী মঙ্গল ওইরিব্রা? ইমাসীজ অপুম্বা কুংঙাইনা হিংলিব্রা? অসি হাইনা শ্রীরামচন্দ্রনা য়াম্না খৌরাংনা ভরদ্বাজ মুনিদা হংখরে। শ্রীরামগী বাহং তাবদা ভরদ্বাজনা খুমখরে —"রাম! ননাও ভরততি মকোক্তা জটা পুত্তুনা মখুাংদা উকু শেৎ-তুনা নংগী খুরুম্মু মমাংদা থমত্তুনা নমাসীজ অপুম্বগা লোইননা নং

লাকপা ঙাইদুনা নৈরিব" অসি হাইনা খুম্নগা ভরদ্বাজমুনিনা তাইবংপানগী য়েক্লববু মরূ ফংনা ফুক্তোক্লিবা রাশক কাইদবা শ্রীরামচন্দ্রবু থাগৎখরে। ঙসি নুমিৎতি ঐগী অতিথি পুজা লৌখো, হয়েং অযোধ্যা চৎলু হাইনা ভরদ্বাজমুনিনা খাম্নবদা শ্রীরামচন্দ্র মুনিগী য়াথং হিক্তোকপা ঙমখিদরে। মতম ফাইদুনা নৈবগী অরাবা পোক্লুনা শ্রীরামচন্দ্রনা পুক্লিংদগী হেন্না য়াংলবা হনুমান্‌বু ভরতকী মফমদা থাখরে। লম্বীদা নিষাদ নিংথৌ গুহ উন্নদুনা "ঐগী মঙ্গল তম্মু" হাইনা হনুমান্‌দা হাইখি। সীতা লক্ষ্মণগা কোম্না শ্রীরামচন্দ্র লেংলক্লে হাইবা পাও অসি হনুমান্‌না তমখরে, মতু তাবদা ভরত নুংঙাইবনা লুতোল কাখিদুনা ইপং পংথব-গুমখরে। অনৌবা তাইবংপাল অমা ওইরকপগুম খল্লুবদগী হরাও-খিবনা প্রেমধারা নোংগুম্না শিম্বখরে, হরাওজরবা মনাও শত্রুঘ্নদা সহরসি নৈতেংঙ্ক হাইনা য়াথং পিরম্লগা মন্ত্রিমণ্ডল অমসুং মনাই-মশনগা লোইননা মমাসীজ পুম্বা য়াওনা ময়াম্বা ওকপা চৎখরে। থাপ্তক্লা খুরুম্লিবা, নুংঙাইমনখিবনা রা ঙাংবা ঙমজদ্রবা ভরত অদু উবদা শ্রীরাম-চন্দ্র পুষ্পক দোলাইদগী কুমথদুনা চেৎনা মনাওবু কোনখরে। মতম কুইনা কাইনরুবদগী হন্না উন্নররবা ওকপা লাক্লিবা মন্ত্রীনাচিংবা ময়াম-দুগী মহৈ-মহৈ খুরুম্বা য়াবনা খুরুম্নদুনা কোম্নবা য়াবনা কোম্নদুনা মঙ্গলগী রাহং পাওখুম্নচিংবা মাগা মাগা মতিকচানবা থবক অপুম্বা পাংথোক্লখরে। শ্রীরামচন্দ্রগী গুণনা মগুণ চেন্নবা সুগ্রীবনচিংবা মরুপ-মপাংশিংবু ভরতনা তরাম্নে তরাম তৌখরে। ভরতকী আশ্রম য়োঁরবদা শ্রীরামচন্দ্রনা য়াথং পিদুনা "পুষ্পক" দোলাই বিভীষণগী নাক্তা চৎখরে। ভরতনা শ্রীরামচন্দ্রগী চরণদা খুরুমদু খুরুমদুনা কৎলগা 'ঙসিদি ঐ পোকপগী মহৈ য়াঙরে" অসি হাইদুনা শ্রীরামচন্দ্রবু হন্না হন্না খুরুম-খরে। মনাওশিংগা লোইননা তগুপ তরেংলবা শ্রীরামচন্দ্র দোলাই

তোংড়না য়োংয়াম্না ভুংইন থোগন তৌড়না হরাও মথোই কারবা কোম্মুং মীয়াম্না লৈশিং লৈথোন্দুনা ফীরাল রাংনা চিংখংলবা অযোধ্যা কোম্মুংদা লেংশনখরে। নিংথৌ অভিষেককী মতিক চারবা মণিগী আসন্দা শ্রীরামচন্দ্র ফানথোইখরে।

বসিষ্ঠ, জাবালি, কাশ্যপ, কাত্যায়ণ, গৌতম, বামদেব, বিজয় অসিনচিংবা মতিক মগুণ চেল্লবা মুনি ঋষিশিংনা সনাগী চফুনা শোক্কং-লুরবা তীর্থশিংগী ঈশিংনা শ্রীরামচন্দ্রবু রাজ অভিষেক তৌখরে। নিংথৌ অভিষেক তৌরবা শ্রীরামচন্দ্রনা সুগ্রীবদা, অঙ্গদদা বিভীষণদা মমল য়াম্না য়াম্লবা সনা লুপা মণি মুক্তানচিংবা মনা-মথুম পিখরে। পীরিবা মনাশিং অড়না অপেনবা পোক্তুড়না শ্রীরামচন্দ্রনা ফক্তা থোম্লিবা মণি পরেং হুক্তোক্তুনা মসি কনাদা পিনিংবগে হাইড়না সীতাগী খুত্তা হাপখরে সীতাদেবী মবুংঙোগী ঈঙ্গিংনা মণিপরেং হনুমান্দা পিখরে। য়োং তেঙ্গোল অপুম্বা মপুংফানা ইকাইখুম্নবা ফংলড়না সুগ্রীবনা চৎ-পগী বিদায় পিড়না মাগী মাগী লৈফম তানা হন্নখরে। সুগ্রীব-বিভীষণ অনিমকসু শ্রীরামগী য়াথং ফংলড়না মরৈবাক তানা যাত্রা তৌখরে। যুবরাজ অভিষেকতীদমক কয়ারক হন্না হাইর ফাওবদা লক্ষ্মণ যুবরাজ খুবম লৌখিদরে। মতমঙদা শ্রীরামচন্দ্রনা মনাও ভরতবু যুবরাজ হাপ-খরে। লৈপাক প্রজা অপুম্ববু মুংঙাই-য়াইফ ফংহন্দুনা যজ্ঞ-যাগ কয়া তৌড়না অখাকপা লৈত্রবা সম্পংনা মপুং ফারবা অযোধ্যা লৈপাক মতমকুইনা শ্রীরামচন্দ্রনা ঙাকখরে॥

## যুদ্ধকাণ্ড লোইরে।

# উত্তর কাণ্ড

শ্রীরামচন্দ্রনা অযোধ্যা লৈপাক্কী নিংথৌ ওইদুনা পানবদা মুনি-ঋষি অপুম্বা শ্রীরামচন্দ্র মাবু অভিনন্দন তৌবা লাকখিরম্মি। ঙসি ঐখোই অপুম্বা হিংচাবা বংশ হাংলগা সীতা-লক্ষ্মণগা কোম্নগা শ্রীরামবু দর্শন ফংজবা ইরাইবক ফবননি। লানফমদা রাবণনা মাইথিথিবা কবি খোইদোক্কে, তৌইগুম্বসুং ইন্দ্রজিৎনা মাইথিথিবদি রামচন্দ্রগী লাইবক ফবননি। ঋষিশিংনা ইন্দ্রজিৎতবু থাগৎপদু তারগা শ্রীরামচন্দ্র ঙক্না ঋষিশিংদা হংখরে—ঋষি অপুম্বা! কল্লবা কুম্ভকর্ণ-রাবণ অনিবু লং-খোক্লমগা করিগীনো ইন্দ্রজিৎতবু থাগৎলিবা? শ্রীরামগী বাহং তাবদা অগস্ত্যমুনিনা খুমখরে—সত্যযুগতা পুলস্ত্য কৌবা ব্রহ্মর্ষি অমা লৈবম্মি। মহাক লাইনিংবগীদমক সনজিংগী নাপোমদা শেমশারবা তৃণবিন্দু কৌবা রাজর্ষি অমগী আশ্রমদা চৎতুনা লাইনিংখিরম্মি। জগোই শাবী কয়া লাক্তুনা মাগী লাইনিং কাইনবা খোবাংলরে, মদু উবদা মানা অসুম্না শাপ তৌখরে—"মফমসিদা খোংদানবী মীদো গর্ভপুবা ওইসনু" ব্রহ্ম-শাপ অসি অতাবা কাংবুনা কিবদগী মফমদুদা কনা অমত্তা লাকখি-দরে। তৃণবিন্দুগী মচানুপী অমদি মুনি মাগী মীচৈদু তাহোদবদগী আশ্রমদুদা কোইনা চৎলখরে। ব্রহ্মশাপকা মগুণনা তৃণবিন্দুগী মচা-নুপীদু গর্ভপুবগী খুদম মশা তাইফেং তাইবকপদু ফাউখরে। তৃণবিন্দু মচাগী খুদমদু উবদা ধ্যান তৌদুনা য়েংবদা মচানুপীদা গর্ভচংবগী মরম ব্রহ্মশাপ অদু ধ্যানদা ফাওখবে। তৃণবিন্দু নিংথৌ মচানুপী পুদুনা পুলস্ত্যদা মচানুপী কৎলখরে। তৃণবিন্দুগী মচানুপীগী সেবা চংখোলবদু উবদা পুলস্ত্যনা পেল্লদুনা হাইখিরম্মি—ইবেম্মা! শাগৈ অনি চিংখৎপা পৌলস্ত্য হাইনা ফাওবা নচানিপা অমা ফংজরো, ঐগী বেদ গান

তাবদগী নচাগী মমিং "বিশ্রবা হাইনা কৌসন্নু" মতম খোংচং শুরক-পদ্গা রাজকন্যা অমু "বিশ্রবা" কৌবা মচা অসি পোকখরে।

বিশ্রবাগী ধর্ম্মচেনবা মওংমু উবদা ভরদ্বাজ মুনিনা দেববর্ণিণী কৌবী মচানুপী বিশ্রবাদা কংলখরে। বিশ্রবানা মতালোই দেববর্ণিণীদা কুবের পোকখরে। কুবের চহি কয়া চুপ্পা তপস্যা তৌরবদা ব্রহ্মানা পেন্দুনা মলগী মপু ওইজৌ হাইবা বর পিখরে, বর অসিত নত্তনা "পুষ্পক" কৌবা হুমিৎকুম্নবা দোলাই অমসু পিরমখি।) ব্রহ্মাদগী বর ফংলবা তুংদা মপা বিশ্রবাদা মাগী লৈফম পিয়ু হাইরখরে। মপানা খা সমুদ্রগী মপান্দা লৈবা "ত্রিকূট" কৌবা চিংথক্তা বিশ্বকর্ম্মানা শেম্নবা স্বরারেণগী কোম্নুংশুম্বা "লঙ্কা" কৌবা লৈপাক্ত, হিংচাবশিং লৈরম্বদগী চেনখিদুনা ইহাং-ছাংনা লৈরে, মতুদা লৈয়ু হাইনা মপানা য়াথং পিখরে। মপাগী য়াথং মতুংইন্না কুবের লঙ্কাদা লৈখরে। পুষ্পক দোলাই তোংদুনা মরক মরক্তা কুবেরমু মপা-মমাবু খুরুম্বা হেক হেক লাকখিরম্মি।) লঙ্কাদ। মমাংডৈদগী হৌনা হিংচাবা লৈরম্মি তাবদা শ্রীরামচন্দ্র ঙক্তুনা অগস্ত্যদা হংখি—মুনিবর! হিংচাবদি পুলস্ত্য বংশনি হাইনা তাজে, অমুবু পুলস্ত্য বংশ নত্তবা করম্বা হিংচাব অমা লৈরম্বগে? অগস্ত্যনা খুমখি—ব্রহ্মানা ঈশিং শেমডৈদা জীব কয়া কোম্নবা শেমখি—জীবশিংদুনা অরাম-খৌরাং পোক্লক্তুনা ব্রহ্মাদা ঐখোইগী অরাম-খৌরাং করম কোক্কনি হাইখিরম্মি—ব্রহ্মানা হাইখি—ঈশিংবু ঙাকশেল্লু (রক্ষধ্বম্) পুজা তৌ (যক্ষধ্বম্) অমুম্বা ব্রহ্মাগী বাফমসি তাবদা কাংলুপ অমনা ঐখোই ঙাকচগে (রক্ষামঃ) কাংলুপ অমনা 'ঐখোই পুজা তৌজগে' (যক্ষামঃ) অসি হাইদুনা ঙাকপদগী (রক্ষা তৌবদগী) ঙাক্লিবা কাংলুপ অমুবু হিংচাব (রাক্ষস) হাইনা খংনখি, পুজা তৌজগে (যক্ষামঃ) হাইবা কাংলুপ অমুবু যক্ষ হাইনা খংনখি। হেতি, প্রহেতি অনিসিনা হিংচাবনিংথৌনি।

প্রহেতিগী বংশদা সুকেশ পোকখি। সুকেশনা দেববতীদা মাল্যবান্, সুমালি, মালি মচানিপা অহুম অসি পোকখি। নিপা অহুম অসি তপস্যা তৌরকপদা ব্রহ্মানা পেন্দুনা বর পিখরে—"নখোইবু কনাগুম্বা অমত্তনা জয় তৌবা ঙমদবা ওইরসনু" মখোই অহুমদা বরসি পিরগা মখোইগী চৈলেননবগীদমক খা সমুদ্রগী মপান্দা চৈবা ত্রিকুট অমসুং সুবেল কৌবা চিংগুগী মতোলদ বিশ্বকর্মাবু অমবাপুবগুম্বা শেমহনখি, মকমত পাকপদা যুথক কুপ্পা, শাংবদা যুথক চাযনি, মমিংনা লঙ্কা কৌখি: মতমদুদা নর্মদা কৌবী গন্ধর্বী অমনা হ্রী, শ্রী, কীর্ত্তি অহুম-সিগুম্ববী মচানুপী অহুম পোকখি। নুপী অহুমসি মাল্যবান্‌নচিংবা অহুম্না লৌখি। মাল্যবান্‌না সুন্দরী কৌবী মতালোইদা বজ্রমুষ্টি, বিরূপাক্ষ, দুর্মুখ অসিনচিংবা মচানিপা পোক্লখি। অদুগা অনলা কৌবী মচানুপী অমগা পোকখি। সুমালিনা কেতুমতীদা প্রহস্ত, অকম্পণ, বিকটনচিংবা নিপা অদুগা বাকা, কৈকসী" নচিংবী নুপী পোকখি। মালিনা "বসুদা" মতালোইদা অনল, নিল, হরনচিংবা মচানিপাশিং পোকখি। হাইবিবা বংশশিং অসিনা লাই, মুনি ঋষিনচিংবশিংবু অপনবা, শুংঙাইতবা কয়া পিখিরম্মি।

মতমদুদা করিগতি চৈত্রবা লাই অপুম্বা মহাদেবদা চংজখরে। সুকেশগী বংশদগী ঐখোইবু কনবিযু হাইনা হাইজখবে। মহাদেবনা নখোইবু কনবিগদবদি শ্রীবিষ্ণুনি, অদুনা শ্রীবিষ্ণুদা নখোই চংজো, অমুম্বা লাইশিংদা মহাদেবনা হাইখবে। লাইপুম্বনা চংজববা শ্রীবিষ্ণুনা স্বর্গদা লাকপা হিংচাবশিংদু লাম্বেংনদুনা কয়া হাংখরে, লেমহৌবশিংনা লঙ্কাদা চেনখরে। তাম্রবক্তুনা মালী হাংখবে। মাল্যবান্ চোংথোক্লক্তুনা বিষ্ণুবা হাইখরে—লালদগী মযাই ওনম্ববু হাৎপসি ক্ষত্রিধর্ম্ম নৎতে. মহা পাপকী মশক্নি। বিষ্ণুনা ঐদি লাইশিংবু ঙাকচবনি হাইদুনা

হিংচাবশিং লঙ্কাদগী তাম্থোকখরে। হিংচাব অপুম্বা মতু-মচা লোইননা পাতাল-তানা চৎখরে। নোংমা সুমালী পাতালদগী মর্ত্ত্যলোক্তা লাক-ভুনা কোইনা চৎলম্মি। মতমত্তুদা পুষ্পক দোলাই তোংভুনা চৎলম্বা কুবের উরুরে। সুমালীনা কুবেরগুম্না মতিক মগুণ লৈবা মশু পাম-ভুনা কুবেরগী মপা বিশ্রবাগী তপস্যা তোকম তানা মচানুপী কৈকসী পুথুনা লাকখরে। কৈকসীনা বিশ্রবাগী মনাক্তা মরুপুক্তুনা লৈবা মওংতু উরগা বিশ্রবানা হংখি—ইবেম্মা। নং কনাগী মচানুপীনো? অসিদা করিগী লাকপনো? কৈকসীনা মখুং লোম্নভুনা হাইখি—ঐগী ইপুক্লিংগী অপাম্বা অপুম্বা মুনিনা তপস্যাগী প্রভাবনা লোইনা খংবিফম থোকই, ইমিং কৈকসী কৌই। মুনিগী ধ্যানদা কৈকসীগী মপুক্লিং খংভুনা হাইখি—ইবেম্মা? নপুক্লিং খংলে, ঐঙোন্দগী নচা পাম্নিবানি / তমথিরবা মতমসিদা ইনাক্তা লাক্লবনিনা অসিগুম্লবা নচা পোক্লগনি, মথুদি তমথিরবা, মওং মতৌম্ তমথিবা, তমথিবা মীতবু চাম্-নুনা তোবা নচা পোক্লগনি। মুনিগী ম্বাসি তাবদা কৈকসীনা হাইখি—মুনিবর! ক্ষমথিবা ইচাদি পামজদে, মতুদা মুনিনা হাইখি—ইতোন তোনবা নচাদি ঐগী বংশগা চাম-চুম্নবা নচা ওইগনি। খর লৈরগা কৈকসীনা পাম্বোম কুন পানবা, মকোক তরা লোংবা, মচা অমা পোকখরে, মা পোক্ল-পদা ঈগী নোং চুথখরে, শঙ্গাইশেল পাইখরে, হুমিং মঙ্গাল মকশনখরে, উপদ্রব মখল মখল তৌখরে। খরগী তুংদা কুম্ভকর্ণ পোকখি। অতুগী তুংদা শূর্পনখা পোকখি। খ্বাইগী খোমদোলদা বিভীষণ পোকখরে। মা পোকপদা লৈগী নোং চুথখরে, দুন্দুভি মখোল থোকখরে। অতিয়াদা সাধু সাধু হাইবা মখোলনা ইনিন নিনখরে।

রাবণ কুম্ভকর্ণ অনিনা জীবপুম্ববু অন্না-অনা পিতুনা নৈ-ওৎখরে। রাবণনা দি কুবেরনা পুষ্পক দোলাই তোংভুনা মপা থুরুম্বা লাকখিরাম্ম।

কুবেরগী মতিক মগুণ উবদা কৈকসী মথমোই চাক্তুনা মচা রাবণদা হাইখি—য়েংউ রাবণ। নয়াম্বগী মতিক-মগুণ অসি। মমাগী বা তাবদা "ইমা! ঐনা রাশক্তুনা হাইজরি—ঐ ইয়াম্বদগী হেনগদবনি রাবিগনু" অসি হাইরম্লগা গোকর্ণগী আশ্রম তানা লাক্তুনা রাবণ মনাওগা লোইননা ব্রহ্মা পেন্নবা তপস্যা তৌখৎখবে; রাবণগী তপস্যা তঙক-পনি।। চহি লিশিং তরা চুপ্পা চরা হেনখরে, চহি লিশিং অমা হেক হেক ফারকপদা মকোক অমমম কক কক্তুনা মৈদা হোম কৎখরে। চহি লিশিং মাপল হৌখরে। চহি লিশিং তরা শুরকপদা রাবণ তরা শুবা মকোক মৈদা হোম কংকদবগী থৌরাংখরে। মতমতুমক্তদা ব্রহ্মা পেল্লতুনা লাইয়ামগা লোইননা মফমতুদা লাকখবে। ব্রহ্মানা অপাম্বা বর নিজরো হাইনা রাবণদা হাইখবে। রাবণনা শিদবা পিনবিয়ু হাইনা নিখরে। ব্রহ্মানা—"পুম্নমক অসি শিদবা য়াদবনি" অহুনা মতু নংতবা বর নিয়ু হাইবদা রাবণনা নিখবে—অহু ওইরবদি দৈত্য-দানব-রাক্ষস-যক্ষ-কিন্নর নাগ-লাই অসিপুম্বনা ঐবু হাৎপা ঙমদবা পিনবিয়ু অসি নংতবদদি অতোপ্পা জীবগী মখুৎতা ঐগী শিফম লৈতে" মীনা চিংবদি শ্রীঙোন্দদি নাপাগুম্বনি, অসি হাইনা বর নিখবে। ব্রহ্মানা নংনা নিংলিবতু ওইরসনু হাইখরে। অসিত নংতনা ককখিবা নকোক হন্না হন্না চোংবসু ওইজরো হাইবা বর অমসু পিখরে। বিভীষণনা নিখরে ব্রহ্মন্! ঐগী পুক্নিং অসি করিগুম্বদা ধর্ম্মদগী লেংদবা পিনবিয়ু" নিখরে। মতু ওইজরো পিরগা মতুত নংতনা অধর্ম্মদা চংদবতু উতুনা অমরসু (শিদবসু) ওইজরো হাইবা বর অমসু পিখরে। ব্রহ্মানা কুম্ভকর্ণদা বর নিজরো হাইরকপদা লাইয়ামনা খামখরে। মানা নন্দন বনদা অপ্সরা তরেৎ স্বরারেণ মনাই তরা চান্নবনি, মানা বর ফংলবদি ইরাই ব ইনা মরোল অহম চাথোকখিগনি, অতুনা বর পিবিগনু হাইজবনি। হেমহাই

বা তাবদা ব্রহ্মানা সরস্বতী নিংশিংখি, সরস্বতী লাক্কনা করি তৌজৌ হংখরে ব্রহ্মাদা। ব্রহ্মাগী থৌদানা সরস্বতী কুম্ভকর্ণগী লৈয়েংদা লৈখরে। কুম্ভকর্ণদা ব্রহ্মানা বর নিরো হাইখরে। কুম্ভকর্ণ চহি লিশিং কয়া চুপ্পা ঐ তুমজগে হাইবা বর নিখরে। লৈয়েংদগী সরস্বতী হেক থোক-খিবদা কুম্ভকর্ণতু মানা নিখিবা বরতুগী মরমদা নিঙমখিদবে। মচিনমনাও বর ফংলতুনা মপাগী আশ্রম "শ্লেষ্মাত" কৌবা বনদা চংতুনা লৈখরে।

সুমালী মশু অহুমা বর ফংলে হাইবসি খংলহুনা অফি অথং লৈত্রেতুনা মাগী মন্ত্রী—মারীচ, প্রহস্ত, বিরূপাক্ষ অসিনচিংবগা লোইননা রসাতলদগী কারকখবে। রাবণবু আলিঙ্গন তৌতুনা হাইখবে—বাবণ। ঐখোই অচানবদা লঙ্কাদা লৈরম্মিবনি। বিষ্ণুনা তাম্বোক্কনা ঐখোই রসাতলদা চংপনি, ঐখোইনা লৈবম্মা লঙ্কাতু নয়াম্বা কুবেরনা লৈরি বনি। রাবণ নংনা থেম্বা পিবনচিংবা উপায় অমনা নয়াম্বু তাম্বোকপা ঙম্মবদি নংনা লঙ্কাগী নিংথৌ ওইগদবনি। মমাপোকপা মবুধোগী বা তাবদা রাবণনা প্রহস্তবু দূত ওইনা থাতুনা কুবেবদা লঙ্কাসি কুবেরনা লৈগদবা নত্তে হাইনা হাইহল্লুখবে। কুবেরনা খুম্মকখি—লঙ্কাদি ইপানা ঐবু লৈগু হাইতুনা ঐঙোন্দা পিবম্মবনি। অসি হাইনা খুম্মগা মপাদা রাবণনা হাইরকপা বাকমতু তম্মুবে। মচাগী বা তাবদা বিশ্রবানা মচাদা হাইখি কুবের। রাবণ অতু বব ফংলে হাইতুনা অফ-ফত্ত মশক খংদ্রবনি। মমা লৌইঙেদা ঐগী শাপস্ত লৈরি বনি, অতুনা হৌজিক লঙ্কা থাদোক্তনা কৈলাসদা নং লৈক্করো। মপাগী য়াথং ফংবদা কুবেরক্ক মতু-মচা অমস্তং মাগী মন্ত্রীমণ্ডলগা লোইননা কৈলাসদা চৎখরে। প্রহস্তনা পাও পুরক্কনা রাবণ মচিন মনাও লোইনতুনা হাংহোরবা লঙ্কাদা লাক্কনা লৈখরে। লোংমদি রাবণনা মচনমুগী সূর্পনখাবু দানবনিংথৌ কালকেয়দা কৎ-লম্লগা মুগমা চৎখিরম্মি। মী তাদবা বন অমদা লৈরম্বা দিতিগী মচা

ময়দানব থেংনঙুনা ময়দানবনা মচানুপী মন্দোদরীবু রাবণদা কৎখরে। অদুগা তা অমসু পিবম্মি—লক্ষ্মণনা রাবণগী খুৎতা ভুখিকহ্ণু তাড়দগীনি। মতৌ অসুম্না রাবণনা মন্দোদরী লৌড়না লঙ্কাদা নিংথৌ ওইনা পানখি। থরগী তুংদা কুম্ভকর্ণনা বৈবোচনগী মচানুপীগী মচা বজ্রজ্বালা কৌবী কন্যাডু লৌখরে। বিভীষণনা গন্ধর্ব্বনিংথৌ শৈলুষগী মচানুপী ধর্ম্মখংবী সরমা* দেবী লৌখরে। মন্দোদরীনা মেঘনাদ পোকখি। হেক পোক পদা নোংগুম্না ঙংড়না লঙ্কাবু ফকচনহনখি হাইদুনা রাবণনা মচাডুবু মেঘনাদ হাইনা মমিং থোনখি: মতম খোংলৈনা নিদ্রাদেবী লাকড়ুনা কুম্ভকর্ণদা চংখরে, ময়াম্বনা শেম্লবা শনজৌংগী গুহা গুম্লবা মফম অমদা কুম্ভকর্ণ চহি লিনিং কয়াচুপ্পা তুমখরে, কবি অমত্তা খংখিদবে। কুম্ভ-কর্ণনা তুমঙ্গবদা বাবণ নিংথৌনা মুনি ঋষি লাই-যক্ষ গন্ধর্ব্ব-কিন্নর অসি পুম্বসি নৈতংখরে. বন,উদ্যান কয়া থুগাই যৈথাইখরে। কুবেবনা দুত থাবকড়ুনা বাবণদা পাওতাক কয়া পিখিবম্মি। পাওতাক্তু তাবদা রাবণ শাওখিবনা ঐদি মরোল অহুম জয় তৌগদোবিবনি অসুম্না পাও-খুম পিরম্লগা দুত অডু হাৎখরে। দোলাই তোংড়না দিগবিজয়গী যাত্রা তৌখরে।

রাবণগী দিগবিজয় যাত্রাদা মহোদব, প্রহস্ত, মারীচ, শুকসারণ অসিনচিংবা অকন-অথৌ কয়ানা তুংইনখরে। যক্ষশিংগা লাল থেংন-খরে। রাবণগী মাংদা যক্ষশিং থাংবা ঙমদড়না বাবণগী ময়াম্বা কুবেবদা

* পুথি হেঙ্গৎতে (সরো মা বর্দ্ধতে) হাইবদগী সরমা কৌখি, মতুদি "তীবে তু সরসো বৈতু সংজজ্ঞে মানসস্তহি। সর তদা মানসং তু ববৃধে জলদা-গমে ॥ মাত্রাতু তস্যাঃ কন্যায়াঃ স্নেহেন আক্রন্দিতং বচঃ সরো মা বর্দ্ধতেত্যুক্তং ততঃ সা সরমা ভবৎ॥ রামায়ণ উত্তর কাণ্ডে অধ্যায় ১২

রাবণগী তোৱক্লিবা থৌওং অপুম্বা ৱাকংলখ্রে। কুবেরনা লাম্মী কয়া থারকখরে, থাক্লিবা লাম্মী অপুম্বা রাবণদগী মাইথিত্নুনা খুংসু খুংলাই থাড়না লোক-তাইদা চংখরে। মমৈদা কুবেরনা মনিচার কৌবা মহা-যক্ষ অমা লালকমদা শিখরে। মনিচার লাম্বেং কল্লা শোক্লরম্লগা রাবণদগী মাইথিখরে। মনিচার মমাই ওনক্লবদা কুবের থোরক্লুনা রাবণগা লাম্বেংনখ্রে। রাবণনা গদানা মকোক্তা থাড়ুনা কুবের রাম্বত্নুনা লোংনা তাখরে। কুবেরবু মাইথি পিরত্নুনা মাগী পুষ্পক কৌবা দোলাই রাবণনা লৌখরে। দোলাই অসিগী মগুণ অঙকপনি সনানা যুম্বী ওইবা বৈদূর্য্য মণিনা থোং ওইবা, মুক্তানা থাম্বা, পুক্লিং-গুম্না য়ৌনিংবা মফমদা চেক্তা য়ৌঙবা অত্নুগুম্বা পুষ্পক দোলাইনি। রাবণ পুষ্পক দোলাই তোংত্নুনা কাত্তিক পোক্লফম শরবণ তানা লাকখবে। শরণবন য়ৌরকপদা রাবণগী দোলাই লেংবা য়াখিদরে। কবিগী লেংবা য়াদ্রিবনো খল্লরিবৈদা মহাদেবগী মনাই নন্দী লাক্লুনা রাবণদা বা অসি লাওবকখরে। রাবণ! নং হনখবো, চিং অসিদা মহাদেব শান্নত্নুনা লৈরিবনি। মফম অসি কনা অমত্তা চংনদ্রিবনি। বা অসি তাবদা রাবণ থক থক নিক্লা শাওখবে। দোলাইদগী কুমথ-ত্নুনা নংগী মহাদেব হাইবত্নু কনানো? অসি হাইত্নুনা রাবণ কৈলাস চিংথোং তানা চংশল্লকখবে। নন্দীগী য়োংগী মমাই মানবত্নু উবদা রাবণ খাক্লা নোকখরে। রাবণদা নন্দীনা হাইখি—য়োং মাল্লি হাইত্নুনা ঐবু নংনা নোক্লবসিনা য়োংশিংনা নংগী বংশ তুমহনবা ওইরগদবনি অসি হাইনা হাইখরে। অসি হেক হাইবদা অতিয়াদগী লৈগী নোং চুপখরে। নন্দীগী বাত্নু ইখন খন্দনা রাবণনা চিং অসি য়ৌরকপদা ঐগী পুষ্পক দোলাই চৎপা য়াদে অত্নুনা চিং অসি ঐ ফুক্তোক্লগে অসি হাইরল্লগা চিংত্নু ফুক্তে থোরাংখরে। চিংত্নু থক থক নিকখরে। লাইপুম্বা নিক-

থরে, রাবণগী থোনা উবদা মহাদেব চোংথোরক্তুনা হাইথরে। চিং কুক্রুমদাইদা নংনা লাওখিবা খোল্লাও অসিনা মরম ওইদুনা নমিং রাবণ হাইনা নংবু খংনরো। মহাদেবগী অপেনবা উবদা—লঙ্কানিংথৌনা বর নীবদা নাপীগুম্বা মীদি য়াওদনা দেব-দানব-গন্ধর্ব্বনচিংবদগী ঐগী মৃত্যু ওইদবা বর, অদুগা খুংলাই অমত্তংগা অনিসি পিনবিয়ূ নিখরে। রাবণদা নিরিবা বরদু অমসুং চন্দ্রহাস কৌবা থাং মহাদেবনা পিখরে। রাবণ পুষ্পক দোলাই তোংদুনা পৃথিবী কোইখবে। রাবণবু জয় ঙম্লবাই খংলবা ক্ষত্রি কয়ামরুম্না "ঐখোইবু নংনা ঙম্লে হাইদুনা মাইথিবা মকোক থোংনা লৌথরে। অথৌবা ক্ষত্রি কাংলুপ কয়ানা মাগী শাসন য়াদদুনা শাগৈ নাত্তেগা লোইননা লালদা মথৱাই থাখিরম্মি।

নোংমদি পৃথিবী শুম কোইরকপাদুদা হিমালয়গী বন অমদা বাবণনা ফজরবী কন্যা অমা উখিরম্মী। রাবণ অপাম্বনা শুমহংখিদনা পরিচয় হংখিরম্মি। কন্যাদুনা খুমখি, ইপাগী মীং কুশধ্বজ কৌই, ইমাগীনা বেদবতী কৌই। দেব-গন্ধর্ব্ব-যক্ষ কয়ানা ঐবু হাইনবদা মখোইদা ঐবু ইপানা পিখিদে, ইপানা হাইখি ঐগী ইম্মাক্তি (জামাতাদি) বিষ্ণুনা ওইগদবনি" ইপাগী বাসি ভাবদা নাপন চাওবা শম্ভু কৌবা হিংচাবা অমনা ইপাবু তুম্লিত্তৈদা হাংখরে। ইমাসু ইপাবু কোন্দুনা মৈঙ্খুংদা চোংশন্দুনা য়াইবী থাখরে। ইপাগী নিংবা থুংননবগীদমক্তা বনসিদা ঐ তপস্যা তৌদুনা লৈরিবনি। বাসি তাবদা বাবণ বেদবতীবু ফাগে থৌরাংলকপদা বেদবতী মৈঙ্খুংদা চোংশন্দুনা শিখবে। অগস্ত্যনা হাইখি—রাম। সীতাসি বেদবতীনা ওইরকপনি, রাম নং তশেংবা শ্রীবিষ্ণুনি। বেদবতী পোকখিবসি—সত্যযুগতা লাঙ্গোলনা খোইদোক্লবা লৈবক্তা বেদীদা পোকখিবনি, ত্রেতা যুগতা হিংচাবা রাবণ হাৎননবগীদমক মিথিল শাগৈদা লাঙ্গোল মচিন্দগী (সীতামুখাৎ) পোকখিবনি।

বেদবতী শিল্লবদা নাবণ পুষ্পক দোলাই তোংদুনা পৃথিবী হন্না কোইরকপদা উশীবৰীজ লৈপাব য়োৎবে, মতুদা সবৰ্ত্ত ক্ষোবা সগোলশেনুওক্লগী মনাওনা লাইয়ামগা লোইনদুনা যজ্ঞ তৌরম্বদু উবদা মফমতুদা চংলকই রাবণদু। রাবণবু হেক উবদা স্ববারেণ ৰাহোং ওনথরে। যমনিংথৌনা ক্বাক ওইথরে। কুবেবনা কৃকলাস ওইথরে। বরুণনা কাণ্ড ওইথরে। রাবণ লানবা লৈতদুনা হনল্লবদা স্বরারেণনচিংবা লাইয়াম মশা-মশাগী শকুম হনজিনরে। মখোইনা পেল্লদুনা হাইখি—স্ববারেণনা হাইখি—ৰাহোং। নং লিন্দগী কিবা লৈরনু, অদুগা ঐগী ইমিংশিং অসি নংগী তুদা লৈবা ওইবসনু। নোং চুথবদা নং অপেনবা ওইজো। ৰাহোংসি মমাংদুগী মুবম্মি, স্বারেণ ববদগী মশা লাংখিননি: যমনা হাইখি—জীব অপুম্বসি ঐনা মথল মথলগী অনাব পিদুনা মথবাগ ফাওবা লৌনা ৰাহল্লিবনি, নংদি নদুগী অবাবা ফংলগনু, মীনা হাৎত্রিমথৈ নং শিনগনু। বরুণনা কাণ্ডদা হাইখি—নং নশা থা-গুম্মু, ঈশিংদা লৈরগা নংগী নুংঙাইজবা ওইজ্রৌ। কুবেরনা কৃকলাসতা হাইখি—নং নচু সনা মচু ওইজো অসি হাইরল্লগা লাইয়াম মমুম মমুনদা হম্নখি। রাবণনা লানবা থিরকপদা অযোধ্যা য়োরকখরে। অযোধ্যা লৈপাক্কী নিংথৌ অনরণ্যনা লান্দা মাইখি ফংলবদা শাপ তৌখরে, ইক্ষ্বাকু শাগৈদা দশবথগী মচা রাম হাইবা অমা পোক্লগনি, মদুনা নথবাই লৌবা ওইগনু, মীচৈগি তাবদা লৈগী নোং চুথখরে। জীব পুম্ববু মীপাই থবাইহন্দুনা বাবণনা পৃথিবী কোইনকপদা লমথাংদা শ্রীনারদগা থেংনবনে। নাবদনা রাবণদা হাইখি—রাক্ষসাধিপ। নংগী লানবা পৃথিবীদা কনা অংত্তা লৈরে। জীব গপুম্বসি যমপুবদা নোংমা নক্রে নোংমদি লোইনা চংলিবনি, অদুনা যমবু জয় তৌবা ঙম্লবদি নংনা জগৎ জয় তৌবা হাইবঙ্গ ওইরবনি। নারদগী ৱা তাবদা রাবণ নিংথৌ যমপুর তানা চংখরে।

যমগা রাবণগা অনি থাক্রবা লৈতনা খুৎলাই থানজনা লাম্হৌংনখরে। যমনা রাবণবু জয় তৌবা ঙমখিদবে। মতমদুদা ব্রহ্মা লাক্লুনা যমদা হাইখরে—যম! রাবণসি ঐগী বর লৈরবনি, কনা অমত্তনা মাবু মাইথিবা পিবা ঙম্লবোইদবনি। ব্রহ্মাগী বা তাবদা যম মাংথোকখরে। রাবণ যমবু জয় তৌরে হাইদুনা যমপুরদগী হনখরে। রাবণ রসাতল তানা চৎখরে। রসাতলদা নিবাতকবচগা মরুপ শাম্নখরে। বরুণ লোকতা মরুণগা লাম্হৌংনখরে। বরুণ ঙমদুনা রাবণ হল্লকখরে। অশ্মনগরদা বলি থেংনজনা লালশোক্রবদা শ্রীহরিনা ব্রহ্মাগী য়াথং অরেম্বা তাবা তারে হাইদুনা রাবণবু হাংখিদবে। রাবণ বলি ঙম্লে হাইদুনা হনখরে। রাবণ নিংথৌ সূর্য্যলোকতা চৎখরে। সূর্য্যদেবনা মনাই দণ্ডী থাদুনা "ঐবু ঙম্লে" হাইনা রাবণদা হাইহল্লখরে। রাবণ সূর্য্যদেববু জয় তৌরে হাইদুনা চন্দ্রলোক তানা খো শানখরে। লমখাংদা যুবনাশ্বগী মচা অযোধ্যাগী মপু মন্ধাতা থেংনদুনা মন্ধাতাগা রাবণগা লাল থেংনখরে। মন্ধাতা ব্রহ্মাস্ত্র কাপখরে, রাবণ পশুপাত কাপখরে। মতম চাদনা প্রলয় তৌগদৌবদা পুলস্ত্য, গালব লাক্লুনা লাল থামখরে। মহৈ-মহৈ পেম্নবজনা মী-হিংচাব অসি হন্দোক্লদুনা চৎনখরে। চন্দ্রলোক য়ৌবকপদা থাগী মঙাল্না রাবণবু চাক্লক্লে। রাবণ নানাচ কাপ্লকপদা ব্রহ্মা লাক্লুনা লাল থাম্লখরে। মীবু ব্রাহনগনু হাইদুনা রাবণদা মৃত্যুঞ্জয় মন্ত্র তাকখরে। রাবণ ব্রহ্মাগী বর ফংদুনা মন্ত্রিমণ্ডলগা লোইননা নোংচুপ সমুদ্র তানা লাকখরে, সমুদ্রদুগী দ্বীপতা লৈরম্বা কপিল উবদা ঐগী লানবা পিয়ু হাইখরে। কপিলনা মীৎয়েং কয়া য়েংলকপদা রাবণ টানচিংবা লংখরে। টানচিংবনা পানবা ঙমদ্রবা কপিলদেবগী মীৎয়েং অদুমক্তা রাবণ রাম্থদুনা তাখরে। মতমদুদা কপিলদেবনা রাবণ নং ব্রহ্মাগী বর লৈবনা শিবদি শিররোই মকমসিদগী

চৎখরো হাইখরে। মাগী য়াথং ফংবদা রাবণ হনখরে। হন্নকপদা লম্বীদা সুপী মখল কয়া হুক্তুনা পুখরে। সুপীশিংডগী অখিংবা মচা মরানচিংবনু হাংখরে। মতুদা সুপীশিংতুনা শাপ তৌরকপদা লৈগীনোং চুথখরে। সুপীশিংগী তেংখা নাওই তাহুনা রাবণ লঙ্কাদা চংখরে। মতমতুমক্তদা মচন সুপী শূর্পণখা লাক্কনা তুরখরে। ঐবু সুপ্রা ওই-ওল্লে হাইখরে। রাবণনা খেমজনখরে। নংগী নপুরোইবনি হাইবা শংদতুনা ঐনা হাংখরবনি। হৌজিক্ত নংগী ফগদবা ঐনা তৌরগনি খরগী নাক্তা লৈবনা নংগী সুংঙাইবা ওইগনি, খর হাইবসি ইন্দোল-মচাগী মচানি। মানা নংগী নবা য়াম্না লৌগনি। অসিনচিংবা হাই-রগা খরবু হিংচাবা কয়াগা লোইননা দণ্ডকারণ্যদা নিংথৌ হাপ্তুনা থনম্লে, শূর্পনখাসু মতুদা লৈহৌরে। রাবণ নিংথৌ লঙ্কাগী নোংচুপ থোংলোমদা লৈবা কর্ম্মসিদ্ধি ওইবা উপবন অথোইবা নিকুম্ভিলাদা চংখরে। মফমতুদা যজ্ঞ তৌরবা মচা মেঘনাদ উম্নখরে। রাবণনা মচাদা যজ্ঞগী মরম হংলকপদা শুক্রাচার্য্য ইরারগুরুনা খুমখরে—মহারাজ! যজ্ঞ আসনা মরম ওইদুনা নচা মেঘনাদনা পশুপতি মহাদেবদগী নিং-লকপদা হেক য়োঙবা দোলাই, অতিয়াদা চৎঙবা, মীনা উবা ঙমদবা মায়া, বর অদুমসি ফংলবনি। বাসি তাবদা রাবণ নিংথৌ য়েক্তবা স্বরারেণনচিংবা পুজা তৌই হাইদুনা মচাবু পুখরে। নিকুম্ভিলা যজ্ঞ তৌডৈদা সুমালিগী ময়াম্বা মাল্যবান্গী মচাসুপীগী মচা কুম্ভীণসী কন্যাবু মধুনা হুখিবগী হাক্তক্তা রাবণনা স্বর্গদা লান তাখি। লম্বীদা কুবেরগী মচা নলকুবরনা—"মশানা য়াদবা কন্যাদা কামগী আশা তৌরুবদগী নং অরাবা নংউ হাইনা শাপ তৌখরে, মতমতুদা লৈগী নোং চুথখি। স্বর্গদা লাই-হিংচাব অনি লাল থেংনখি। স্বরারেণনা বজ্রনা সুমালী হাংতুনা হিংচাব কাইহুনা চেম্নখবে। রাবণগী মবাপোকপা মবুধৌ

সুমালী শিল্লবদা মেঘনাদ লালফমদা চোংখোকখরে। মেঘনাদ মায়া তৌদুনা মাংখোকখরে। স্বারেগনা মাবু কোথি পিখরে। ফংখিদবে। মমৈদা মেঘনাদনা স্বারেগবু ফাদুনা লঙ্কাদা পুরকখরে। ব্রহ্মা লাক্লুনা মেঘনাদবু ইন্দ্রজিৎ হাইনা মমিং থোনখরে। স্বারেগবু থাদোকখো হাইনা য়াথং পিখরে। ব্রহ্মাগী য়াথং কাইদনা ইন্দ্রজিৎনা স্বারেগবু থাদোকখরে। স্বারেগগী চিন্তা উবদা ব্রহ্মানা হাইখি—স্বারেগ। নংনা অহুৎকী অহল্যাদা * মীংয়েং নত্তবা য়েংবিবদুনা গৌতম ঋষিনা শাপ তৌখিবা—"ইন্দ্র! নং য়েক্লবনা খুদুম চনবা ওইয়ু" হাইখিবদু নিংশিংদ্রববা? রাবণ নিংথৌ দ্বিগবিজয় খোংফমদা নর্মদা তীর্থগী মপান্দা মপাম্বোম লিশিং অমা পানবা হৈহয় নিংথৌ কার্ত্তবীর্য্য অর্জ্জুনগা লাল থেংনখরে। কার্ত্তবীর্য্য অর্জ্জুননা গদানা থাদুনা রাবণ রাহুবি-কৈদা রাবণবু পুনখরে। রাবণ পুন্দুনা থম্মি তাবদা পুলস্ত্য লাক্লুনা মশু রাবণবু থাদোকহল্লখি।

কার্ত্তবীর্য্যনা থাদোকপিবক্লবা রাবণ অহনবা লৈতনা দ্বিগবিজয় চৎখরে। বালীনা ঙাকপা কিষ্কিন্ধা য়োৎখরে। লাইনিংদুনা লৈবিবা বালীদা লাল শিংলরে। বালীনা রাবণবু লোংশানা লমহুইবু তৌব-গুম্না খোঁওইখিদে। মমৈদা মমৈনা পুন্দুনা বালীনা রাবণবু লোংপোক লোংচুপ খা-রাংগী সমুদ্রদা পু-পুদুনা চৎখি। বালীগী পাঙ্গল উবদা রাবণনা সন্ধি তৌদুনা মৈনা সাক্ষী ওইদুনা বালীগা মরূপ শান্নদুনা মতম থর বালীগী নাক্লা লৈখি। শ্রীরামনা হংখি—বালী-রাবণ অনি-সিগী মপাঙ্গলসি হনুমানদগী হেন্দে। হনুমান্ মাগী মপাঙ্গলনা ঐনা লঙ্কা জয় তৌদুনা সীতা উদ্ধার তৌবা ঙম্বনি। অদুবু সুগ্রীবগী পেম্নবা বালী মাবু হনুমান্না করিগী হাৎপা ঙমদ্রিবনো? অগস্ত্যনা খুমখি—

* "হল্য" হাইবসি সংস্কৃতদা শকথিবা হাইবনি, অহল্যা হাইবদি শক্তমদা অথিবা লৈতবা হাইবনি।

হনুমান্ অসি পোকখ্রেদা মমা অঞ্জনানা চংথোকখি। ঐদা অরাম-খোরাং পোকরক্লুনা মুমিৎপু চৈ অমুনবগুম উত্লনা মুমিৎ তমা চোংথংখি। মুমিৎনা খোজাম্লুনা মৈশা লাংহনখিদে। হাইরিবা মুমিৎ অসি রাহুনা অমুক্ত খক্পা মুমিৎ ওইদুনা রাহুনা—মুমিৎ (সূর্য্য) তম্লকপা হনুমানবু অনিশুবা রাহু অমনি হাইনা উথুনা স্বরারেণদা খোদোক অদু পাউদম্মুরে। স্বরারেণ শাওদুনা লাক্লগা হনুমান্দা বজ্র লংখরে। হনুমানদু বজ্রনা পান্দুনা চিংথক্তা বাম্বদুনা তাখরে। চিংদা ওইথংবা চাইরুংনা (বামহনুনা) তাখি। মপা মুংশিং শাওদুনা মচাবু পুরগা লোকরুংদা চংখরে। মুংশিংনা লোকরুংদা চংদুনা লৈখিবদা জীবপুম্বা স্বর হোনবদা রানখরে। প্রজা-পুম্বা প্রজাপতিদা রাকৎলরে। প্রজাপতি ব্রহ্মাদু মুংশিং লৈবা মফমদা লাকখবে। ব্রহ্মানা ঈশিং চাইবদা হনুমান্ হিংগৎখরে। মুংশিং অদু পেল্লদুনা হারগুম্বা মফমপুম্বদা কোইনা শিংখরে। লাইয়াম্বা হনুমান্দা বর পিরে। স্বরারেণনা ঐগী বজ্রনা থাবদগী ওইগী চাইরুং (বামহনু) ভেকখি, অদুনা অভাং অসিগী মমিং হনুমান্ কৌরগনু, অদুগা অমুবহম্বা মত্তোংদা ঐগী বজ্র চংবা ঙমদবা ওইরসনু। মুমিৎনা মঙাল পিখরে। বরুণনা চহি অমুং অমা ফাওবা ঐগী লাংদা (বরুণ পাশদা) খুবা ঙমদবা ওইরসনু পিখরে। যমনা মশাদা অনা অয়েক চংদবা পিখরে। মতৌ অমুম্বা দেবা দেবী কয়াদগী বর মখল মখল ফংখরে।

হনুমান্ অদু লাইয়ামশিংগী বরদগী লাক্ল-ফানবা ঙমখিদরে। তপ্তনচিংবা মুনিশিংনা শাওদুনা হনুমান্দা শাপ তৌখরে—"হনুমান্! নং নপাঙ্গল অমুক কল্লি হাইবসি খংদবা ওইরে।" শাপ অসিদগী হনুমান্না নপাঙ্গল মশক খংখিদে। হনুমান্গা সুগ্রীবগা অনি অসি অভাং ওইরিরেদগী মৈগা মুংশিংকা মরুপ ওইনবগুম্ব মরুপ ওইনখি। অগস্ত্য মুনিগী বারিসি তাবদা শ্রীরামচন্দ্র ১মুং লক্ষ্মণনাচংবা ঙকখি। বালী সুগ্রীবগী মপা ঋক্ষরজ।

অসি কনানা পোকখিবনো হাইনা শ্রীরামচন্দ্রনা হংবদা অগস্ত্যনা মত্তোন্দা নারদনা লিখিবা—যোগ তৌরিবা ব্রহ্মাগী পীদগী ঋক্ষরজা কৌবা য়োং অসি পোকখিবনি হাইবত্রগী ৱারিহু লিহুনা হাইখি। নোংমা ঋক্ষরজানা ঈশিংদা মমি উবদা মাগী লান্বা অমা লৈবে হাইজুনা ঈশিংদা চোংথখি। ঈশিং মনুংদগী ফজরবী নুপী অমা পুখংলকখি। মতম অহুমক্তদা স্বরাবেণ, নুমিং অনিনা নুপীত্র উখিরম্মি। কামনা শুমহৎ-খিহুনা স্বরারেণনা নুপীহুগী মশম্দা (বালদা) বীর্য্য শিন্থখি। মতুদগী অত্তাং অমা পোকখি, মতুগী মমিং বালদগী পোকই হাইহুনা বালী কৌখি। নুমিৎনা নুপীহুগী কশমদা (গ্রীবাদা) বীর্য্য শিন্থখি, মতুদগী পোকপা অত্তাংদো স্যুগ্রীব কৌখি। ঋক্ষরজা অসি মচা অনিত্রগা কোম্বহুনা ব্রহ্মানা কিষ্কিন্ধ্যাদা লৈহনখি। অগস্ত্যনা হাইখি --শ্রীরাম। সীতাবু রাবণ মানা হুরিবা অসিগী মরম খরদং হাইগে তাও। নোংমা রাবণনা সনৎকুমারদা লাইগী মনুংদা খ্বাইদগী কনবা কনানো? হাইনা হংখদা সনৎকুমারনা খ্বাইদগী কনবদি ব্রহ্মাবু পোকপা শ্রীনারায়ণনি হাইখি। শ্রীনারায়ণনা সত্যযুগ হেক লোইবদা ত্রেতা যুগ হেক হৌগংলকপা অহুদা ইক্ষ্বাকু শাগৈদা দশরথ হাইবা নিংথৌ অমগী মচা ওইনা পোক্রগনি, মমিং রাম কৌরগনি। রাসি তাবদা রাবণনা রামবু লালগী লানবানি খনখি। মরমহুনা হন্দক রাবণনা সীতাবু হুররিবনি।

শ্রীরামচন্দ্র রাজাভিষেক লোইরবদা বন্দিশিংনা রামগী মত্তিক-মগুণ শৈশকখি। রামনা মথুং লোম্বহুনা জনক নিংথৌদা হঙ্গংখি—মহারাজনা ঐখোইবু কোনবিবি মহারাজগী নগুণনা ঐনা রাবণ হাৎপা ঙমজরি-বনি। অসিনচিংবা হঙ্গংলগা চৎখিবগী বিদায় তৌখি। মতৌ অমুম্না মাম কেকয়নচিংবসু চৎপগী বিদায় তৌখরে। সুগ্রীব, অঙ্গদ, হনুমান্ বলনচিংবসু মারী-মাতাই কয়া শামহুনা থা মঙা লৈমিম্মগা শিন্নির

ঋতু (ইন্নমথা) য়োরকপদা চৎপগী বিদায় পিখরে। বিভীষণসু লঙ্কাদা হনবগী বিদায় পিখরে। উপহার কয়া পিখরে। পেন্দম্নুনা শ্রীরামনা ঙকশম-দগী চন্দ্রাভ মণি পরেং হুক্তোক্তুনা হনুমানদা শিবিখরে। রামগী বিদায় কংদুনা সুগ্রীবনচিংবা ময়ুম ময়ুমদা হন্নখরে। শ্রীরামচন্দ্রনা লক্ষ্মণনচিং-বগা মুংঙাইনা ফম্মিন্নদুনা লৈরিডৈদা হুমিদাংরাইদা পুষ্পক দোলাইনা হাইরকই—রামচন্দ্র। হৌজিক্তি ঐ কুবেরগী মফমদা চৎচরগে। পুষ্পক দোলাইগী বা তাবদা শ্রীরামনা পুষ্পকপু ধুপ-দীপ, কবোক অফাবন-চিংবনা পুজা কৎলগা চৎখিবগী বিদায় পিখরে।

অযোধ্যাদা সীতা রাম চহি লিশিং তরা চুপ্পা পামিন্নখি। নোংমা শান্নফম অশোক বনদা চংখিরম্মি। গর্ভলক্ষণ উবদা রামনা সীতাদা হংখি—প্রিয়ে। নং করি পাম্বগে? হাইয়ুদনা? শ্রীরামগী বাহং তাবদা সীতানা তপোবনদা অমুক্তং চৎচনিংঙি হাইখি। শ্রীরামনা অদুদি হয়েং চৎসি হাইরম্নগা সঙ্গাইগী কাজাওদা লেংশনখরে। কাজাও মমুংদা মনাই-মশনশিংগা লোইননা মখল মখলগী বারি-রাতাই শান্নখি। মতম অদুদা শ্রীরামবু খোংগল্লিবা বিজয়, মধুমত্ত, কাশ্যপ, মঙ্গল, কুল, সুরাজ্জি, ভদ্র অসিনচিংবনি। বারি মতাংদা শ্রীরামনা হংখি—কোমুং মমুংগী মীশিংনা, লৈপাক প্রজানা রাম ঐগী মরিদা, সীতাগী মরিদা, ইচিন-ইনাওশিংগী মরিদা করি করি হাইনবগে? অদুগা ইমা কেকয়ীগী মরিদা করি ঙাংনবগে? ভদ্রনা মখুৎ লোম্নদুনা হঙ্গৎখি—মহারাজ! লৈপাক প্রজানা মহারাজবু য়াম্না থাগৎনৈ। হাৎ ঙমদবা রাবণবু তরাই তরাইনা হাৎপা অঙকপনি! চাওরবা বিজয়নি হাইনৈ। শ্রীরামনা হাইখি—ভদ্র। অফবত মহাই, ফত্তবা ঙাংনরবসু চিংনদনা হাইয়ুনে? ভদ্রনা হঙ্গৎখি। লম্লোং মরি কাংবদা, কৈথেল্দা, লম্বীদা, বনদা, উপবনদা মহারাজগী মীনা তৌঙমদবা সমুদ্র খিংবনচিংবা থবক কয়া শিংথাদুনা

য়াম্না ঙাংনরি। অদুগা লৈপাক্কা অসিমসু হাইনৈ—লঙ্কাদা লৈরুরবী হিংচাবগী খুত্তম চল্লুরবী সীতাবু রামনা করি অমত্তা হঙোইবা পোক্কে, লৈপাক মপুন। অদুম তৌরবদি ঐখোইসু ঐখোই ঐখোইগী তাঙোইদা খাংবা তাইদো। অদিনচিংবা কজোই-কমাং কয়াসু মচি-মচিদা ঙাংনরি। মাপুম্বা তারগা শ্রীরাম থৌগন তৌরিবা অপুম্বা চৎপগী বিদায় পিখরে। থোংশংবদা মনাওশিং কৌরু থৌদাখরে। মনাওপুম্বা য়ৌবকখবে। মথুং লোম লোমহুঁনা ময়াম্বা নাক্তা চংশনখরে। রাহুনা উম্বা থাঙ্গল্লবা, তারমদাইগী কোরোহনবগুম্লবা মীৎমা ঈড়া চেল্লবা ময়াম্বগী মাইথোং উবদা পুক্নিং তুজুং পোক্কা ময়াম্ববু খুরুমখবে। মনাওশিংবু চেৎনা চেৎনা আলিঙ্গন তৌরগা হাইরকখি—নখোইদি ঐগী ইবম্নি, নখোইনা ঐগী খরাইনি, নখোইনা পিবা লৈপাক ঐনা ঙাকচবশাবনি ইযাম্বন। হাইবা অপুম্বা নখোইনা ইনগনি, শ্রীরামনা অসুম্না হাইবা বাহৈ-রাতা তাবদ মনাওপুম্বা তথুক তথুক লাওনা মখাগী বাকম ঙাইহুনা লৈখরে। শ্রীরামচন্দ্র চিনবান্ য়ারী ব্রক কংনা মনাওশিংদা হাইগরে—ঐগী হাইগদোনিব, রাকমসিদা নখোই নপুক্লিং অমা ওইনা খনগনু। লৈপাক প্রজাগী রাথোক অমা ইয়াম্বদা চাওনা লৈবে মতুনা ইথমোই অসি শেৎ কাইহল্লি। ঐসু ইক্ষ্বাকু শাগৈদা পোকপনি, সীতাসু জনক শাগৈদা পোকপনি। রাবণনা সীতা হরুরে, ঐনা রাবণবু মাংহল্লে। লঙ্কাদা লৈরুবী সীতাবু তরাই তরাইনা করম্না অযোধ্যা লৈপাক্ক পুসিগে অদি হাইনা খন্দুনা সীতাবু মৈদা ইকইদো, হুমিৎ-খা হুংশিং, এতিযা অসিপুম্বনা সীতাগী মবান মরিক অমা ফাওবা লৈতে হাইখিবা লক্ষ্মণ নংগী নমাংদনিদো, লিচৎ কাইত্রবী সীতাবু স্বরারেণনা ইথুংতা শিন্নবিবনিদো ঐগী থমোইনা সীতাগি মরুবীনি মুম্না খংঙি, অদুনা অযোধ্যা লৈপাক্কা সীতাবু পুবক-পনি। লৈপাক প্রজাগী চিবোব চিবোন অসিনা ইথমোইদা কন্না রৈখরে।

ইথমোইসি য়োনা থাখরে। মীংচৎথিবা মীদি ঙাংনরিবা মথৈ নরক্তা তাহ্নুনা লৈ হাইরিবনি। পুকচেল চাউবশিংনা মীংচৎকীদমক্তা থবক করা হোৎননরি। মীংচৎ থিগনি হাইরবদি নয়াম্বা ঐ ইথরাইস্নু লাইনা থাঙমগনি, নখোইপুম্বমু থাঙমগনি হাথোক কিরবা ঐনা সীতাবু করিগী থাঙম্লোই।

হয়েং অয়ুক অঙনবদা সুমন্ত্র সারথিনা থৌদ্রুনা দোলাই পুরকদবনি, সীতা পুত্রনা গঙ্গাগী থাংবা বাল্মীকিগী আশ্রমদা সীতা থাদোক্লগা লক্ষ্মণ। নং থিন্দনা লাকুদবনি। সীতাদা হা করিগুম্বা অমত্তা হাই-রোইদবনি। ঐনা হাইরিবসি থাম্লবদি ইয়াম্বগী পেন্দবা ওট্টগনি, পেন্দবক্ত নত্তনা বা মনক্তা বা থেৎলক্লবদি নখোইপুম্বদা শাপ তৌগনি। ইয়াম্বনা হাইবা ইনবা ইনাও ঙাক্তনি। ঙসিমকস্নু সীতাদো আশ্রম য়েংনিংঙি হাইখিবনি। ঐনা পুত্রুনা য়েংহনগনি হাইখিবনি। অসি হাইনা হাই-রম্লগা পীরাং ঈহৌননা শ্রীরামচন্দ্র সঙ্গাই মহুংদা লেংশনখরে অথাবা-সমুদ্রদা লুপ্ত্‌না লৈখরে।

অহিং হৌখরে, নোংপোক মাইকৈ ঙাম্লক্লে অথাবা মৈশা লাংলবা লক্ষ্মণ চিনবান্ য়ারী কংনা সুমন্ত্রদা হাইখরে—সারথি। নিংথৌ য়াথংনা সীতাবু আশ্রম তানা পুবা তারি, দোলাই শেমশারো। লক্ষ্মণগী য়াথং ফংবদা সুমন্ত্রনা শেম-শারবা দোলাই পুরক্ত্‌না লক্ষ্মণ সীতাগী নাক্তা চংলক্লে, ইতৈমা। ইতৈমনা য়েংনিংলিবা আশ্রম অদু য়েংহল্লু হাইনা ইয়াম্বনা ঐঙোন্দা শিম্নবিরি। নিংথৌগী য়াথং মখুংইম্না য়েংঙ্‌রসি আশ্রম লমদম, লেংখৎপিরো দোলাইথক্তা। লক্ষ্মণগী হা তাবদা সীতাদেবী হরাও হরাওনা ফীরোল শেৎ-ইন্দুমা মণিমুক্তা শিত্রুনা চৎকদবগী থৌরাং-থরে। দোলাইথক্তা কাখরে দোলাই থৌবা হৌখরে। শ্রীরামচন্দ্রগী য়াথং কাওবা লৈতনা কম্না থৌখরে দোলাইদো। লমদম থাম্লক্লবদা

সীতাদেবী লক্ষ্মণ য়েংহুনা হাইরকই—লক্ষ্মণ। ঐবু ঙস্ত্রিদি অমঙ্গলগী খুদম্ কয়া উঙ্গেদা।। মীৎ চোংল্লে, হকচাং অসি তন্নিক তুনিকখরে, খমোই চোংখরে। পৃথিবীসিম্ন ইহাং হাংনা ইমিৎ অসিদা উখরে। ময়ামগী মঙ্গল ওইনিকো? ইনেমসীজনিংগী কত্তবা থোক্লোইকো। সীতাগী বা তাবদা লক্ষ্মণ চিন্নদি মঙ্গল ওইগনি হাইরি, থমোইদি মক্লুফংনা কংখরে। গোমতী তীর্থ লাল্লুনা গঙ্গা তোর্ব্বান তারকপদা লক্ষ্মণ হিক্লা হিক্লা কপ্লক্লে। সীতাদেবীনা হাইরকই—লক্ষ্মণ! করিগীনো কপ্লিবা? থরাইনা য়েংনিংবা গঙ্গাদেবী য়োরক্লহুনা মুংঙাইরক্লবা পুংফমসিদা করিগী ঐবু বাহল্লিবনো? নয়াম্বু মুমিৎ নিনিদং উদবসিদা নং বারিব্রা? গঙ্গা ঈড়াল্লুসি তপস্বীশিং খুকয়ুসি, মুনি ঋষিশিংদা ফীরোলশিংসি কৎ-লুরসি, আশ্রমদা অহিং অমা লেল্লগা অযোধ্যা তানা হনগনি, করিগী বাগনি। সীতাগী বাসি তাবদা পীরাং চডুম চডুমতা তানা লক্ষ্মণনা হিহোনবা কৌথরে। হিহোনবনা হি পুরকখরে, লক্ষ্মণনা সীতাবু গঙ্গা লালহনখরে। সুমন্ত্র সারথি দোলাই শংহোরে।

গঙ্গাগী বাংমা তোর্ব্বান তারবদা লক্ষ্মণ পীগীথারা শিস্থ শিম্বহুনা খুৎফাং অনি লোয়হুনা মতৌমা সীতা শংত্রিক য়েংলগা হফংথরে—ইতৌমা! মীগী মরাদগী বাখল নৈবা ইয়াম্বনা ঐগী থমোইদা থোরবা টাশোল অমা লেংবিবা অসিগী মহুত্তা ঙসি ঐ থরাই থাদোকখিবনা অথোইবা ওইগনি, অঙ্গু ওইরবদি মীনা থিনা হাইগদবা থবক অসিদা ঐ শিস্থ ফংলম্লোইদবনি। ইতৌমা' ঐবু থোজালবিয়ু। ঐঙ্গোন্দা ইরান্ শিরিগয়ুকো অসি হাইনা হাইরল্লগা লক্ষ্মণ নৈমাই থক্তা বাস্তু-হুনা তাখরে। হিক্লা হিক্লা কপ্পুনা নৈমাইথক্তা তাখিবা মশা শিদোকপা পাল্লবা মনাওনিপা লক্ষ্মণচন্থু উবদা পুক্রিং ল্যাংতক্লবকী সীতাদেবীনা লক্ষ্মণদা হাইরকখি—লক্ষ্মণ! নংনা হাইরিবসি ইতৌমা খংবা ঙমদরে,

শেংনা অমুক্তা হাইয়ু, নয়াখনা নংঙোন্দা শাপ করবা ভোরক্লবগে ? ইতৈমদা শেংবা অমুক্তা হাইয়ু, ইতৈমনা ইনাওশীদমক নয়াখদা হঙ্কৎ-কনি। মতৈমগী রা তাবদা লক্ষ্মণ মনাই মুক্থখরে। পীরাং চদ্রম চদ্রম তাদুনা মতৈমদা হাইরক—ইতৈমা। রাজসভাদা ইতৈমগী মরমদা লৈপাক প্রজানা ঙাংনবা তমথিরবা রাকম অমা তাবদা ইরাদুনা থবোই চাক্লা ঐঙোন্দা তম্নরগা সুঙ্গাই মনুংদা লেংশনখরে। রাকমদুদি ইতৈমদা হঙ্কৎলরোই। লৈপাকী রাখোক কিবনা নিংথৌনা মরাল মরিক অমা লৈত্রবী ইতৈমবু থাদোক্ল, হাইনা ঐঙোন্দা য়াথং পিদুনা গঙ্গা বাংবা অসিদা ইতৈমবু পুরক্লিবনি। তপোবন অসিগী মপু বাল্মীকি মুনি অসি ইপানিংথৌগী মরূপনি। ইতৈমা। আশ্রসিদা মুনি মাগী মরুমদা লাই-নিং পরৈ চেৎনা মুংঙাইনা লৈবিয়োকো। শ্রীরামচন্দ্রবু থমোইদা চেৎনা কোনবিয়ুকো, ইতৈমগী মঙ্গল শোইদনা ওইগনি। লক্ষ্মণগী তমথিরবা বাসি তাবদা সীতাদেবী অরাবা ভমৈঙ ফংদুনা লৈমাইথক্কা হাইথখরে। পুঙ্গোই থর রাম্বকুরগা অরান লাক্নবী সীতাদেবী পী চদ্রম চদ্রম তা তাদুনা মনাওনিপা লক্ষ্মণদা হাইরকখি—লক্ষ্মণ। নোংদম্বনা ইতৈমগী ইশাসি শেম্নকপদি রানবত ওইনা শেমখ্রমারে; ঙসিদি অরাবত্র মূর্ত্তি থাদুনা ইমাংদা শংশংনা লেপ্লবত্র ঐনা উবা ফংলেদে। গঙ্গা ইরোল-কুংদা ইথরাই থারবস্থ নিংথৌগী সন্তান লংজিল অসি ভত্রুরা মাংবা ভাইদো, লক্ষ্মণ। নিংথৌগী য়াথং থাকদে, থাদোক্লমু নতৈমা ঐবু। ইরাসিমতুদি অমুকং তাখোকো। ইনেমশিংবু ঐনা খুরুমজবা, নিংথৌ চরণবু ইকোক্লা শোকচবা অসিদদি চিংদনা তমিয়ুকো। ইতৈমা মকুং-কীনি হাইবসি ঐগী ইবুঙ্ঙোনা য়ুম্না শংবিরিবনি। "ইপুরোইবা হাইবা অসি মুপীওইবীগীদি অথোইবা দেবতানি, গুরুনি, অমুনা ইপুরোইবগী অপাঙবত্র থরাই খার-কাওবস্থ ভোগদবনি, অদুবা মহারাজ। ইখাগীদমক্তদি

ঐ খোইমা রাজদে," অসি হাইনা লক্ষণ নংনা ঐগী ইবুঙোদা পাও-দম্নিয়ুকো। অসি হাইনা হাইরিবী সীতাবু পীরাং ঈহোননা লক্ষণনা খুরুমখরে। সীতাদগী বিদায় লৌদুনা লক্ষণ অযোধ্যা ভানা হনখরে। চংখিবা লক্ষণবু হয়া হয়া য়েংদুনা সীতাদেবী ওমখৈ টৈলতবা অরাবা সমুদ্রদা লুপখরে।

আশ্রমদা কপ্তুনা লৈরিবী সীতাবু উবদা মুনি মচাশিংনা বাল্মীকিদা চেন্নকৎনা—ঐখোইগী আশ্রমসিদা লক্ষ্মীগুম্বী ফনাওবী অমা কপ্তুনা লৈরে; অসি হাইনা পাওদম্নরে। পাও তাবদা বাল্মীকি সীতাগী নাক ভানা লাকখরে। দশরথগী মমৌ রামগী রাণী সীতা নংনা আশ্রমসিদা লাকই তাবদা ঐ ননাক তানা লাক্লিবনি। নং লাকপগী মরম ঐ মুন্না খংলবনি। নরান লৈতবীনি হাইবসি ঐগী তপস্যানা খংবা ঙম্মি। ঐগী বাক্তা লুংঙাইনা লৈয়ু। লাও ঐগী নাক্তা লৈরুসি, অসি হাইদুনা সীতাবু বাল্মীকিনা পুখরে। লাক্লিবী সীতাবু মুনিশিংগী ধর্ম খোং-লোইনবীশিংনা তরাম্ তরাম্ ওকখরে। বাল্মীকিনা ধর্ম খোংলোনবীশিংদা সীতাগী পরিচয় তাকখরে। লম্বীদা লক্ষণনা সারথিদা সীতাগী অরাবা ফয়া রারি শাখি। মতু তাবদা সুমন্ত্রনা সীতাগী মরিদা বারুগনু হাইনা থাওয়েনখি। সুমন্ত্রনা তাহোবা মমাংঙৈগী খৌদোক লক্ষণদা রারি-শাখি—লক্ষণ। নোংদমগী নোংদম লেংখদবনি য়েংউ—মমাংঙৈদা অত্রি মুনিগী মচা দুর্বাসা মুনিদু বশিষ্ঠগী আশ্রমদা চহি চুপ্পা লৈবম্মি। নোংমা দশরথনা মুনিগী নাক্তা চংখিরম্মি। দশরথনা দুর্বাসাদা ঐগী বংশগী থমখৈ ফদাইদা লোইগদগে ইচা রামনা ফয়া কুইনা পুজিগদগে, অতৈ ইচাশিংনা ফয়া কুইনা হিংগদগে? অসি হাইনা হংবদা দুর্বাসানা হাইখি—মহারাজ। লাই-হিংচাবগী লালকমদা খোকখিবা খৌদোক অমা ঐ হাইগে তাও—লাইদগী মাইথি ফংলবা হিংচাবশিং

ভৃগু মুনিগী ধর্ম্মপোৎলোইনবীদা আশ্রয় তৌদুনা লৈখি। হিংচাবগী আশ্রয় পি হাইদুনা ভৃগুগী মপীডবু শ্রীবিষ্ণুনা হাৎখি। মতালোই কাই-নবগী রারবা ভৃগুমুনিনা শ্রীবিষ্ণুদা শাপ তৌখরে—"প্রভো। ইবুঙ্ঙোনা মীগী মপোক্তা পোকপিরগা ঐনা বারিবসিগুম্বা বাবিয়ুকো"। শাপ অসি শ্রীবিষ্ণুনা হবাওনা লৌখরে। অদুনা মহারাজ দশরথ। নংগী নচা রামসে শ্রীবিষ্ণুগী অবতারনি। নচা রামসি অযোধ্যাদা চহি লিশিংতরা চুপ্পা নিংথৌ ওইগনি, রামগী মচাসি সীতাদা অনি পোক্কনি। অসি হাইরগা দুর্ব্বাসা বা ভাংখিদরে। দশরথস্ মুনিবু খুরুম্মুরগা অযোধ্যাদা হল্লকখি। লক্ষণ! রাকম অসি সুমন্ত্র ঐগী থমোইদা চুদুনা লৈহোই। সীতাগী মচা অনিদা বামনা রাজঅভিষেক তৌরখিগনি। অসি খংলবদা লক্ষণ। সীতা রাম অনিগী মরিদা করি রানিঙ্ঙাই লৈবগে? অসি হাইনা বারি শান-দুনা লাকপদা সাবথি লক্ষ্মণ অনিদো লমখাংদা মুমিৎ ভাথোকখরে। কেশিনী লৈপাক্তা পন্দুনা লৈখি। অযুক্তা অযোধ্যা তম্মা লাকখরে। মুমিৎযুংবা মতমদা অযোধ্যা য়ৌখরে। শ্রীরামচন্দ্রগী নাক্তা লক্ষ্মণ চংশনখরে। মীৎলু ঈডা চেন্না মখুৎ লোম্নদুনা ময়াম্বদা পাওদমখবে। বাল্মীকিগী আশ্রমদা ইতৈমবু থাদোক্লরগা ননাও ঐ চরণদা চংজরক্লিবনি। য়াম্মুং। থোইনা বাবিগনু—

পৈখৎলম্বা সম্পতি অমাংবনা—অরোইবনি
ফগৎলম্বা মথৌনা তারকপনা—অরোইবনি
লৈমিন্নরম্বা 'পুম্বা কাইনবনা—অরোইবনি
মীওইবশিংগী পুক্তি অশিবনা—অরোইবনি॥

মরম অসিনা ইচা-ইশুদা মরূপ-মপাংদা লল-থুমদা হক্চম্না পুক্তিং থম্মোইদবনি। লৈপাক রাথোক্তি অসিনা অমুক লোইবা নত্তে হাইবসি সনা বুদ্ধি থম্ববিগনি। মনাওগী বা তাবদা শ্রীরামনা মনাওদা হাইখি—

লক্ষ্মণ। নরা তাবদা মৈচাক পুম্বা মুৎখরে। পুক্লিংসি ইপেন্দুম পেন-খরে। নংগুম্বগা ইচিন-ইনাও ওইবা, ফংঙমদবনি। ইয়াম্বনা গুম্বিং মরিনি চুপ্পা লৈপাক রায়েল্দা চংঙ্‌দবসি নিঙমদবনা থমোই কাইংহ'ল্লদো। লৈপাক রায়েল মপুনা নোংমগী তৌফম থোকপা রায়েল বিচার তৌদ্রবদি অকিবা ফংলবা নরকতা—খোংদাই হাইনৈ। লক্ষ্মণ। য়েংউ মতুগী খুদম—ব্রাহ্মণ অনি মগবী মুমবদা নৃগ নিংথৌনা রায়েল চুম্না তৌবা ঙমদবদগী ব্রাহ্মণনা শাপ তৌদুনা কৃকলাস (গুম্বিংয়ুংবী) ওইখি। মতৌ অমুম্না শ্রীরামচন্দ্রনা নিংথৌ রায়েল চুমদবগী নিংথৌ-শিংগী থোকখিবা থৌদোক কয়া রারি লিতুনা লক্ষ্মণবু তাহনখি। অয়ুক ওইরক্লবদা অয়ুকী তৌগদবা ধর্ম্ম ক্রিয়া লোইরগা শ্রীরামচন্দ্র ব্রাহ্মণশিংগা লোইননা রায়েলশংদা লেংশনখরে। মফম কৈদা রায়েল পথাপ লানবগে য়েংউ হাইনা লক্ষ্মণদা শিম্বাখরে। লক্ষ্মণনা প্রভু-রামচন্দ্রনা প্রজা শাসন তৌরিঙৈদা রায়েল পথাপ লান্দবনা প্রজাগী অরা-অনা লৈতবা উতুনা—শ্রীরামদা প্রজাগী গুংঙাই য়াইফবা হঙ্গৎখরে। মতৌ অমুম্না লৈপাক রায়েলগী অরান-অশোই কদাইদা লৈবগে হাই-দুনা রাম-লক্ষ্মণ অনিনা মুম্বিং খুদিংগী সভা কৌ কৌদুনা তাম্নখি।

নোংমদি নিংথৌগী সভাদা ব্রাহ্মণ ময়াম লাক্লুনা লাওরখি—যমুনা মপান্দা লৈরম্বা মধুহিংচাবগী মচা লবণাসুরনা ঐখোইপুম্ববু য়াম্না ওৎ-নৈরে ঐখোই রারে। রাসি তাবদা শত্রুঘ্নবু লবণ হাৎনবা থৌ-দাখরে। মাংজোননা লাম্নী থাখরে। থা অমগী তুংদা শত্রুঘ্ন মধুবন তানা চংখরে। লম্বী থোক্লুনা বাল্মীকিগী আশ্রমদা শত্রুঘ্ন য়ারেক-খরে। অহিংতুমক্তদা সীতাদেবীমু মচা অনি পোকখরে। মতুগী পাও মুনিমচাশিংনা বাল্মীকিদা তম্মখরে। পাও তাবদা বাল্মীকি লাক্লুমা অঙাং মাংহনবা ভূত-প্রেত হুমকুমরি চংবা ঙমদনবা কুশ মতোল্ কুশ

মকোক (লব) অনিস্নিনা অঙাং অনিত্থু তৈথোক নাম্থোক পিখরে। হান্না পোকপত্থু কুশ মতোন্না নাম্থোকই হাইদুনা"কুশ"কৌখরে। কোন্না পোকপত্থু কুশ মকোক্না(লবনা)নাম্থোকই হাইদুনা "লব" হাইনা মীং থোনখরে। শত্রুঘ্নহু সীতানা মচা অনি পোক্লে তাবদা নুংঙাইখদুনা ইমা। নরাইবক ফবনা লচা ফংলেদো হাইনা মপুক্লিংদা শোনখি, ময়াম্বা য়াথং ফংদবনা শত্রুঘ্নহু সীতাগী নাক্তা চংলমখিদরে। নোংঙানবদা মুনিদগী বিদায় লৌদুনা মধুবন তানা চৎখরে। চ্যবণ মুনিনা লবণাসুরগী মপাঙ্গল অসুক কল্লি হাইনা শত্রুঘ্নদা তমখরে। লবণগা শত্রুঘ্নগা লাম্থেংনখরে। লবণনা হাইরকই নয়াম্বনা ইমাগা পোকমিন্নবী ইন্দোলগী মবুং রাবণবু হাৎখিবনি। মহুগী লমন ঙসি নঙোন্দা শিংলগদবনি। অসি হাইনা হাইরগা খুৎলাই মখল মখল কাপ্পরবা তুংদা শত্রুঘ্ননা লবণ হিংচাবহু হাৎখরে। লবণ হিংচাবা হাৎলবদা লাইয়াম পেল্লদুনা শত্রুঘ্নগী নাক্তা লাকখরে। অপাম্বা বর নিজৌ তাকপিখরে। পুক্লিং হুনিঙাই ওইরবী মধুরাদা (মধুপুরীদা) শূরসেনা (অথৌবা লাম্মী) শিং চংবা ঙম্বা পিনবিয়ু নিখরে। যমুনানা লৈতেংলবা থা মচেৎ শারবা মধুপুরীদা শূরসেনা চংখরে। শত্রুঘ্ননা চহি তরানিথোই চুপ্পা ঙাক্লুনা লৈপাকমরা চেৎলবদা শ্রীরামদর্শন তৌনিংঙকখরে। অযোধ্যা তম্মা লাকখরে। লম্বী থোক্লুনা বাল্মীকিগী আশ্রমদা চংখরে। বাল্মীকিনা অতিথি পুজা কৎখরে। বাল্মীকিগী আশ্রমদা পল্লিঙৈদুদা শত্রুঘ্নদো সংস্কৃতনা ছৈরেংবা লয়-তাল খোংনেৎপা রামচরিতগী ঈশৈ অমা ইখং খংহৌদনা তাখরে ছৈরেং ছৈশক্লু তাবদা শত্রুঘ্নদো থোকখিবা থৌদোক চুমখিবনা মীৎলু ঈরা শিম্বদুনা ঙাইহাক পুক্লোই য়াম্বখরে। ঈশৈ অহু তাবদা থোকখিবা থৌদোক পুম্বহু হৌজিক্কা ওইগুন্না খনখিদো। ঈশৈ তাবদা মধু নিংথৌ শত্রুঘ্নগা লাকমিন্নবা অপুম্বা অঙকপা সমুদ্রদা তাওখরে। মীয়াম পুম্বদা মংগুন্না

থোকখরে। রামগী লিচৎশিং অদু ঈথৈ ওইনা শক্রকপগু তাবদা শত্রুঘ্ন রাখন্দা অহিং তুম্বা য়াখিদরে। নোং ঙানবদা বাল্মীকিদগী বিদায় লৌদুনা অযোধ্যা তম্না লাকখরে। শ্রীরামচন্দ্রবু দর্শন ফংখরে। লবন হৎচাবা হাৎপগী বারী-বাতাই পুম্বা চিৎথদনা হন্দংখরে। য়াম্নুং য়াওদনা লৈবদি মমা য়াওদবা মম্লাওগুম্বা ননাই ঐঙোন্দা থোক্লে। মনাওগী বাসি তাবদা শ্রীরামচন্দ্রনা মনাওদা ক্ষত্রিয়গী মথৌদি প্রজাবু ঙাকপনি, মদুদা কনাগী-দময়ক্তা বানিঙাই ওইদে অসিনচিংবা নীতি তাক্লগা চৎলো বিদায় পিদুনা মুম্বিৎ তরেৎনিগী তুংদা শত্রুঘ্ন মধুপুরীদা থোংশানখরে।

শত্রুঘ্ন চৎপ্রবা তুংদা নোংমা অহল ওইরবা ব্রাহ্মণ অমনা মচা অশিবা পুরক্কুনা নিংথৌগী সনথোংদা তেংথাখরে। মনুং মতম চাদনা ইচা শিবদি নিংথৌ বায়েল পথাপ চুমদবননি। মহারাজ। ঐগী ইচা হিংহল্লু, নৎত্রবদি সনথোং অসিদা অশিবা অঙাং অসিগী মমাগা ঐগা থরাই থারগনি। ব্রহ্মবধ পাপ ( বামণ হাৎপগী পাপ ) মহারাজনা পুদুনা লুংঙাইনা পানবিয়ু. অসি হাইনা তেংথাবা খোঞ্জেল তাবদা শ্রীরামচন্দ্র ঙমথৈ লৈতনা বাখরে। খুদক্তা মন্ত্রিগণুল কৌখরে। বশিষ্ঠ বামদেবনচিংবা লেংলকখরে। শ্রীরামচন্দ্র মখুৎ লোম্নদুনা পোংদা ব্রাহ্মণনা মতম চাদনা লাওরবা অঙাংশিবগী মরম হংখরে। নিংথৌগী বা তাবদা শ্রীনারদনা ঋষিপুম্বগী মমাংদা পাওখুম পিরক্লে—মহারাজ। হৌজিক শুদ্র অমা তপস্যা তৌরে. নিংথৌগী শাসন রাৎপনা মতম নৎতনা প্রজাগী অবাবা নংবনি, মদু থিজল্লু, মদু ওইরবদি শিরিবা অঙাং অসি হিংগনি।

নারদগী বা তাবদা শ্রীরামচন্দ্রনা মনাও লক্ষ্মণদা হাইখরে, লক্ষ্মণ। ব্রাহ্মণ অসি থেমজিল্লু, অশিবা অঙাং অদু থাওদা থাদদুনা থম্মু, অসি হাইনা হাইরম্লগা শ্রীরামচন্দ্র লিরুং তেন্দোং থাইদুনা দোলাই তোংদুনা

তপস্যা তৌরিবা শূদ্রম্ব থিবা চৎখরে। নোংচুপ, ন্যোংপোক, অরাং ঙমথৈ থেংনা শিখরে, শূদ্রত্থ উবা ফংখিদরে। খা মাইকৈ পাংলকপদা বিন্ধ্য চিংগী শৈবল চিংগী অরাংদা তপস্যা তৌরবা অমা থেংনখরে। শ্রীরামনা তপস্বীত্থদা ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রিয়, বৈশ্য, শূদ্র জাতি মরি অসিগী মধ্যংদা করম্বা জাতিনো? হাইনা পরিচয় হংখরে। শ্রীরামচন্দ্রগী ৱাহং তাবদা তপস্বীত্থনা খুমখরে, ঐ শূদ্রনি ইমিং শম্বুক কৌই, অসি হাইনা পরিচয় পিখরে। শূদ্রনি হাইবা পরিচয় খংবদা শ্রীরামচন্দ্রনা খুংসু থাংশাং শৎতুনা শূদ্র অত্থ হাৎখরে। লাইয়ামপুম্বা পেন্দুনা নৈগী নোং চুথহনখরে। শ্রীরামচন্দ্রনা ব্রাহ্মণ মচা হিংহনবিয়ু হাইনা বর নিখরে। লাইয়াম্না ব্রাহ্মণ মচা অত্থ হিংগৎলম্বা রাম নংনা থেংনরগনি হাইনা হাইখরে।

অসোমদা শূদ্রত্থ হেক হাৎপদা ব্রাহ্মণ মচা অত্থ হিঙ্গৎখরে। শ্রীরামচন্দ্র অগস্ত্য মুনিগী আশ্রমদা চংখরে। অগস্ত্য মুনিনা শ্রীরামচন্দ্রদা অতিথি পূজা কৎখরে। মখল মখলগী দান তৌখরে। শ্রীরামচন্দ্রনা দান লৌবগী অধিকারদি ব্রাহ্মণভনি হাইবদা অগস্ত্যনা হাইখি—নিংথৌ হাইবসি লাইপুম্বগী অমসুং জাতিপুম্বগী মশক্তি হাইনা পাওতাক পিখরে। অগস্ত্যদগী চৎপগী বিদায় লৌত্থনা শ্রীরাম অযোধ্যা তম্না লাকখরে। নুমিৎ য়ুংবদা অযোধ্যা য়ৌখরে। মনাও অনি কৌশিন্দুনা ব্রাহ্মণমচা হিংগৎখিবগী পাও লৌখরে, মখৌ পাংথোকউবা তমখরে। নখোই অনিগা লোইননা রাজসূয় যজ্ঞ পাংথোকনিংঙি হাইনম্সু মনাও অনিদা হাইখরে। মতমত্থদা ভরতনা খুমখি—মহারাজ! রাজসূয় যজ্ঞ তৌরবদি ক্ষত্রিয় বংশদি পৃথিবীদা তাকপা তারেদো, অসি হাইনা হঙ্গৎপদা শ্রীরামচন্দ্রত্থ চুপ্পি হাইনা খম্দুনা রাজসূয় যজ্ঞ তৌররোই হাইখরে। রাজসূয় তৌররোই হাইরবদা লক্ষ্মণনা অশ্বমেধ যজ্ঞগী ৱাফম হোদোকখরে

শ্রীরামচন্দ্র লক্ষ্মণগী রাকম য়াখরে। অশ্বমেধ যজ্ঞগীদমক্তা চেং হবাই-লচিংবা চংগদবা পোৎলমপুম্বা মণগাড়ী মপোৎ চাম-চামনা খুজিং ওইদুনা লাংখরে। সনানা সীতাগী মূর্ত্তি শাখরে। বিভীষণ সুগ্রীবনচিংবা কৌখবে। যজ্ঞগী থৌরাংদু উবদা শ্রীরামচন্দ্র ঙমখৈ লৈতনা হুংঙাইখরে। মচু অমুবা শগোল থাখরে। শগোল শেনবগী মথৌ লক্ষ্মণদা শিন্না পিখরে। নিংথৌশিং লাকপা ওকপগী থবক্তা ভরত-শত্রুঘ্নদা শিন্নখরে। সুগ্রীবনচিংবদা ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব সেবাগী থবক্তা শিন্নাখরে। ঋষি পূজাগী থবক বিভীষণদা শিন্নখরে।

মতৌ অমুম্না থবক অপুম্বা শিন্দোকপা লোইরদুনা অশ্বমেধ যজ্ঞ হৌগংলক্লবদা বাল্মীকি মুনি শিষ্যকয়াগা লোইনদুনা শ্রীরামচন্দ্রগী যজ্ঞ ভূমিদা ফাওরকখরে. শ্রীরামনা ঋষিদা লৈফম-চাফম্নচিংবা মতিক চানা শেম-শাদুনা কৎখরে। বাল্মীকিনা মাগা লোইনদুনা লাক্লিবা শিষ্যশিংগী মনুংদা শিষ্য অনিথক্তা রামায়ণ মকোক্তগী হৌনা শকউ হাইনা শিন্না-খরে। নোংমদা সর্গ কুনদগী তাদনা শক্তদবনি, রামনা কনাগী মচানো হংলগা বাল্মীকিগী শিষ্যনি হাইনা খুম্মুকো হাইনম্ন পাওতাকখরে। মতৌ অমুম্না বাল্মীকিনা পিনিবা শিন্নাদা সীতাগী মচা অনি হরাও হরাও য়াখরে। রামায়ণ লয়-তানদা খোংনেৎনদুনা শকপা হৌখরে। শ্রীরামচন্দ্র রাজসভাগা লোইননা শক্লিবা রামায়ণ তাখবে। ভর মুনিনা ঈশেংগীদমক্তা শেমদোকল্লবা স্বর তবেৎকী খোম্মোক্তা লয় তালগা লোইননা শক্লিবা রামায়ণদু তাবদা পুং ঈশৈ হৈবা, জ্যোতিষ খংবা, লেখা য়েংবা হৈবা, তর্কশাস্ত্র হৈবা অসিনচিংবা সভাদুগী মীয়ামপুম্বা অপেনবা ঙমখৈ লৈখিদরে। মুনিঋষি অপুম্বা রামায়ণ শক্লিবা অনিদুবু মীৎচানা য়েংলগা মহৈ-মহৈ হাইনরকখরে। অঙাং অনি অসিবু শ্রীরামচন্দ্রগী মীথাংদগী মীখাং তাগুম্নি, খেম্নবু মকোক্তা জটা পুবা, উকুনা ফীজোল ওইবা অসিতনি। উকু-জাটা পুরমদ্রবদি কনানা রাম, কনানা অঙাং অনিগী খেম্নবা কনানা খংঙমগনি। অসি হাইনা

মুনি ঋষিশিংনা মহৈ মহৈ হাইনরিবৈদা সর্গ কুন শকপা লোইখরে। শ্রীরামচন্দ্র পেল্লভুনা সনা মোহর লিশিংতরানিপাল অঙাং অনিদা পিখরে। অঙাং অনি লৌখিদ্রে। উহৈ-রাহৈ চাবশিংগী সনা লুপানা করি কায়-গনি হাইখরে। শ্রীরামচন্দ্রনা রামায়ণগী পরিচয় হংখরে। অঙাং অনিনা খুমখরে—রামায়ণ লেংবদি বাল্মীকিনি, শ্লোক লিশিংকুনমরিনি, কাণ্ড তরুক্তি রামায়ণ নায়ককী পুক্সিগী থোথোক পুম্বা চিংথদনা লেংলি। মহারাজ! যজ্ঞগী হাংলকপা তানফমদা তাবিগনি হুংঙাইনা। শ্রীরামদু মুনি-ঋষিশিং অমসুং নিংথৌশিংগা লোইননা হুমিৎশিংখোং কয়ানিমুক অঙাং অনিদুনা শকপা রামায়ণ তাখরে। ঈশৈদু তারকপনা সীতাগী চাবোক মতাং য়ৌরকপদা শ্রীরামদু কুশ-লববু সীতানা পোকপনি খংখরে। মপুক শেংলবা দূতশিং বাল্মীকিনাক্তা শিখরে। মুনিগী পুক্তিং খংলকউ, লৈপাক্কী মীনোক কোক্রবা সীতা রাশক লোগনি খংহল্লম্ম্, শিষ্যা অসি পুন্তুনা দূতশিং বাল্মীকিগী নাক্তা চংখরে। শ্রীরামচন্দ্রগী পুক্তিং মুনিদা হাইরুরে। মুনিনা য়াথং পিরক্লে. রাম। নংনা অপাম্বা তৌগনি, মুনিগী য়াথং পুন্তুনা দূতশিং রামদা পাওদম্মরে। নোংমগী মতম হোৌখরে। অয়ুক্কী নোংঙাল্লকপদা বশিষ্ঠ, বিশ্বামিত্র, দুর্ব্বাসানচিংবা মুনিঋষি তিনখরে। নিংথৌপুম্বা লাকখরে, য়োংগী তেঙ্গোল থুংলখরে। হুপী অঙাং চিংথ-দনা মাইকৈ পুম্বদগী মীয়াম সীতাগী রাশক তাবা লাকখরে:। মীয়াম তিল্লে তারদা বাল্মীকি মুনি সীতা পুন্তুনা সভাদুদা য়ৌরকল্লে। মুনিগী খোংলোই:তুংইন্না, মাইথোং নুক্কা লাক্লিবী, মীৎলু ঈড়া ঈহোৌবী, খুবাং চাংজো শারিবী, সভা ময়াই তম্লকপী সীতা মাবু উবদা সভা পুম্বা নিনখরে। মুনি অথোইবা বাল্মীকিনা রামদা য়াথং থাম্লক্লে—

দশরথ মপারী। রামচন্দ্র নিংথৌরেণ।
ধর্ম্ম খোংফম কাইদ্রিরী লাইনিংপরৈ চেৎলবী

নতালোই সীতা দেবীবু    লৈপাক মীনোক কিন্থুনা
ঐগী আশ্রম মনুংদা    নিংঙাইদনা থাদোক্লম্মি
সীতা মাদা রাশকপা    নয়াথং ঙাইদুনা লৈরি
অঙাং অনিসি কাইবোক্লি    সীতা মাদা পোকপনি
মহাকমকী নচানি    লানবা ঙাংত্রবা ঐহাক্লি
সীতা মরাল লৈরম্লদি    তপস্থা মহে চারোই ঐদি
দীব্যদৃষ্টি মীংয়েংদা    উবা ফংঙি ঐহাক্লা
সীতা মরান লৈতে থংনা    লৈপাক মীনোক কিবনা
চাম্নবী নতালোইম্নু    নংনা থাদোকপনি থংঙি।

বাল্মীকিগী মা তাবদা শ্রীরামচন্দ্র খুবাং-চাংজো শাত্নুনা মুনিমাদা হঙ্গংলক্লে—তাকপিবা রাকম অচুম্বনি, লৈপাক রাথোক কিবনা মরাল লৈত্রবী সীতাবু থাদোক্লবগী ইরান ঙাকপিগনি মুনিনা। অত্নম্লদি ওইহিক্লগা তিল্লিব' মীয়াম অপুম্বা সীতাগী রাশক তাগনি লাকপনি, তাহনবিগনি সীতাগী রাশক মীয়াম্বু। মরোল তবামরিদগী লাক লাক্লনা তিল্লরিবা ময়ামত্নবু উবদা তপস্বিনীগী ফীজোল শেৎ-ইল্লিবী মাইথোং লুরুক্লরবী জানকী দেবী সীতা খুবাং চাংজো শাত্নুনা মীয়াম মাংদা হাইরকম্লে—সীতা কৌবী ঐহাক্লা ঐগী ইবুঙেঙাদগী অতোপ্পা অমদা ইপুক্লিংসি শেপ্পা লৈত্রবদি ইমা ইবেম্মা লৈপাক লৈমা। চংকম লৈখুন পিনখিম্নুকো, ইপুক্লিংনা অমম্নুং রাঙাংনা অমম্নুং ইথোনা ঐগী ইবুঙেঙাগী পুজা কংপমক্ত ওইরবদি ইমা ইমেম্মা। নচাগী চংকম ইমানা পিন-খিম্নুকো। অসি হাইনা সীতানা রাশকলকপা মতমত্নুদা ইথং থংহৌদনা লৈম্নুংদগী মক্ত্রবা আসন অমা ফাওগৎলকখ্রে। মতমক্তুদা লৈপাক-লৈমা চোংথোক্লক্লে, সীতাবু কোন্দুনা আসনত্নুদা ফমহনখ্রে, লৈম্নুং মাইকৈ তমখ্রে। সীতাবু কোন্দুনা লৈপাকলৈমা ইমানা লৈম্নুংমাইকৈ

তমথিবদা অতিয়াদগী লৈগী নোং চুপ্পখরে। সীতানা লৈন্নুং চংখিবা উপদা তিল্লিবা সভা অপুম্বা ওকপগী ওমথৈ লৈখিদরে। শ্রীরামচন্দ্রন্থ ঈড়া চেল্লবা মীংয়েংনা মাইথোং-থম্বাল মুক্লনা য়েংতুনা ওমথৈ লৈতনা ৱাখরে। শ্রীরামচন্দ্র অৱা নুংশি য়াম্নথুনা কপ কপ্লতুনা হাইখরে— সমুদ্রৱাংমদা লৈবা লঙ্কাদগী সীতাবু পুরকপদি ওম্লগা রাম্না লৈন্নুংদগী সীতা পুরকপদি করি-গীদি ওয়্লোই, ইমা লৈপাক্‌লৈমা। খুরুমজুনা হাইজরি, সীতা তম্না পুখং-পিরকউ, নংত্রেবদি ঐগী অশাওবা মপাল থোকহল্লগনি। ৱামগী অশাওবা ইমানা হেন্না খংবিরিবনি। সীতা পুখংপিরকউ ইমা। নংত্রেগা ঐগীসু চংফম লম্বী পিনবিয়ু। লৈন্নুংদা সীতামাগা লোইনজনুনা নচা ঐহাক লৈজগে। ওসি সীতা পিনবিদ্রবদি চিং-মানগা কোম্ননা ইমাগী ফীরেপ কাইহল্লগনি, জগৎতা পৃথিবী লৈহল্লরোই, জগৎসি ঈশিংগী মশক ওই-হল্লগে।

অসি হাইনা শ্রীরামচন্দ্রনা অশাওবা মপাল থোক্লা হাইরকপদা প্রজাপতি ব্রহ্মা লাইময়ামগা লোইনন, শ্রীরামচন্দ্রগী নাক্তা ফাওরকখরে, শ্রীরামদা হাইখরে—হে রামচন্দ্র। করিগী অতক য়াম্না ৱারিবা? মগী ং-ডৈগী ৱাকমত্থ নিংশংবিয়ু। নশানা ঐ কর্নানো হাইবত্থ অমুক্তং খন্থ-বিয়ু, পৃথিবীদা শায়োল্লমদাইদা লাইয়ামগা খন্নখিবা ৱাফম কাওথোক-পিরবরা? নংগী অৱা-মুংওাই খোদোকপুম্বা কাব্য ওইনা মতম অহুম খংলবা বাল্মীকি মুনিনা লেংত্রবনি লেংফদ্রবনি। মুনি ৱানা লেংখিবা আদিকাব্যসি রাম নংদা লেংদবা ওইনা লেংত্রবনি। অসি হাইনা হাই-রম্লগা ব্রহ্মা লাইয়ামগা লোইননা লৈফম তানা চংখরে। ব্রহ্মাগী ৱা তাবদা শ্রীরামচন্দ্র বাল্মীকি মুনিদা হঙ্গংখিরম্বী—মুনি অথোইবা + ডুংগী রারী হয়েংদগী তাজরগে, অসি হাইনা হঙ্গংলম্লগা মচা অনি পুন্থনা বাল্মীকিগী খাংপোকশংদা শ্রীরাম লেংখরে। সীতাগী ৱাখল্দা অহিংথুবা

শ্রীরাম বানা লেনখরে। মুনিপুম্বা কৌরগা শ্রীরামনা নখোই অনি চিংনদনা ঈশৈ শরুৎলো হাইনা মচা অনিদা হাইখরে। লব-কুশ অনি উত্তর-রামায়ণ শরুপা হৌগৎখরে। সীতানা লৈমুং চংশ্রবদা শ্রীরামনা সীতাবু উত্রবদা জগৎ অপুম্বা ইহাং হাংনা উখরে। যজ্ঞ লোইরভুনা মুনি-ঋষিদা সনা লুপা কৎলগা চৎপগী বিদায় পিখরে। সীতাদগী অতোপ্পী কনা অমা রামনা লৌখিদ্রে, যজ্ঞ খুদিংদা সনানা সীতাগী মুত্তি শাখরে। ধর্ম্ম লম্বী কাইদনা লৈপাক বায়েল খিবনা নোংজু নোংশা মতম চাবনা চাকহোং ভাহোংখরে। প্রজাপুম্বা লাইথুং তিনথুং লৈখিদরে। মতম চাদনা অশি অনা থোকখিদরে।

মতম খরগী তুংদা শ্রীরামগী মমাইবেম্মা মতমগী ঈচেন্দা তিনখরে। সুমিত্রা কৈকয়ী মচেমগী তুংইন্না স্বর্গ থোংদাখরে। শ্রীরামচন্দ্র মনা পুম্বগী বিধি বিধান কাইদনা ব্রাহ্মণশিংদা দান-ধর্ম্ম তৌখরে। মতৌ অসুম্না দান ধর্ম্ম, যজ্ঞ-যাগ তৌড়না শ্রীরামচন্দ্র চহি লিশিংতরা লেন-খরে। মতম খরগী তুংদা কেকয় নিংথৌ যুধাজিৎনা রামগী মফমদা থারকপা পাওগী মতুংইন্না ভরতপু তক্ষ পুষ্কল কৌবা মচা অনিগা লোইননা গন্ধর্ব্ব-দেশদা লৈনবা য়াথং পিখরে। ভরতনা গন্ধর্ব্ব জয় তৌড়না তক্ষশিলা কৌবা গন্ধর্ব্ব লৈবাক্তা তক্ষ কৌবা মচাবু পুষ্কলাবত লৈবাক্তা পুষ্কল মচাবু লৈহনখরে। অসিগী মতুংদা লক্ষ্মণদা মাগী মচা অঙ্গদ, চন্দ্রকেতু অনিগী লৈফম শেম্মু হাইনা শ্রীরামনা য়াথং পিরবদা ভরতনা শ্রীরামদা হঙ্গংখি—কারুপথ লৈপাক্তা অঙ্গদ লৈরসনু, চন্দ্রকান্ত লৈপাক্তা চন্দ্রকেতু লৈরসনু, অসি হাইনা হঙ্গৎপা ভরতকী বাফম শ্রীরাম য়াখরে। মতম খরগী তুংদা কাল কৌবা লাইনা তপস্বী শাড়না সন-থোংদা থুংলখরে। লক্ষ্মণনা তপস্বী লেংলকপতু উবদা শ্রীরামদা হঙ্গং-লখরে। শ্রীরামগী য়াথং ফংড়না তপস্বী শ্রীরামগী নাক্তা চংশল্লকলে।

শ্রীরামনা তপস্বী লেংলকপগী মরম হংবদ। তপস্বীডুনা হাইরকই—মহারাজ ! ওসি ঐখোই অনিনা ওাংনগদৌরিবা ৱাফম অসি তাখিবা থংখিবা মী অদু মহারাজনা হাৎপিগনি হাইনা হায়না ৱাশকপিখো। তপস্বিগী ৱা তাবদা শ্রীরাম ৱাশকখরে। লক্ষ্মণদা থোং শংবগী য়াথং পিখরে। মী হাংলবদা তপস্বিনা শ্রীরামদা হাইরক্লে—"মহারাজ ! ঐ অসি ব্রহ্মানা থারক্লুনা লাকপনি, ব্রহ্মানা অস্নুয়া হাইরকই—ইবুঙেঙানা কারণ সমুদ্রদা চেপচৈঙদা ব্রহ্মা ঐবু পোকপিখিবনি, মধু-কৈটভ হিংচাবা অনি ইবুঙেঙোগী মায়ানা পোকহল্লগা অমুক মখোই অনিবু হাৎলগা কৈটভগী শরু শয়াংনা চিং ওইডুনা মধুগী মহাওনা (মেদনা) থোৎ-মেংহন্দুনা পৃথিবী অসি শেমখিরিবনি। অদুনা পৃথিবীবু মধুগী মহাওনা (মেদনা) ভিল্লি হাইডুনা মেদিনী হাইনা কোলোইনখিরিবনি। ৱাবণনা প্রজা নৈহংলবদা প্রজা ওাকপগীদমক চহি লিশিং তরামাথোইদং মর্ত্ত্যলোক পৃথিবীদা শাযোল্লগে হাইবিখিবদু হোৌজিক্কি চহিদু ওরে" অসি হাইনা ইবুঙোদা হঙ্দংলু হাইডুনা ব্রহ্মানা কাল পুরুষ ঐবু ইবুঙেঙোগী নাক্তা থারকপনি। তপস্বিগী শকফম লোবা কাল কৌবা লাইগী মচিন্দগী ব্রহ্মাগী ৱাকম অসি তাবদা শ্রীরামচন্দ্র মোমোন নোক্লুনা জগৎ লোই-শল্লিবা কাল পুরুষদা হাইখি—কাল ! ব্রহ্মাগী ৱাফম অসি অচুম্বনি, য়াম্না নুংঙাইরে. মরোল অদুমগী থবক্কীদমক ঐনা শাযোল্লিবনি, ব্রহ্মাগী ৱাফম কাইদনা তৌরগনি। মতৌ অস্নুয়া কালপুরুষগা শ্রীরামচন্দ্রগা ওাংনরিবৈগী চৈরক্তা দুর্ব্বাসামুনি শ্রীরামচন্দ্র উন্নগনি হাইডুনা সনথোংদা থুংলখরে, দুর্ব্বাসানা শ্রীরামবু থুনা উনদবা য়াদে হাইরক্লবদা থোং থুরিবা লক্ষ্মণনা মতম ওাহাক্তদি ওাইবিখো হাইখরে। লক্ষ্মণগী ৱা তাবদা দুর্ব্বাসামুনি শাওবনা মৈ হোৌখরে। হোৌজিকমক শ্রীরামদা ঐ লাকই হাইরু, নংত্রবদি রামসু নংসু কোমুংসু শাপ তৌডুনা মাংহল্লগনি হাইখরে।

দুর্ব্বাসাগী না তাবদা লক্ষ্মণনা খনখি—ইয়াম্বা শিগদবগী মহুৎতা ঐ ইতোমত শিবনা অফবা ওইগনি অসি হাইনা লেপ্তুনা লক্ষ্মণচু শ্রীরাম চন্দ্রগী নাক্তা চংখরে। রাকম পুম্বা হঙ্গংখবে। শ্রীরাম লক্ষ্মণগী না তাবদা কান্দা বিদায় পিখরে। দুর্ব্বাসা মুনি উনখবে। দুর্ব্বাসা মুনি চহি লিশিং অমা ব্রত তৌরুবগী অচা অথক পারণাগীদমক শ্রীরামনা কৎখরে। দুর্ব্বাসা চা-থক্রম্বুনা মাগী আশ্রমদা হনখবে।

শ্রীরামচন্দ্র কালপুরুষদা রাশকখিবচু নিংশিংউবদা ওনখৈ লৈতনা রাখরে। অরাবা শকফম হঙ্গনবা ওমখিদরে। শ্রীরামচন্দ্রগী শকফমচু উবদা লক্ষ্মণনা হঙ্গংখিরম্মি—ইবুঙ্গো। করিগীদমক অচুক য়াম্না রাবি-রিবনো? মতমগী খোংচৎ মসিনি, কনানা থিংওমদবনি, ইবুঙ্গোগী রা-রাশক কাইহনবিগম্ম, ননাইবু হাৎপিবো, করিগী চিংনবিরি। লক্ষ্মণগী রাসি তাবদা শ্রীরামচন্দ্র ইন্দ্রি থুম্নম চনবা ওম্লক্ত্তুনা মন্ত্রিসভা কৌখবে। মন্ত্রিসভাদা কালগা ওাংনখিবা রাকম চিংখদনা তমখরে। শ্রীরামচন্দ্রগী বারোল তাবদা মন্ত্রি ময়ামগী মঙ্গুংদা মতিক মগুণ চেন্নবা বশিষ্ঠ মুনিনা রাকমসি হাইখরে—মহারাজ। তপস্যাগী গুণনা উবা ফংজরে, মচাদ মহারাজ থুম্পগী মতম ওইরে, অচুনা ননাও ইবুঙ্গো লক্ষ্মণবু চিংনদনা থাদোকপিরো, শকখিবা রাশক কাইবিরগনু। রাশক কাইববদি ধর্ম্ম লৈথা তাগনি, ধর্ম্মনা লৈথা তাম্রবদি অচৎ-চৎত অপুম্বা মাংনিংঙাইনি। বসিষ্ঠ মুনিগী রাসি তাবদা শ্রীরামচন্দ্রনা লক্ষ্মণদা হাইখবে— লক্ষ্মণ! ধর্ম্ম কাইরগন্নসি, সাধু ওইবা মাগী মফমদদি থাদোকপগা হাংপগা অনি অসি অমত্তনি। ময়াম্বগী য়াথং ফংবদা ময়াম্বগী চরণ খুরুম্নম্নগা তহা তহা চৎখরে, মমুনদা অমুক চংখিদরে। সরযু তীর্থ মপালদা লক্ষ্মণ যোগ তৌখরে, যোগনা স্বরগী খোংচৎ লেপখবে, লাইয়াম্না লৈগী নোং চুপখরে। স্বরারেণ লাক্তুনা হকচাংগা কোম্নমা লক্ষ্মণবু কনা উহন্দনা

স্বর্গ তানা পুখরে। শ্রীবিষ্ণুগী মরিগুবা অংশ* লাকপা উবদা লাইয়াম-পুম্বা হরাও তয়ামখরে।

শ্রীরামচন্দ্র মনাও লক্ষ্মণবু থাদোকপ্রবদা অরাব সমুদ্রদা লুপখরে। পুরোহিত অমসুং মন্ত্রি সভাদা হাইখরে—হৌজিক ভরতপু রাজ অভিষেক তৌরগে অদুগা ঐনা বনদা চৎলগে, গুসিত্রৈ লক্ষ্মণগী খোংচৎ ইনগ্রগনি। শ্রীরামচন্দ্রগী বারোল অসি তাবদা তিল্লিবা সভা অপুম্বা থরাই চংখিবগা পাংখকখরে, মতমতুদা ভরতনা শিংথৌ খুবম্বু চামলক হয়া নির্ণা তৌড়না হঙৎখরে। মহারাজ! ননাইনা রাশক্কুনা হঙচ্চরি—ইবুঙেঙাবু লৈত্রি যদি ননাইদি স্বর্গস্তু পামজদে, নিংথৌ খুবমস্তু পামজদে। লব কুশ অনিবু নিংথৌ হান্নিয়ু, কোশল লৈবাক্তা কুশবু লৈহনবিয়ু, উত্তকোশলদা লববু লৈহনবিয়ু, শত্রুঘ্নদা দূত থাড়না পাও হাইহনবিরু। ভরতকী বা তাবদা পুরবাসী অপুম্বা বাখিবনা মরু লুকখিবদগী হঙৎখিদরে। মওংদু উবদা বসিষ্ঠনা হাইখরে। রামচন্দ্র! প্রজা অপুম্ব মরু লুকখিবসি অমুক্তা য়েংউ, প্রজাবু অমুক বাহল্লগনু, প্রজাবু মনিং থুংহনবা ঐ পাম্মি। বসিষ্ঠগী বাসি তাবদা প্রজা অপুম্বা মরাই হাইগৎলক্কুনা শ্রীরামচন্দ্রদা হঙৎখরে। প্রভো! প্রভুনা লেংবা মফমতুদা প্রজা ঐখোইস্তু তুংইন খোঁগল তৌজনি, তপোবনস্তু ওইসনু, গিরি-গুহা চিং-মান লোক-তাই-নচিংবা মফম কয়াস্তু ওইসনু, সমুদ্র ফাওবস্তু ওইসনু প্রভুনা লেংবা মফমতুদা প্রজা ঐখোইস্তু পুবিয়ু, ঐখোইবু থাদোকপিরমগনু। শ্রীরামনা ভরতকী বাফম কাইদনা তৌখরে। শত্রুঘ্নদা পাও থাখরে। শ্রীরামনা

---

*"শেষসুপর্ণবিষ্বকসেনৈঃ শেষশায়ী বিষ্ণুঃ স্বমূর্ত্ত্যা চতুর্ভাগবান্। তত্র শেষাংশঃ লক্ষ্মণঃ, গরুড়াংশঃ ভরতঃ, বিষ্বকসেনাংশঃ শত্রুঘ্নঃ। ইদং পাদ্মবিরুদ্ধং, তত্র হি ভরতশত্রুঘ্নৌ শঙ্খ-চক্রাংশাবিত্যুক্তৌ যুদ্ধকাণ্ডে গরুড়স্য স্বরূপেণ রামসন্নিধে আগমনং উক্তম্" ॥

থারকপা দূতশিং কুমিৎ হুমনিদা মথুবা কোন্নুং য়ৌখরে। শত্রুঘ্নদা থোক-লিবা খৌদোক অপুম্বা চিংথদনা তমখরে। শত্রুঘ্ন পাও হেক তাবদা লাম্মী তংখাই য়েন্নগা তংখাই-তংখাই থোক্লবা লুপা সনাগা কোম্মনা মচা অনিদা য়েনখবে। সুবাহু কৌবা মচাবু মথুরাদা নিংথৌ হাপখরে শত্রুঘাতি কৌবা মচাবু বৈদিশ লৈবাক্তা নিংথৌ হাপখরে। মতৌ অসুম্না মচা অনিগী থবক পাংথোক্লগা অযোধ্যাদ্দ লাকখরে,মুনি-ঋষিগা ফম্মিন্নরম্বা শ্রীরামচন্দ্রবু দর্শন ফংখরে। শ্রীরামদা না হঙ্গংখবে। মহারাজ! ননাই ঐসু মহারাজগী খোংশান তুংইনজরনি। শ্রীরামচন্দ্রনা মনাও শত্রুঘ্নবু ভাংখিবা না হোংদবনি খংদুনা ‘ফরে, হাইদুনা য়াখরে। মতম অসিদা য়োংগী তেঙ্গোন শওমগী তেঙ্গোন সুগ্রীবনা মাংথাদুনা স্বর্গারোহণ তৌগদৌরবা শ্রীরামচন্দ্র দর্শনগীদমক লাকখরে। সুগ্রীবনা অসি হাইনা হঙ্গংখবে—প্রভো! ননাই ঐগী থুবম অঙ্গদদা শিন্নজবে, ননাই ঐসু প্রভুগী তুং ইনজবনি। সুগ্রীবগী না শ্রীরাম য়াখরে। শ্রীরামনা হাইখি—বিভীষণ, নংদি লঙ্কা ভাক্তুনা লৈহৌখো, হনুমান্ নংনা ঐগী লিচং পুম্বা প্রজাদা প্রচার তৌবকউ, মৈন্দ, দ্বিবিদ, জাম্ববান, নখোই অহুমদি কলি চংলকপা ফাওবা লৈখিগদবনি।

মতৌ অসুম্না পুকমেন পাওমেন্নবা লোইদুনা অহিং মতম হৌখরে, নোংপোক মাইকৈ ভাল্লক্তুনা অয়ুক ভত্তা ক্ষেনফমদা শ্রীরামচন্দ্র ময়াথং মতুংইন্না কুলপুরোহিত বসিষ্ঠ মুনিনা ব্রাহ্মন পুম্বগা লোইননা মহাপ্রস্থান স্বর্গারোহণগী অগ্নিহোত্র-যাগনাচিংবা তৌবদুনা সরয়ুতীর্থ তম্না স্বর্গা-রোহণগী যাত্রা তৌখরে। প্রজাপুম্বা চিংথদনা তুংইনখরে, খুংলাই পুম্বা মীগী মশক ওইদুনা শ্রীরামচন্দ্রগী তুংইনখরে। ভরত শত্রুঘ্ন খোংগন তুংইনখরে। সুম সুম খোংশাল্লকপদুনা শ্রীরামচন্দ্র মীৎয়েংগী মাংদা ভান-থোইবিবা সরয়ুতুরেণ দর্শন ফংখবে। সরয়ুখোংবান য়োম্নকপদা ব্রহ্মা লাইয়ামগা লোইননা শ্রীরামগী নাক্তা লাকখরে। হৈনম লৈনম পুদুনা

নুংশিং লিরি লিরি শিংখরে, লৈপী নোং চুথখরে, পুংফম ক্ষেণকম অসিদা শ্রীরামচন্দ্র সরয়ুতানা খোংনা কুমথরকখরে। অতিয়াদগী ব্রহ্মানা লাও-থরকখরে— হে বিষ্ণো। হে রাঘব। নচিন-ননাও পুম্বগা লোইনবা গন্ধৰ্গী মশক ওইরবা হকচাং স্বর্গদা খোংদাবিয়ো, ব্রহ্মাগী বা তাবদা শ্রীরামচন্দ্র মনাওশিংগা লোইননা হকচাংগা কোয়না শ্রীবিষ্ণুগী তেজদা তিনখরে। শ্রীবিষ্ণুগী মশক ওইব্রবা শ্রীরামচন্দ্রনা ব্রহ্মাদা হাইখরে, ঐগী তুংইন্নকপা ময়ামাসগী লৈফম অমা ব্রহ্মা নংনা পিয়ু। শ্রীরামগী বা তাবদা ব্রহ্মানা লাক্রিবা ময়াম অসি সন্তানক লোকতা লৈরসনু হাইনা হঙ্কংখরে। য়োং-লওমশিং হান্নগী লাইগী মওংতু ফংখরে।

অশম্ব। রামায়ণ লোইরে।
*Ashamb Ramayan Loike!*

## কাণ্ড তরেংকী অপুনবা শ্লোক

আদৌ রামতপোবনাদি গমনং [illegible] মৃগং কাঞ্চনম্,
বৈদেহীহরণং জটায়ুমরণং সুগ্রীবসম্ভাষণম্।
বালেনির্দ্দলনং সমুদ্রতরণং লঙ্কাপুরীদাহনম্,
পশ্চাদ্রাবণ-কুম্ভকর্ণহননং চৈতদ্ধি রামায়ণম্॥

---